# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব







কীর্ত্তনে

দাসানুদাস

অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব



অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ

খৃষ্টাব্দ ১৯৮৬

সৌরবৈশাখ ২৮ ( মে ১২ ) নিংথৌকাবা,

অক্ষয় তৃতীয়া

প্রকাশন—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চহী চাম্মঙাস্বুবা পালনগী রাজ্যসমিতি,
ইম্ফাল, মণিপুর ষ্টেট ( ১৯৮৫–১৯৮৬ ),

সংস্করণ -অহানবা ( ১৯৮৬ )

মুদ্রাঙ্কন—মেসার্স্‌ আর, বি, প্রিন্টিং হাউস্‌,
নাগ মপাল, ইম্ফাল।
পিন নং ৭৯৫০০১ ( মণিপুর ),



কাপি মশিং ১,১০০ ( লিশীং অমগা চাম্মা ),



মমল - লুপা ২৫·০০



মংফম—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।
পিন নং ৭৯৫০০১ ( মণিপুর )

# উৎসর্গ

কচ্ছরি—

মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজদা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী

চহী চাম্মঙাস্থুবগী পালন উপলক্ষদা

ঐগী পঙলবা খোর্জেইনা য়েকচবা

প্রেমাবতারগী

লৈয়িনা লাকপা পুনশিগী শক্তম।

কৃপাপ্রার্থী

মীনকেতন

# ঋাহৈ অমনিদং

গৌড়ীয় বৈষ্ণব অমগী মীৎয়েংদদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদি শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি—প্রেমগী অবতারনি ; প্রেমগী ঠাকুরনি হায়না বাঙ্গালীশিংনা কৌনরি। অবতারগা ভগবানগা অমতনি হায়বগী ভাবতা লৌরগদি গৌরাঙ্গবু শ্রীকৃষ্ণনা ওইবগুম্না স্বয়ং ভগবাননি হায়না ফাওবা লৌনরিবনি। শ্রীরাধাগী প্রেম অতু হকচাং অমদা লৈদুনা চুপচনিংবদগী—শ্রীকৃষ্ণগী অনীংবা অহুম পাওথোরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার লৌরকপনি হায়নস্ত গৌড়ীয় বৈষ্ণব সমাজনা চেৎনা থাজনরি।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চহী ৫০০ শুবগী চহী চুপ্পগী পালন মণিপুরগী ষ্টেট কমিটিনা পায়থৎচখিবা কয়াগী মধ্যদা শ্রীগৌরাঙ্গগী নীংখিজবা পুন্সীরারী অমতং ফোংদোকচনবগী থন্নরকপদা কবি অমসুং সাহিত্যিক শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা অচৌবা ভার অসি লৌবীগে য়াবীথি। ফোংদোকপদা থরদং থেঙনা থোক্লবস্ত ওইরকইবা মশক্তি ফমা মপুং ফারে হায়জনীংই।

লাইরিক অসি গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংনা কোন্নজরিবা লাইরিক কয়গী মুখ্যদা মপুং ওইনা চৈতন্য চরিতামৃতদা (মতাং চানা শ্লোকশিংগা কোন্ননা) শাগৎপনি। ফোংদোকলিবা মত অমতং শাগৎলক্লিবা মশক্তি লেখকনীনি। কবিগুরুদা কবিগী থম্মোয়না থাঙবা ওমদদুনা শচীমাতা অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াগী কায়নচৈচাওবা লাইবক থীরবীনি হায়না তেংথাই। ভক্ত হরিদাস (ছোট) গী প্রানত্যাগ তৌবা ফাওবগী দগীদা থাডেমদবা হুংখাইতবা ফোংদোকই। অতবু কৃষ্ণদাস কবিরাজ-নদি হায়জারে—মধুর ওইরবা চৈতন্যলীলাদি সমুদ্রগুম্না লুবনি—মীনা থঙবা ঙমদে, মীর ওইবা ভক্তদনা থঙই। শম্না হায়ববদা মণিপুরী সাহিত্যদা "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব" হায়বা লাইরিকসি লেথকী শীংথানবা য়ারবা দান অমদি ওইরগনি। মসিদা শরুক থরদং য়াজবা ফংজরিবা মণিপুরগী ষ্টেট কমিটিস্ত লাইবক ফবনি।

শ্রীমীনকেতন সিংহবু অসিগুম্বা লাইরিক অমতং ফোঙজনবগী থুদোং চাবা পীবীবগীদমক থাগৎচরি। লোয়ননা চেকশিন্না শেন্নবীরিবা প্রেসকী মেনেজর শ্রীরাসবিহারী সিংবুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল
তাং ৫। ৫। ৮৬

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী।

# ৱাহৈ অমনীদং

অরানবা চঙদনবা যনা হোৎনৈ, অদুবু, য়াদে—হক্ক মচখি। পাঠক পণ্ডিতশিংনা সেমজিন সেমজিন পাবিগনি হায়না আশা তৌজে। সমাজগী কৃপা কৈদৌনা খুৎনম অমুক চৎপা থোক্কবা সেমজিল্লগে।

পরিশিষ্ট নীংথিবা অমত্তং হাপকে নীংবনি—ভমদ্রে। মলিয়স্থু সমাজগী কৃপা মতুংইন থোকপদা মতারে।

কৃপাপ্রার্থী

**মীনকেতন**

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব

### অমা

## নান্দী

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতি কদম্বসন্দীপিতঃ
সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ॥

বিদগ্ধমাধব নাটক

( জগাম্বা থক ) পীনদ্রিবা মশাই ভক্তিশ্রী ( কান্তা প্রেম ) অয়োবা রস লুব্বা
পীনরগে হন্দক কলিদদি মুংশিবিক্ত লাক্লিবা
হরিনা শচীগী মপারি হেল্লসঙ্গ লেঙবা নৈত
চোয়নৌ মশেক মঙালগা থৃায় পুম্নই থম্মোই কাজুম থুদিংদা।

ভগবান প্রেমগী মশক্তি, মধুরনি ; মাগী লীলা প্রেমলীলানি, মধুরনি, জগৎ লীলাগী ক্ষেত্রনি, মধুরনি ; মী লীলাগী মীথিৎনি, মধুরনি, বিশ্বজগৎ মাধুর্যগী মশক্তি, মধুরনি। দশীদনা উই। শকথি অতুনোং বিশ্বকবিনা নোংমা—

মরিতে চাহিনা আমি সুন্দর ভুবনে,
মানবের মাঝে আমি বাঁচিবারে চাই,
এই সূর্য্যকরে এই পুষ্পিত কাননে
জীবন্ত হৃদয় মাঝে যদি স্থান পাই।

নৈবেদ্য

শিজনীংদে ঐদি নীংথিবা লৈকোয়চংসিদা,
হিংজনীঁভি ঐদি মীওইবগী মরক্সিদা,
কোরৌ মঙালসিদা লৈশাৎ-তম্বা লৈকোলসিদা,
ফংজরবা তুংভম থরায়নবা থম্মোই-লক্তা।

মাধুর্য্যনা ঈপোম্লবা ভগবানগী শক্তি সিদা মতম মতমদা কালকূট কাও-বক্তবা নত্তে, কাওরকই, মায়ামোহনা কাম্লকপনি। কুম্মি, চুপথোকই অদুবু ভগবান মহাক্কী অঙকপা শক্তিনা হেক হেক—

যদা যদা হি ধর্মস্য গ্লানি র্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্ ॥
পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।
ধর্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥

ভগবদ গীতা

অধর্মনা মরায় কাক্ললক ধর্মনা মরায হেক হেক
চায়থরকপা মতাং খুদিং তম্মি ভারত ঐ শক হেক হেক।
লানবগে অফ-লৌচৎলং লোইশিনগে ফত্ত-শাজৎশিং
য়ানগে নোংহো ধর্মই লম্বী পোকই ঐহাক যুগ খুদিং।

পোকপদবু ভগবদ ভক্তগী মশক্তা পোক্কল্লি অচুম্বা লম্বী তাক্লব।

অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ লীলা প্রচ্ছন্ন বিগ্রহঃ।
ভগবদ ভক্ত রূপেণ লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা ॥

নৃসিংহ পুরাণ

মানি ঐদি দ্বিজশ্রেষ্ঠ অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
শেল্লি জগৎ মতম খিবিক ভক্তগী মশক তম্না তম ॥

লাকখি ঐখোয়গী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবমক ভক্তগী রূপ্তা। রাধাভাব, হরিভক্তি, জীবনিস্তার—মরম অহুমগী দমক লোৎখিবনি গৌরাঙ্গরূপ—লীলাগী নীংথিবা শক্তম।

গোলোকঞ্চ পরিত্যজ্য লোকানাং ত্রাণকারণাৎ।
কলৌ গৌরাঙ্গরূপেণ লীলা লাবণ্য বিগ্রহঃ ॥

মার্কণ্ডেয় পুরাণ

থাদোক্লম গোলোক পোক্লনি কলিদদি গৌরাঙ্গ ওইনা
লীলাই মশক নীংথিবদো লোক-ত্রাণ মরমতুনা।

জগৎকল্যাণগী ভক্তগী মশক লৌ জগৎ কোইরবা প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-দেবগী চরণদা পঙনা কল্লবা ঐগী ঙক নোক্লবা ওইরসন্থ। প্রেমস্বরূপ ভগবানগী নাম সোন্না সোন্না জগোই চোংবদা চরণদা পকথিবা, থাংথিবা উফুল লৈরীক মথাদা জ্ঞান-লৈত্রবা ঐগী কোক তাজবা ওইরসন্থ। তৎপা লৈত ঐগী পাপকী চীল শকচবা ওইরসন্থ বিপ্রর্ষি বাসুদেব সার্বভৌমনা কৎলবা স্তুতি—

বৈরাগ্য-বিদ্য -নিজভক্তি-যোগশিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-শরীরধারী কৃপাম্বুধি র্যস্তমহং প্রপদ্যে॥
কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং য প্রাদুস্কর্ত্তুং কৃষ্ণচৈতন্য-নামা।
আবির্ভূতস্তস্য পাদারবিন্দে গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ॥
চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক

বৈরাগ্য-বিদ্যা-মশাগী-ভক্তি যোগশিক্ষাগী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌনা
পোক্লরিবা 'মক্ত-ভায়বা পুরাণ পুরুষদা থৌজাল-ইরেল চঙজৈ ঐনা।
মতম্না শিরবা মশাগী ভক্তিযোগ কনগে কৃষ্ণচৈতন্য কৌনা
লাক্লিবা মাগী মখোঙ-থম্বান্দা হোইজিঙৌ নথম্মোই-থোইমু তোন্ননা তোয়না।

প্রেম-ংলবা ঐগী থম্মোই লাংবা ওইরসন্থ তৎপা লৈত প্রেমগী ঈথৌ, চঙজবা ওইরসন্থ প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চরণদা ভক্ত মণ্ডলেশ্বর স্বামী প্রবোধানন্দ সরস্বতীগী ময়াথং মতুংইন—

অরে মূঢ়া গূঢ়াং বিচিন্নুত হরের্ভক্তিপদবীং।
দবীয়স্যা দৃষ্টাপ্য পরিচিত পূর্ব্বাং মুনিবরৈঃ॥
ন বিশ্রস্ত শ্চিত্তে যদি যদি চ গৌর্ল'ভ্যা মিব তৎ।
পরিত্যজ্য শেষং ব্রজত শরণং গৌরচরণং॥
শ্রীচৈতন্যচন্দ্রামৃত

য়েংজৌ জ্ঞান্দা নৌরবশা হরিভক্তিগী থুপ্রবা লম
থঙনা থন্বিদ্রবা থায়নই মুনি কোক্লৈলশিংনা থুপখি তাম।
জগৎনা যংচুমদ্রবতুবু ফংজুনি করম কিরবা,
চঙজৌ গৌরগী চরণদা তুংওই লোইনা সংসার পুম্বা।

শ্রী

# ৱাহৌ

কলেঃ প্রথম সন্ধ্যায়াং গৌরাঙ্গোঽসৌ মহীতলে।
ভাগীরথীতটে ভুবির্ভবিষ্যতি সনাতনঃ॥

পদ্ম পুরাণ

খোঙদাৱনি লৈ ভগবান কলিযুগগী তাজীন্দা,
গৌরাঙ্গ ওইনা ভাগীরথী-খোঙবাল-ওংবা লমদমদা।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্ম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা পীনরম্বনি। ধর্ম্মসি মরম্নাই তত্ত্ব'মা চৎলি। শ্রী, ব্রহ্ম, রুদ্র, চতুঃসন হায়না খঙনবা ভারতকী অতৈ সম্প্রদায় পুম্নমক্কী মপুং ওইবা সম্প্রদায় মরিনা চৎনৱিবা তত্ত্বশিংদগী তোপ্পোপ্লবা অমনি থোইথোইবা। শাস্ত্র পুম্নমক চনবা, সাত্বিক পুরাণ অথোইবা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী ভূমি ওইবা দর্শনগী অনৌবা নীংথিবা তত্ত্ব অমা ওইবনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবমত হায়না খঙনৈ। দর্শনদি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ হায়না লাচল্লি। মবম্নাই তত্বসি চৎপনা সম্প্রদায়না গৌড়ীয় বৈষ্ণবসম্প্রদায় ধর্ম্মনা গৌড়ীয় বৈষ্ণবধর্ম্ম কৌনৈ। গৌড়দেশকীনি হায়রনা গৌড়ীয় হায়বনি। গৌড় হৌজিক্কী পশ্চিমবঙ্গগী থাম্নবৈগী মিংথৈ 'মনি।

খ্রীষ্টগী কুমজা ১৪৮৬ তনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদাবা। মহাক্না খোঙদারবা মওং অঙকপনি। গর্ভদা থা তরাগা হুমদোইনি লৈবা। সিংহরাশি সিংহলগ্নদা পোকই। ষড়বর্গ অষ্টবর্গ অনী ভুনা ফৈ। গ্রহ পুম্নমক উচ্চনি। মশক ওক্না হংশিনা ফজে। মশা লৈতেংভি চিহ্ন কয়ানা মহামঙ্গলগীনি খঙনবা। লমদাগী থানিল হুমিত্তনি মহাক্না গর্ভদগী তাবা। গ্রহণ থোকই। গঙ্গাদা স্পর্শস্নান তৌদুনা বৈষ্ণবশিংনা হরিধ্বনি তৌবকপা, মুস্লিমশিংনা হুডাইবোই করিবোই মতৌ তমদুনা হরিবোল লাউরকপা, গঙ্গাগী খোঙচৎ, তোর্ব্বাল, নবদ্বীপ জগৎ হরিধ্বনিনা পুম্লিল নিল্লকপা—ঙাক্না অদুমক্তা খোঙদাই লৈদা চৈতন্যদেব। মপা জগন্নাথ পুরন্দর, মমা পোকপা মপু নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ঈশ্বর থাজবা পণ্ডিত ওাক্নি, পুনৈ মবুক্তা লাক্লিবা অঙাংসে নত্তে অচম্বা। খোল্লি মমিং নামকরণদা বিশ্বম্ভর—ভগবানগী অহকপা নীংথিবা নাম'মা।

নাম নিরর্থক্লি, কাম্নদবা অরেম্বনি হায়নৈ। চুম্নদবা নত্তে অতু, চুম্মি অতুম। অতুবু, নিরর্থক ভাক ওইবদি নত্তে, সার্থক্ল, অতুম মওই। চৎলি অতুম অর্থ, পাল্লি অতুম মিংফম। ধর্মশাস্ত্রগী ব্রাফমদি থাজবনা থাজবা, থাজদবনা থাজদবা, থম্বু থমখিসি। ইতিহাসয়োমদা চঙসি, ওয়াং নহান্দগী ফোঙ ফোঙ শারিবা মিংফম অমনীদংদবু য়েংসি। বিশ্বকবি কবিতাগা মঙাল ওই ঙানখি বিশ্বজগৎ, ওইখি রবিদ রবি (হুমিত্ত হুমিৎ)। ঋষি অরবিন্দ দিব্যজীবনগী তম্বনা হুংশিবা মনম ওই ওইখি অরবিন্দদ অরবিন্দ (থম্বান্দ থম্বাল)। সাধক মুকুন্দ পীখি ভারত্তা মুক্তিগী মন্ত্র, য়ানখি মুক্তিগী লম্বী, ওইখি মুকুন্দদ মুকুন্দ। বাপুজী পীনখি ভারত্তা স্বতন্ত্রতা মশাগী নিষ্কাম কর্ম্মনা ওইখি করমচাঁদদ করমচাঁদ (নিষ্কাম কর্ম্মীদ কর্ম্মী)। লোইবা নাইয়োই থাক্সবগী, লৈরিবনি কয়া কয়া, চাম্মা চাম্মা, লিশীং লিশীং। মিংফম্ন সার্থক ওইরবা থেংঙি হেক্ত পল। পানখি, ইতিহাসগী পরেংসিদা ইচম চম্না লোৎরবদস্ন, বিশ্বম্ভরগী মিংথোল। পিথকখি জগৎ প্রেমগী অমৃত, ঈংখি মবুক প্রেম নংলবা জগৎ। তুনখি জগৎ মখোঙদা, খঙনখি লাইনি—মানি প্রেমগী শক্তম। ওইখি অস্নম বিশ্বম্ভর বিশ্বম্ভর-কৌবদো, ফোখি জগৎনা অথুপ্পা মশক।

চৈতন্য ভক্ত ভকপা অঙাং ওইখি নবদ্বীপ পুম্বদা। পুর্ণিমাগী থানা মশেক্কা মঙালগা লৈদা কুন্নকপশুম, লৈমায়দা চৎলরশুম থোকখি নীংখিবদা। মিংফম থুদিং হুখি, শুমখি থম্মোই থুদিং। অদ্বৈতাচার্য্যগী আচার্য্যানী সীতাদেবী শচীদেবীবু লুনা তৌই। অঙাংনা কুমারমক্তুম ফজমনখিবা উবদা তিমু লাইমুগী থুকখি মবুক্তা, থোনখি মমিং, মথোয়না শোক্তনবনি, নিমাই—নিম্বুক থাবা অঙাং। শচীদেবী মমা অমা ওইনা জগৎকীদা মরায়বক থীগ্রবীনি। মচাক্তপী নীপাল পোক্ল-শির পোক্ল-শির নংলবীনি। মাপলশুবদা লাকপা মচানীপা বিশ্বরূপ য়ুংলব্দগী মথা থাজদনা অমম্তুং তারকপনি। মচা শিমন্দুনা শিদোবোইদ ফিরবী তনিক তনিক হিংলবী থম্মোইনি। আচার্যানীগী প্রেমগী মিংথোলসি থোকখি মঙোন্দা অমৃত মতম। কৌজখি শচীদেবী মচাবু নিমাই মপুনশিচুপ্পা। মপানা থোক্রবা বিশ্বম্ভর, মমানা কৌজবা নিমাই—মিংফম অনীমক হাপ্পখিদে নাপ্নদা কনা নিপা নিপী অমত্ত নবদ্বীপকী। কৌনখি মামং মানা মানা থোকপা—কনানা গৌর,

কনানা গৌরাঙ্গ, কনানা গৌরচন্দ্র, কনানা গৌরহরি। অহুনোং ভক্ত পরম্পরা শক্লরকপনা শক্লরি ঙসি ভক্তশিংনা মাগী মন্দিরদা—

গৌরাঙ্গ সুন্দর
নব নটবর
তপত কাঞ্চন
নদীয়ার ইন্দু

ক্ষজবা গৌরাঙ্গ
তনৌবা অগোইবা
সনানি ফ্দোংবা
থাজনি নদেগী

লৈরি মিংথোল অমসু চৈতন্যদেবগী। উথি ভক্তশিংগী শ্রদ্ধানা মঙোন্দা রাধাকৃষ্ণগী যুগলরূপকী নীংথিবা—অন্তঃ কৃষ্ণ বহিঃ গৌর (মংদা মুবা পান্দা ডৌবা)। থম্মি মখোয়গী ভক্তিনসু মানি মাদি ভগবান, অথুপ্পা লীলাগী মশক, ভক্তগী রূপ্তা লাকপা। থোনথি অহুনোং ভক্তশিংনা মহাকপু মহাপ্রভু।

রাধা কৃষ্ণ প্রেমগী মশক্তি, কৃষ্ণ রাধাপ্রেমগী—শক্লিরিবহুনি ঠাকুর মহাশয়না—

কৃষ্ণ প্রেমময়ী রাধা, রাধাপ্রেমময় হরি

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব প্রেমগী পম্বেং মহাভাবকী মশক্তি—মশক্কি। ভগবানগী মধুর-রূপকী অয়োবা শক্তম্নি—মাধুর্যমক্কি। শক্কৈ ভক্তকবিশিংনা অহুনোং কয়া থা-থাহুনা।

অমদি—

নীরদ নয়নে নীর ঘন সিঞ্চনে
পুলক মুকুল অবলম্ব।
স্বেদ মকরন্দ বিন্দু বিন্দু চুয়ত,
বিকসিত ভাব কদম্ব।

কি পেখলুঁ নটবর গৌর কিশোর।
অভিনব হেম কলপতরু সঞ্চরু সুরধুনী তীর উজোর।

মিংঙ্গা নোং হৌরি নোং খিক্লি তৎপা লৈত নোং
হুল্লি য়েঙ্গৌং তুনা খ্যাউ খ্যাউ হেক হেক।
চেল্লি হুমাং ঈরীক শিঙ্হরি অমৎ ঈরীক
তল্লি লৈশাৎ ভাব-কদম ফুং ফুং।
উই করম নটবর গৌর কিশোর।
অঙকপনি করি হায়নি শনাই কল্লতরু চংপনি গঙ্গাই তোবৈ পূমডাল।

থাদা ফজবা পূর্ণিমাগীনি, পর্ণিমাগীদনা শরৎকীনি। শরৎকীনা ফজবা থেংবা নোংডাল্লমদাই নোংদোন্না লৌক্লানরকপা, লৈমাযনা ঈফূনরকপা, মালংনা নোংফাইনরকপা মতমদনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মধুর রূপকী মাধুর্য্যনা থেংবস্থ কীর্ত্তন্দা ভাবাবেশকী মতাংদনি।

# অঙাং ওইরিঙৈ

পুরা গোপাঙ্গনা আসীদিদানীং পুরুষো ভবেৎ।
যাভির্য্যস্মাৎ কলৌ কৃষ্ণ স্তদথে' পুরুষাঙ্গনা

শিব পুরাণ

'হুইঙৈ গোপীদো লৌরদৌরি নিপাই রূপ কলিসিদা,
পুরনি 'হুনা কৃষ্ণনা সুপীই ভাব নিপাই মশক্তা।

ভগবান শান্নখি ব্রজদা প্রেমলীলা। দ্বাপুরগী মমৈদনি। পুনথি মশা গোপীগী মশা কাউবা প্রেম্না, থাথি য়োনা রাধাগী প্রেমগী মখা। খঙনীংথি রাধাগী প্রেমগী মশক্তা কমদোবা, প্রেমগী মাধুর্য্যনা কয়াম নীংথিবা, প্রেমসেবাগী সুখভোগনা কয়াম রাংবা। প্রেম নংলবা কলিগী জগৎসিদা কুম্নকঙৈ মতাং'মা চারে খল্লুবরা, মশাসু কান্তাপ্রেমামৃত পেন্না থকহোরগে জগৎপুম্নু পিথক্লগে মতা রাধাগী ভাব-কান্তি লো পোকথি ভগবান গৌরাঙ্গগী রূপ্তা। শক্লে অহুনোং ভগবদ্ সিদ্ধ ওইরবা ভক্তকবিশিংনা যুগ যুগ থূদিংদা নোহো নোহো কয়া কয়া—

ব্রজেন্দ্র নন্দন যেই শচী সুত হলো সেই

গোবিন্দদাস

ব্রজনিংথৌগী মপারি ওইররে শচীগী মপারি।

নিধুবনে দুহুজনে, চৌদিকে সখীগণে,
শুতিয়াছে রসের আলসে
নিশিশেষে বিধুমুখী উঠিলেন স্বপ্ন দেখি
কাঁদিতে কাঁদিতে কহে বঁধু পাশে॥
উঠ উঠ প্রাণনাথ কি দেখিলাম অকস্মাৎ
এক যুবা গউর বরণ।
কিবা তার রূপ ধাম, জিনি কত কোটী কাম,
রসরাজ রসের সদন॥

অশ্রু কম্প পুলকাদি, ভাব ভূষা নিরবধি,
নাচে গায় মহামত্ত হৈঞা ॥
অনুপম রূপ দেখি, জুড়াইল মোর আঁখি,
মন ধায় তাঁহারে দেখিয়া ॥

... ... ... ...
... ... ... ...

শুনইতে রাই বচন অধরামৃত
বিদগধ রসময় কান।
আপনার ভাব ভাব প্রকাশিতে
ধনী অনুমতি ভেল জান ॥

জগদানন্দ

চেপ্লি অনী নিধুবন্দা শিনা লীলা লোইরবদা,
তারি সখীশিংনা অকোয়বদা।
মঙফাওনখি বিধুমুখী কপা কপা পাউদমজখি
বঁধু-কাদা অহিংগী মমৈদ ॥
নোঙখৎল স প্রাণনাথ খঙদে উকই কৈনো অমা,
নহানি সুচু পান্না ফজবা।
থানি কবম মশক মতৌ ঙমজৈ কোটা কামগী মতৌ
রসই রসরাজনি নীংখিবা ॥
তনিক তুজুং ভাই মিত্তা পি ওইরি নোপ্লে ভাবশিং নৈতেং,
চোংডি জগোহি শকট ঙাওই ইশৈ ॥
মপা নৈতে ফজবদা ঈংজৈ মিৎনা উজবদা,
লুপচৈ থম্মোইনা লুপচরুই লুপচৈ।

... .. ... ...
... ... ... ...

রসময় কানু পীনৈ রাইদা হিক্কা মপাউ
অমৃত মতম থুন্নবা চীনগোই।

য়ারবনিকো রাই,      কাউরম্বকো ধনী,
ফোঙলুবা নঙ্গী ভাব লৈ থুংনা কোয় ॥

স্থন্দরি যে কহিলে গৌর স্বরূপ।
কোই নাহি জানয়ে      কেবল তুয়া প্রেম বিনা,
মোহে করবি হেন রূপ ॥
কৈছন তুয়া প্রেম      কৈছন মধুরিমা
কৈছন স্থখে তুহুঁ ভোর ॥
এ তিন বাঞ্ছিত ধন      ব্রজে নহিল পূরণ,
কি কহব না পাইয়া ওর ॥
ভাবিয়া দেখিন্থ মনে,      তোহারি স্বরূপ বিনে,
এ স্থখ আস্বাদ কভু নয়।
তুয়া ভাবকান্তি ধরি,      তুয়া প্রেম গুরু করি,
নদীয়াতে করব উদয় ॥

...      ...      ...      ...

...      ...      ...      ...

বলরাম

নীংথিবি হায়রিবা গৌরগী রূপ্পো!
নঙ্গী প্রেমদং নত্তনা      খঙলোই কনামত্তনা,
ঐননিদো লৌরদৌরিবা রূপ্পো ॥
নঙগী প্রেমগী মহুংশি      মাধুর্য্যগী মনীংথি
খঙনীংলুই প্রেম সেবাগী মহুঙাই।
থুংদ্রে নীংবা ব্রজদদি,      শোয়রে লল্লম অহুমক্কি।
করি অমুক হায়রম্মিগেনে রাই ॥
খল্লে পুক্কা মণ্ডল মণ্ডল      লৌবা নত্ত নঙ্গী ফিজোল
ওইরোই কদৌ রস আস্বাদন।
লৌরনি নঙ্গী ভাবকান্তি,      ওইবনি গুরু নঙ্গী প্রেম,
পোক্ক্রনি নদীয়াদা তম্ম ॥

গৌর মায়ামাহুষনি। ভগবাদ্লা লোকসংগ্রহগী দমক লু তোংগী হকচাং পুশিন্নরবদনি। মাদি জগৎকী ওইনা চৎলবসু আ ব্রাংমগীনিনা শাজত্তা স্থংজত্তা মহাক মশাগীদ ওইবা অমা তোপ্তোপ অহুম মচৎপনি। অদুনোং মহাক্কী পুনশি ইস্নংদা থোকখিবা অভকপা থোওং কয়াগী মপাউ ঐথোয় থব্রায়না অহুম তায়। অমনীদংদি মহাক্কী গুণ কীর্ত্তন তৌবা ওইনা মতাংশিদা অহুম লাচল্লি।

গৌরনা অঙাং ওইনা কোয়জেল চেনবা মতম্নি। লাকখি অতিথি অমা— ব্রহ্মচারীনি। জগন্নাথ পুরন্দর গুকই মহাকপু তরাম। চাক থোংবা লোইরে মথৎনা ব্রহ্মচারী। সেম্লে লুক, কৎলে ভগবান্দা কৃষ্ণ মন্ত্রনা। চেনশিল্লে গৌর, লোবে লুক মথৃৎনা ফংনা মক্ক অমনী। ব্রহ্মচারীগী মফমদদি চল্লে লুকফম অমাং শীংদা। মবুক্তা ব্রাবোবগুম তৌই অঙাং চোকশিন্দে—হায়বদি হায়দে। জগন্নাথ খঁভি, ইকাইবপ তৌই। শচী মপুবোইবগী মীশাউ থর লাংভি, তাইনৈ গৌরদা ইকাইথাং কবি অঙাংনো মাসিবো। নিমাইদি কবি নাচুংবা তৌদে, যেংভি ময়াম, তৌই নোকফেং।

নীংসিংলকই মতাংসিদা দর্শীমগী ব্রাফম অমা—

হৃদয় তোমারে জানিবারে চায়
জানিবারে নাহি পায়
কিন্তু রয়েছ হৃদয়ে হৃদয়ে।

নয়ন তোমারে হেরিবারে চায়
হেরিবারে নাহি পায়
কিন্তু রয়েছ নয়নে নয়নে।

থঙজনীংবনি নংবু ইথম্মোই মানা,
থঙজবদি ঙমজদেদো
ঙাল্লি'দুবু নংদি থম্মোই থম্মোই খুদিং

উজনীংবনি নংবু ইমিৎ অসিনা
উজবদি ফংজদেদো,
ঙাক্লিত্তবু নংদি মিৎকম মিৎফম থূদিং।

ব্রহ্মচারী থঙদে পুরন্দর থঙদে ভগবান তাক্লবিবা ঙাক্লি অহুবু মমাঙদা লৈনা লৈন', উনা উনা উদ্রিবনি অতুম। অঙকপনি মাগী লীলা। সিস্থ সিনি, চথরসি ব্রারী মথং।

অনৌবা অমুক থোংলে। শচীনা শেন্না শেন্না, থঙদে করম নাম্বোকখিবা, থোক্লে হান্নগুম অতুম। ব্রহ্মচারী শাউবা মচীন থোক্লে। পুরন্দর হবাই হুংশ থীনা নংলে। চারে শচী অকনবা মাচৈ, লাংলে মিৎলু পিরা'।

নিমাইবু মশা লাক্তুনা চিং হমুংদা ইক্লিন্ন, ব্রহ্মচারীদা অমুক্তংগা থোং-থিনবা হায়জৈ মমিক্তা মপি তানা শচী। পুরন্দরনস্থ থোংদবা য়াদে, আতিথ্য কাগফদে, হায়বে কন্না অতুম। থোংনে নৌকৌ, পোলোইদি হান্নগীহুনি চপচানা অতুম। হন্দক্তি শাউনদ্রে অমক্ত, ঙরবে লোকনা থেংলো ঙকপগা অমুক্তং।

ব্রহ্মচারী হান্নদি রাখল অমদা তাউনা অতুম মথেংবনি গৌরবু। হন্দক্তি ঙক্ত ঙন্না য়েংখি বনিংলো। উখি মাপুগী মশক ওইরবা গৌরগী মোমোন্নবা মাগথোং। ফংজো তল্লবরর' থঙদে মহাক্কী মপোক কগী যোগগী সিদ্ধি, শাবগুম তৌখি হুংদা "নংনা আবাহন তৌবগী লাবপনি ঐ" ফংখি তন্না গৌরদা শ্রীগোপালকৃষ্ণগী দর্শন ভুখি গৌরাঙ্গগী চরণদা—

নম. কৃষ্ণায গোবিন্দায গোপীজনবল্লভায নমো নমঃ।

নোঙখি অস্থম নোংমতুগী গৌরগী অঙকপা লীলা।

শচীগী অঙকপা পূণ্যনা পোক্লরে গৌর মঙোন্দা। পূণ্যহুমন্না পীখি মঙোন্দা অরাবা কয়া—চুন্নদগী পুঙমদবফাও। হৌজিক্কীদি চুন্নগী অমক্তং য়েংসি।

অয়ুক্লি, হৌরে গৌব, পুরুষ ব্রজগী ভাব, পায় মমাগী ফিজি, হায় "পীযু ইমা ননী"। "লৈতে ননীদি" পী অরৈবা অতৈ—য়াদে, তৌই নিঙাই। থেম্মি কয়'—য়াদে। শচী তৌভম থঙদে। গৌরনা কপ্পি ননীগী মহাক্কা নিঙাই পুঙমদবগী। "নিমাই ইমাবু করি ওইরসিগে" ফম্মি মথোঙ শৎ

তুথোক্ত্না। তাই মপি চহুম চহুম। অমুক্তংদংগীগা নক্তে, নংলিবনি অসিগুম্বসি কয়া।

প্রেমগী মশক ওইবা ভগবান শম্নবা মী কপ্পদ থংডি—পিনা মাগী সম্বলনি। থঁডি ভক্ত লোচন দাস, পাল্লি মশাগী কবি-থম্মোইদা শচীদেবীগী অৱাবা। শকই অহুনোং মহাক্কী 'চৈতন্যমঙ্গল'দা—

দেখ দেখ আসি যত ন'দে বাসি
আমার গৌরাঙ্গ চাঁদে।
প্রভাতে উঠিয়া অঞ্চল ধরিয়া
ননী দে বলিয়া কাঁদে॥
( আমি ) নহি গোয়ালিনী কোথা পাব ননী
একি বিষম হৈল মোরে।
শুনেছি পুরাণে নন্দের ভবনে
সেই সে আমার ঘরে॥
... ... ... ...
... ... ... ...
লাউও ন'দেবাসি য়েংলো সিদা 'মুক্তা
ঐগী গৌরগী মতৌমসে।
হোৱে অয়ুক ডন্তা য়াল্লি ক্বিনা চেৎনা
ননী পীয়ু কপ্লিনেসে॥
নক্তে ঐদি গোয়ালিনী লৈনি কৈদা ননী
মন্নে কৈনো ঐঙোক্লিদা।
পুরাণদা লৌরিবা নন্দই ইমুংগী ৱা
থোক্লে লাক্লে ঐগীসিদা॥
... ... ... ...
... ... ... ...

### মরি

# পুংগক চাউরকওঁ

ভবিষ্যতি কলৌকালে ভগবান ভূতভাবন।
দ্বিজাতীনাং কুলে জন্মে গ্রাহক পুরুষোত্তম॥

দেবী পুরাণ

পোক্লগনি কলিকালদা ভগবান পুরুষোত্তম
ব্রাহ্মণগী কুলদা মপোক তন্না তম ভূতভাবন।

নিমাইগী অঙাং ওইবিঙৈগী লীলাদি থাজবনা থাজবা, থাজদবনা থাজদবা ঙাক ওইনা তৌই অযাম্বা। অমরোমদনা, ইমুং মচুং কৈরোয় লৈকায়—মীপুম খরদগী ওইনা তৌই। পুংগক চাউরকওঁগীদি থ্বায় লৈবাক্কী ওইনা অদুম তৌরে।

মশাগী অহকপা মগুণ পুঙমদবননি থঙদে তনৌ তনৌবা অঙাং ওইবা মহকচাংনা নত্রে ইমুংদা ঈগরবা মঙান্না হুমিৎনা থুনা মশক উৎলনি তাকপগুম জগত্তা তৌবননি থঙদে থীনা ঙাওনা হৌই নিমাই। কুম্মি গঙ্গাদা পুংগক চাউবক্কবা মন্ম। গঙ্গা-পূজাগী কুম্নকপা লৈশাবীশিং, অচৌবা থঙদে মচা, থৎলি—হায়, "করিগী গঙ্গা-পূজা ঐ লৈরিঙৈদা! মশাস্থ ইনাহনি, মাগী নিপা শিবস্থ ইনাইনি, তৌ ঐঙোন্দা পূজা।" য়াদে—নোকই লোঙনা লৈশাবী ময়াম, থৈদুনা চৎকে তৌনৈ। তৌজে কদৌনি! মুনবি লৈ চন্দন, নমজৈ মথন মমাযদা চন্দন, শিজিঞ্জে মঙক্তা লৈপরেং, মুল্লি চায় নৈবেদ্য। "নিপা ফজবা ফংজো, নিপানা পাম্বা ওইজো, নচা অফবা তরেৎ তরেৎ পোকচৌ, লক্ষ্মীনা ভাণ্ডারী ওইজো, পীরবনি ঐগী পূজাগী বর" হায় নোক্না নোক্না মীপুম থুদিং কোয়রে লৈনা লৈনা য়েং। পূজা থুগাই শাউজিন্নে, মবুক্তদি পেন্নজৈ মাগী হুমুংদ হুংশিবা শাউগে কৌবা ঙমদবা মশক্তা থুমৈ অয়াম্বনা, "হোয় পেনবিরো ইবুঙো, পেনবিহৌরো হুঙাইবিহৌরো ইবুঙো, চৎচরে।" লৈথোকফাক্তে, নোকই লোন্না, চৎনৈ অদুম পূজা কায়বগী নাচুংলুবা তৌদ করিমত। চৎনা চৎনহুম হু হুদ্না য়েংনজৈ মঙোন্দা নোকফেৎ নোকফেৎ

পেন্নজক্কবরা থঙদে মাগা মাগা ঙহাক পোৎ মুম্বোক মুনশিল তৌনরুবদো সংক্ষিপ্ত সম্ভোগ'মা ওইনা হুজা ওইবী মথম্মোইনা চন্দ্রাশিংতুগী। চেনখিবা য়াওরো কনা'মা নাম্বোক্তুনা লাউই শুক্তোক্তুনা, "নিপা হন্নবা ব্রাইথুং-নীংবরা, তুরোল তুখা থানিংবরা!" কি, থুকই মবুক—করিগীনো থঙজদে, হুক্তিল্লকই শাউজিন শাউজিন্নবা "সে ফম্মুসে" তৌই পূজা। নম্মি চন্দন, কৎলি লৈ, কায় নৈবেদ্য—খুরম্মি। ফংডি বর—হরাউজৈ, হায়জিন্নৈ মচীন্দদি থোওইদবা সা, "পেনবিরবরা ইবুঙো," পেন্নৈ মথম্মোইনদি সংকীর্ণ সম্ভোককুম, নোকচৈ লোম্না হোৌগৎ হৌগৎনা, যেংজৈ থর চৎ তুংহল লোম্না থৌরাংলু হুংশিবা মমায়থোং। অঙকপনি গৌরাঙ্গগী গঙ্গা থোঙম্নংগী লীলা। থোঙ্কুং মাগী রাজ্যনি। মানা ঙমদবা লৈতে কনামত, লোইনা ইঙমদ ঙম্মি।

থোকখি লীলা পরেংসিদা নোংমদি ঙক্ত ঙকপা অমা, কুম্লকখি গঙ্গাদা পূজাগী পুংগক চাউরবী হুপীমচা'মা। লক্ষ্মী কৌই। বল্লভ কৌবা আচার্য্য অমনা পোকপনি। চহীদা নিমাইনা খিংকাদা লৈবা হেক থংম-নাউমা ওইনা তৌবমক্লি। "নং অপান্বা নিপা ফংনিংবরা, ঐ মহাদেবনি, পীগে, ঐঙোন্দা পূজা তৌজো" হায়বহ নিমাই মঙোন্দা মোমোন মোমোন হুংশিনা য়েং। লক্ষ্মী নমখি তুমিন নিমাইদা চন্দন, হুকখি মঙক্তা মল্লিকা পরেং, কৎখি মথোঙদা লৈ, কাখি নৈবেদ্য, খুরমখি মথোঙ মখুৎনা চেৎনা কোল মকোম্না নীপাল্লক শোক মপুরোইবরু দেবতানি চচ্চবী সতী ওইবা হুজাগী মতম। থকখি তন্না মিকুপ'মতুং হুজা ওইবী মমিৎ থুম্না নিমাইগী হুংশিবা ফজবা মায়থোং—মিৎলুদদি পিরাং। পিনা লঁডি পি। উরু লক্ষ্মীগী মিৎলুদা প্রেমগী পিরাং পিরাংনখি নিমাইগী মিৎম্না থম্বাল। নীংসিংলকই মতাংসিদা চণ্ডীদাসকী—

> দুহুঁ কোরে দুহুঁ কাঁদে
> বিচ্ছেদ ভরিয়া
> কপ্পরি তম্বাক তম্বাক কোল
> লাংলু কায়ন-মৈশা।

মিলন্দা বিচ্ছেদগী চৈনা ফংবা, বিচ্ছেদদা মিলনগী বস চুম্না থোঙফম্নি প্রেমগী অতাবি। পিরাংনখি অতুনোং হৌনদুনা মিৎম্না থম্বাল মরি।

খোঙচৎপদা লৈশাবী লক্লবা, লাক্লবদনা লোইদ্রি নিমাইগী লীলা। ঙসিং মচুংগী লীলাশ্ন লৈরি কয়া। অদুবু লীরল্লোই শাংদ্রনি। মাগী লীলা পল্লেংসিদি মতমচুগী সমাজদদি পূমকায়নি, থীনা কায়দ্রবা ঙাক্লি। মখোয়গী রাখল ফিদম মিৎয়েং পান্দমচিংবা পুম্নমক্তা থীনা শোকদ্রবা ঙাক্লি। অদুবু, নিপা থঙদে ঙ্গী কনামতনা করিমত হায়দে। লীলাদা অফবা ফত্তবা তৌহৈবা তৌহৈদবা পুম্নমক লীলানি হায়দুনা মুঙাইনা পঙয়েংদ য়েংনবগুম য়েংবনি মানা হেক তৌম্নিমখে পঙচংদ মুঙাইনা পঙনোক্ত নোক্কনা অদুম। অঙকপনি নিমাইগী গুণ, নিমাইগী লীলা।

ঙাওয়ে ঙাওনা বুদ্ধিদদি বৃহস্পতিনি। লাইরিক গঙ্গাদাস চক্রবর্ত্তী, বিষ্ণু পণ্ডিত, সুদর্শন পণ্ডিত অকুমদা তম্মি। তাকপগা থঙবগ, থঙবগা হৈবগা হৈবনা হাল্লি। অঙকপা মওংনি নিমাইগী। নীংসিংলকই মতাংসিদা হৈমবতীগী শিক্ষাগী মতাংদা মহাকবিনা মহাক্কী 'কুমারসম্ভব'তা হায়খিবা রাকম—

তাং হংসমালা শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাষঃ
স্থিরোপদেশমুপদেশকালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ।

তারৈ গঙ্গা কাংঙ মপৈ শরত্তা
ফাওই মঙাল অহিং মহৌষধিদা
ফুদোরকখি অদুম হৈরকপা মহৈ
মহৈ মশিন তানবা মতম্না লাকঙৈ।

নিমাই শ্রুতিবোধনি, চহী থরদংদগী মতুংদা লোইখি তক্লা ব্যাকরণ, কোষ, কাব্য, অলঙ্কার। লোইবা নত্তে অসিনা অদুম, সর্ব্ব শাস্ত্রপারঙ্গতনি—হৈতবা লৈখিদে লাইরিক্তা করিগুম্ব'মন্তা ফাওখি হৈবা থঙবদা নিমাই। ঙক্লখি, কিনখি নবদ্বীপ পুম্বা লোইনবা।

মুকুন্দ, মুরারি, গদাধর—মতমচুগী নবদ্বীপকী অফাওবা, মশা মশাগী বিত্তাদা থোইখোইবা পণ্ডিত ঙাক্লি। মখোয় কনামতনা নিমাই শোকপা ঙমখিদে।

মুরারি আলঙ্কারিক্কি, হৈবা থঙবদা ঋষিনি। মহাক্না গৌরাঙ্গবু অলঙ্কারগী ক্ষেত্রদা অমুক্তংদ ঙম্নবদি হোজ হোজ থেংথাং কয়া য়েংখি, লিৎশিনবা য়াথিদে।

হায়খি, মচীন থোকখি—

মনুষ্যের এমত পাণ্ডিত্য আছে কোথা।
হেন শাস্ত্র নাহি যে অভ্যাস নাহি যথা॥

লৈবিগদ্রা মমম কৈদা মীনবু 'মুক হৈবা।
লৈতেদা শাস্ত্র অমত্ত মানা থঙদে কৌবা॥

ত্তারি লাদা অতুনোং ভক্তি রত্নাকরগী—

যত বিদ্যাবন্ত বৈসে নদীয়া নগরে।
সকলে সমীহা করেন বিশ্বম্ভরে॥

নদীয়া নগরগী অথঙ অহৈ অপুম্বা।
চৎনৈ লুনা কিনা বিশ্বম্ভরবু লোইনবা॥

নবদ্বীপকীদনবু নত্তে, ভূভারত অপুম্বগীননি। অয়াম্বনা লাইমক্কি হায়বা অদুম মথঙনখিবনি। মীকোক অনী অহুমদগী রাফমদা হেক্ত থঙগনি। কাশ্মীরগী পণ্ডিত অমা সরস্বতীনি। উপাধিদদা সরস্বতী ওইবা নত্তে, মশ সরস্বতীসিদ্ধনি। ভারত দিগ্বিজয় তৌরকই। লৈবাক মথং মথং লোক্লকপনা শগোলগা শামুগা মনাইগা মশলগা থজিক থরাক্তগী নত্তে, চাউনা লাকই। নবদ্বীপ-গঙ্গা-খোঙবাল য়োমক্তা নিমাইনা বিদ্যার্থীশিংগা ক্ষমিদা'রাই তোর্বাল ঈচিক লাংতুনা লৈরম্বা থেংনররে। থেংনবা ঙহাক্তী মতুংদ মমায় অতম খবে।

নিমাই অঙাংনি চহী কুন্মুত্তগী তনৌ তনৌরিবা। পণ্ডিতনি থোইনা লেমখোকচবা তৌদনা, বিদ্যার্থীশিংগা কোয়কম ফম্মতুনা রারীরাতাই অতুম পঙসা মসাবা। চহী মতাংগা মতোগা মশানা শূরিবা বিদ্যাগনা ব্যাকরণ ওইবগা দিগ্বিজয়ী মহাকপু মী ওইনা উদে. মমিক্তা থাকপা থুপ্তে, হায়—

ব্যাকরণ পড়াও নিমাই পণ্ডিত তোমার নাম।
বাল্য শাস্ত্রে লোক কহে তোমার গুণগ্রাম॥
ব্যাকরণ মধ্যে জানি পড়াহ কলাপ।
শুনিল ফাঁকিতে তোমার শিষ্যের সংলাপ॥

ব্যাকরণ তম্বি নমিংনা নিমাই পণ্ডিত নত্রা।
অঙাংগী লাইরিক্লিদগিনে নংনা যাওরিবা॥
ব্যাকরণমক্তস্থ কলাপগিনে তম্বিরিবা।
নঙ্গী শিষ্যনা ফাওরবং। পঙ্গৌদা নত্রা?

নিমাই হৈবাং চুম্না পানবা মক লৃকপা হৈশন্নি, বাবো। দিগ্বিজয়ীগী উশিখোওইদবা রাঙাংদা, চীনগোইরকই তপ্পা ঙংনা, "তানীংডি, তাসি গঙ্গাগী স্তোত্র'মক্তং"।

দিগ্বিজয়ী দিগ্বিজয় থোবকপা মস্তিষ্ক চাবনি, অঙকপা কবিত্বশক্তি চেনবা মপোত্রি, দণ্ড অমগী মক্তংদা গঙ্গাদর্শন তৌনা শৌনা স্তোত্র শ্লোক চাম্মনি থীবকপা। গঙ্গানা গঙ্গোত্রীদগী হেক্ক হাথরকপনি। লৈযেংনা নো লৈ মু শিংকা মাঙ থানা হেক্ক চেনবনি। থাগত্তবা ঙমথিদে—থাগৎথি মহাকপু প্রভু মহাক্কী অঙকপা কবিত্বশক্তিগী—

তোমা সম পৃথিবীতে কবি নাহি আর
লৈতে মালেম লৈকোয়সিদা নঙুম্বা কবি'মা।

তাথি মতোল শতন্না নিমাই 'তৌ ব্যাখ্যা শ্লোক 'মক্তংগী, তাসি নশানা তৌবা।' কররমগীনো হংলকপগা লোয়ননা তৌথি আবৃত্তি শ্লোক'মগী—

মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ সততমিদ মাভাতি নিতরাং
যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তি সুভগা।
দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরর্চ্চ্যচরণা
ভবানীভর্ত্তুর্যা শিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা॥

গঙ্গাগী অঙকপা গুণদি লোইনা অতুম মথঙনবনি
শ্রীবিষ্ণুগী মখোঙ থম্বান্দগী পোকচবী য়াইফবীনি,

অনীস্থবা শ্রীলক্ষ্মীগুম মী-লাইনা থুরমনবী মানি,
ভবানীপতিনা কোক্নী লৈতেংস্থ ওইনবী মহাক্কি।

অযাঙবা নোংলৈ-চুংশিৎকুম থীখিবা শ্লোকপু মচীন্দা পক্রম্বা, ঈশিং হৈথব-গুম থীরকপা তাবদা থৌনা ঙকখি দিগ্বিজয়ী। মহাক্না ঙকপা উবদা নিমাইনা হায়রকপা—

দেব বরে তুমি কবিবর
ঐছে দেবের বরে কেহো হয় শ্রুতিধর

মানি নহাক লাইনা কবিবর
ওইনৈ অতুম কনামস্থ লাইনা শ্রুতিধর।

হায়বা মচেক্লা য়াল্লগা মযানা পানবা ব্রাফর্মসিমক্ক' দিগ্বিজয়ীগী মশাদা মায়থী মমি অতুম তারবনি। উখিদে অতুবু নাপন্না মন্নবা মমিৎ।

শ্লোক্নী ব্যাখ্যা লোইরবা মতু' হৌদোক্লখি শ্লোক্নী দোষ-গুণগী ব্রা। কবিনা নাপন্না মঁাঙোইননা হাযরকই, "দোষ কোবা অমত্ত নৈতে ঐগী শ্লোক্নিদা, মনম-ফাও চঙদে। উপমালঙ্কার, গুণ, অনুপ্রাস থরনা লৈতেংবা কবিতানি। তারকখি মতোল কবি থোওই উশিংপা তৌদ—

ব্যাকরণিয়া তুমি নাহি পড অলঙ্কার।
তুমি কি জানিবে এই কাবত্বের সার।

ব্যাকরণ শূবনি শূদে নংদি অলঙ্কার।
থঙনি করম নংনা কবিত্ব অমিগী সার।

অতম্বু, নিমাই "ব্রায়ৌরস্ত অতুদি" হায়না হৌরগা শ্লোক্নী দোষ মপূং মঙা মথং মথ' ঈংনা তপ্না থিন-থিন্দুনা তাক্লকই। পুথোকখি অস্তম অবিস্পষ্টবিধে-য়াংশ (অনী) বিরুদ্ধমতি, ভগ্নক্রম, পুনরাক্ত দোষ মফম মঙা। লোয়ননা উংখি অলঙ্কারগী মরমদস্থ পুনরুক্তবদাভাস, বিরোধাভাস, অনুমান—পূম্না মঙানি উংথিবা—শব্দালঙ্কাব অনী অর্থালঙ্কার অহুম। তাখি মতোল, "নৈরম্বা য়ারি অতৈম্ব য়েংথরবদি অমিস্থ অমিনি, অরুবদি, নংনা থঙলিবদু মঙায় ভরত মুনিগী বাক্য—

রসালঙ্কারবৎ কাব্যং
দোষযুক্ত চেদ্বিভূষিতম্ ।
স্যাদ্বপুঃ সুন্দরমপি
শ্বিত্রেণৈকেন দুর্ভগম্ ॥

অঙৌবা খিক্তুং পকপদা
ফজবা শাওং মাঙবগুম্ ।
মাঙজৈ দোষনা কাব্যস্ত
ফজরে ফজনা অত্তম ॥

ঊংখিবনি দিগ্বিজয়ী কবি হেক্ত; লৈত্রক লৈরবদি. শোয়রোই, চঙলমগনি। উরে নিমাই থেংলে কবিগী ইকাইবা, হায়রকই ঈংনা তপ্না, "হায়নবগী অত্তক মহায়রুবনি, কালিদাস, ভবভূতি হোয়গীস্থ অসিগী অসিঙাক্লি, রায়নি ঙসিগীদি, পোথাক্রুরসি, হয়েং অমুক উন্নসি—শাস্ত্রার্থ তাসি। পীনখি অস্তম বিদায়।

তুম্বা য়াদে দিগ্বিজয়ী, রারৌথি বেদমাতাবু "সিরা ঐনা নঙোন্দা কৎখিবা অকনবা তপস্যাগী ফল।" "মানি মাদি নারায়ণ, ঐগী করি গতি লৈ!" তাকপি মমঙদা বেদমাতা। চেল্লকখি ইন্নুংনা শোয়ফাল্ত্রিদৈ, ভুজখি নিমাইগা চরণদা থৌজালগী—

সরস্বতী স্বপ্নে তাঁরে উপদেশ কৈল।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর কহি প্রভূরে জানিল॥
প্রাতে আসি প্রভূপদে লইল শরণ।
প্রভূকৃপা কৈল, তার খণ্ডিল বন্ধন॥

তাক্লে মঙদা সরস্বতী মঙোন্দা লোইনবা।
থঙলে মশক তন নিমাইগী লাইমক্লিং তাংলংবা॥
ইন্নুংনা শোয়বদা লাক্লে তৌজররে শরণ।
প্রভুগী কৃপানা কোক্লে সংসারগী বন্ধন॥

ঈশ্বর জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগ, ভক্তি—অমনা অম্লম ফংডি। ফংলে অচুনোং মশাগী মহৈনা মরমচুনা দিগ্বিজয়ী মহাপ্রভুবু—

ভাগ্যবন্ত দিগ্বিজয়ী সফল জীবন।
বিদ্যাবলে পাইলা মহাপ্রভুর চরণ॥
লাইবক ফবা দিগ্বিজয়ী থাইফরে পোক্নমল।
মহাপ্রভুগী খোঁজাল্লা চাজরে পোকচমল॥

বাসুদেব সার্ব্বভৌম নৈয়ায়িক্নি। উত্তর ভারতকী বিদ্বৎসমাজদা আগল অমুংবা ফজ্বা পণ্ডিতনি। মহাক্কী মতম তাবদগী উরিষ্যাগী মপু গজপতি প্রতাপ-রুদ্রনা মহাকপু বৃত্তি চাউনা পীদুনা রাজপণ্ডিত হাপ্পনি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মমাগী য়াথং মতুং ইন নীলাচল খোঙদারকপদা য়াম্না খেংলবা পণ্ডিতনি। মহাক্না চৈতন্যবু উবদা সুংশিখি, তাকপা ওইনা হায়খি, "সন্ন্যাসধর্ম্ম চৎপদি হৈত্রবদি লুই, পাপ লঁঙি। মহাভাগ পূন্নমক্না খুরৈম্রে, যোগ্যতা লৈতনা খুরুম্বা ওকপা মহাপাপ্নি। অমরোমদনা, কৃষ্ণদা প্রেম লৈবশিংগী ধর্ম্মদি থ্বায় মীপূম খূদিংদা খুরুম্বনি।"

বাসুদেবগী মপাউ তাবদা চীনগোইখি চৈতন্যদেব—

সন্ন্যাসী করিয়া জ্ঞান ছাড় মোর প্রতি।
কৃপা কর যেন মোর কৃষ্ণে হয় মতি॥

চৈতন্য ভাগবত

ঐবু সন্ন্যাসীনি হায়না লৌবিবা তৌবিরু।
চানবিসি কৃষ্ণ প্রেম ফংজনবদুম তাকপিসি॥

সার্ব্বভৌমনা সুমিৎ তরেৎনি বেদান্ত ব্যাখ্যা তৌরবা তুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-দেবনা মায়াবাদতি অসচ্ছাস্ত্রনি, বাদসিগী মত অরানবনি হায়না ফজনা তাকখি। লোয়ন-লোয়ননা মশাগী মতম্ব স্থাপন তৌখি।

মথংদা শ্রীমদ্ভাগবতক্তা ওন্থখি। চৈতন্যদেবনা বাসুদেব সার্ব্বভৌমদা ভাগবতকী—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরি।
অত্মারাম নিগ্রন্থ ওইরফাও মুনিশিংনা কৎনৈ
হরিদা অহৈতুকী ভক্তি—অসুক ওকপা মাই গুণনি।

হায়বা অফাওব শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যা তাসি হায়খি; অঙকপনি সার্ব্বভৌমগী পাণ্ডিত্য, তৌখি ব্যাখ্যা মাপল। চৈতন্যদেবনা "ফজে নঙ্গী ব্যাখ্যা" হায়না থাগৎলম্ব তৌখি "তাও অমুক্তং ঐগীসু" হায়না অতোপ্পা মওংগী ব্যাখ্যা তন্নাগা নীশাল অমুক। ঙকখি বাসুদেব ওহাক। ফাওখি তন্না মথম্মোইদা "পাল্লেদনা ঐনা তমজরকপা ইহৈ, ইহৈনা শীনয়ে ঙসিদি খুৎফংননা ভগবান।"

ইহৌত সাক্ষাৎ কৃষ্ণ ··· ··· ··· ··· ··· ।

কৃষ্ণমক্লিদনসিদে ··· ··· ··· ··· ··· ··· ।

ভুজখি সার্ব্বভৌম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চরণদা; তৌজখি আত্মসমর্পণ। ফংজখি দর্শন।

দেখাইল তাঁরে আগে চতুর্ভুজরূপ।
পাছে শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ॥
উৎপিরে মঙোন্দা মাঙদনা চতুর্ভুজ রূপ।
নাক্তনা বংশীমুখ শ্যাম মশামক্কী স্বরূপ॥

শিন্থখি ভক্তগী গৌরকৃপামৃত ফংলবা থোর্জ্জৈদগী বৈষ্ণব সংসদ্‌তা ফাওরবা শচীসুতাষ্টক—

উজ্জ্বল বরণ গৌরবর দেহং।
বিলসতি নিরবধি ভাব বিদেহং॥
ত্রিভুবন পাবন কৃপয়া লেশং।
তং প্রণমামি শ্রীশচীতনয়ং॥

কুচুনা তক্ক তরং পান্না নীংথিবা।
তৎপা নৈত সাত্ত্বিক বিকার উৎলিবা॥
থৌজাল মরীক্কনা ত্রিভুবন লান্নবা।
থুরমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি॥

অরুণাম্বরধর সুচারু কপোলং।
ইন্দুবিনিন্দিত নখচয়-রুচিরং॥
জল্পিত নিজগণ নাম-বিনোদং।
তং প্রণমামি শ্রীশচীতনয়ং॥

ফিঙাংনা লৈতেংবা খজাই তাবু নীংথিবা।
থাজই মায়থুভম থুজীল পরেংনা লৈতেংবা॥
সোল্লকপা নায়া থোঙলোয় খিবিক ঈংনবা।
থুরুমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি।
... ... ... ...
... ... ... ...

প্রবোধানন্দ সরস্বতী মহারাষ্ট্ররোমদগী হৌরকপনি—বিপ্রর্ষিনি, দিগ্-জয়নি। কাশীধামগী মঠ অমগী মণ্ডলেশ্বরনি। সন্ন্যাসী লিশীং তরাগী ধর্মগী উপদেশক্কি—কুলপতিনি। চৈতন্যদেব উবদা সার্ব্বভৌমনা পেনখিদবগুম মহাক্ম পেনখিদে। মশক য়েংলে হংশিবা, মতৌ য়েংলে নীংথিবা, চহী মতাং হায়বে নোনা থোকপ, চৎলুবিবা ধর্ম্মনা মথোয় বৈদান্তিক্কী মফমদ'দ নোনা থোকপা—অসি পূম্নমক্কা পোকখিবগুম তৌথি কুলপতি থম্মোইদা চৈতন্যগী মহাকথং হুডাইতব'মা। ডাংনখি রাফম থর, খল্লি মশাগী জ্ঞানগী মঙান্দা চৈতন্যদেব নক্তে মীপোক—লাইনি। সনাতন্দা তাকখিবা

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরি॥

হায়বা শ্লোককী ব্যাখ্যা ছন্দ্গা মাথোই তারকপদদি সাক্ষাৎ ভগবান্নি হায়বা খল্লি, ভক্তগী মশক্কা প্রেম থীনা নংলবা জগতকা প্রেমভক্তি যেনগে লাকপনি উথি—চঙজখি তন্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী চরন্দা, তৌখি আত্মসমর্পণ।

পোকখি গৌরকৃপামৃত ফংলবা ভক্তগী থোইজেদগী "চৈতন্যচন্দ্রামৃত", শকখি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী গুন—

অহো ন দুর্ল্লভা মুক্তিঃ ন চ ভক্তিঃ সুদুর্ল্লভা।
গৌরচন্দ্র প্রসাদস্থ বৈকুণ্ঠেঽপি সুদুর্ল্লভঃ॥

লুদে থোইনা মুক্তি তানবা, লুদে হেন্না ভক্তি তানবা।
গৌরচন্দ্রগী থোজান্দি বৈকুণ্ঠমক্তা লুই ফংবা॥

হে সাধবঃ সকলমেব বিহায় দূরা।
দগৌরাঙ্গ চরণে কুরুতানুরাগম্॥

হে সাধুশিং হন্দোক্লম্লো লোইনবা লাপ্পমক।
কণ্ঠলো প্রেম গৌরচন্দ্রগী চরণদা লেপ্পমক॥

মঙা

# সংসারদা খোঙদাবা

কলি-ঘোর তমশ্চন্নান-সর্বানাচার-বর্জিতান।
শচীগর্ভে চ সংভূয় তারয়িষ্যামি নারদ ॥

বামন পুরাণ

কলিগী অমম-চুরবা লীচৎ নাইদ্রবা অপুম্বা।
কল্ল নি নারদ শচীই পীবুক ঙংনা পোক লোইনবা ॥

বিশ্বরূপ নিমাইগী অমত্ত ঙাযবা ময়াম্বনি। মচানুমনাও চহী তরেৎ নীপানমুক থৈ। মনাওগী চহীনা তরেৎ নীপানমুক হায়রকপা মশাগীনা তরামঙা-তরুকমুক হায়রকপা, পাখং পুংগক যাবকপা অত্তুরাইদা য়ুম লোম্না থাদোকখি, চঙ্খি সন্ন্যাস আশ্রম। মপুনশি হেন্নকপননি থঙদে, মচা বিশ্বরূপকী খোঙ্গুল মুৎপগুম তৌখিবগী মৈশা লাংবননি থঙদে, লৈখিদরে ঙম্মানা, নিমাইনা চহী তরামুক স্নরকপা অত্তুরাইদা মপা জগন্নাথ পুরন্দর। ইপুং মপু পান্দবগুম তৌরে। শচীগী রাবা থেংনে মকোক্তা মখুৎ হাপ্লে। রারে হেক শির্বাদ যাদে মী লেপ্লে রানা রানা নোংমনোং চহী মঙা তরক নিমাইনা পাখং পুংগক ফাবফাও।

নিমাই মশাগী চহীনা তরামরি মঙাদ হেক হাযধকপদা য়ুম লেপ্লগে, মমাগী মতেং ঙম্মথৈ পাংলগে লেপ্লে। লিংলে তম্না টোল অমা মুকুন্দ সঞ্জয় কৌবা লৈকাইগী মী অমগী চণ্ডীমণ্ডপতা। তম্নখি কলাপ ব্যাকরণ। চন্নখিদে ছাত্রনা চিৎলু চায়রম, ফাওখি লুমিৎ থা খরদগী মঙংদা নিমাই মপা লৈতবা, তাঙদ-তাঙবা ওজানি হায়না লুমিৎ-থাগুম মশেক-মঙাল চাউরবা পণ্ডিত চাম্ম চাম্মনা খুজিং ওই পৈরবা নবদ্বীপ্তা। অত্তুরু অহাঙবদা চৎলি অত্তুম মাগী গুরশিংগীদা মশাগী অধ্যয়ন মপুং ফানবা।

টোলনা লীংখিনা চথবনা পাংলে নিমাই মমাগী মতেং শেন থুম্মচিংবগী মরম অয়াম্বা মপুং ওইবা অপুম্বা। রাৎলি অমা উরে, মমাগী অরাবনি— পোথাবা কৌবা ফংজদবা ইমুংগী থবক্তা। মমাগী মশা খরদং কোমজনবা লেপখি খোঙ্জারগে গার্হস্থ্য আশ্রমদা।

লক্ষ্মী নিমাইনা অঙাং অঙাওবা অমা ওইনা ইঙাও ঙাওনা খোয়দাখি উবদা গঙ্গা-পূজা লাকপদা উৎখি মঙোন্দা হুংশিবা মতৌ। কৎখি লক্ষ্মীস্ত হুমিত্ত নিমাইদা ইঙাও ঙাওনা মথন্নায়, হকখি হুংশিনা মহিকা-পংেং লাইগীনি তন্নকপা পুষ্পচন্দন খোয়দানা হুংশিনা কৎলবা তু, কৎখি মথম্মোই পেন্না নৈবেদ্য, কাখি লৈ, ভুখি মখোঙ শোন্না মকোক; উৎখিবগুম তৌখি—উৎখি, "ঐনা থনগদবা বরদি নংনি, নংমক্কি, নংদনি" নিমাইদ। "হুক্রবনিকো নং ঐঙোন্দা বরমালা" হায়খি নিমাই মোমোন নোক। নোকখি লক্ষ্মী হকাইনা মোমোন, তাখি নিমাইগী শক্তম মথম্মোই লায়ুমদা শরৎকী গঙ্গাদা পূর্ণিমা থাজ মতম। কৎখি হুংদা তত্তনা প্রেমগী পূজা।

লক্ষ্মীগী হুপীজা ওইবী থম্মোইগী অশেংবা নিমাইগী প্রেম উবদা হুংশিবিক্রমবরা হঙদে প্রজাপতি, লাকখি শচীদেবীদা বনমালী ঘটক। নীংসিংখি নিমাই অঙাং ওইরিবৈঙেগী হুংশিখিবা নোংমগী থৌদোক্কা ঈরোয়ননা নোংমা ইকুই হৃহদ্রিবৈ লক্ষ্মীনা গঙ্গাগী খোঙবান্দা খোবাংনা য়েংতুনা লৈহৌবা মশা পুমকাউ কাউ, মহাক্না অহাঙবদা লাইরিক তম্নুবা হল্লকপদা। লুহোংখি অনী। চহী তবাগা তরুক্তা খোঙদাখি অস্তম গার্হস্থ্য আশ্রমদা নিমাই। ঈংখি শচীগী মথম্মোই, মখি মঙদা মংলোন কয়া হুঙাইবগী হুঙাইবা ঙাক।

ওজা ওইরে, গৃহস্থ ওইবে, পণ্ডিতশীংদস্ত চল্লে অচৌবা, অতুবু ঙাওবদি হন্দে নিমাই। অয়ুক স্নান মতমদনা শান্নে ঈশিংদা ছাত্রশিংগা, হমিদাংবাই মতমদনা লাঙমিন্নে অমুক মখোয় ছাত্রশিংগা। লাঙবমথৈ লাঙমিন্নরগা পোথাই, ফম্মি. ঈচিক লাংঙ—থাবলগা ফবা থোক্লবা ফমথৈ আ সন্ধ্যা মতুং চাক ঈশিং লোইনবা মতম ফাও। সদাইনি মাসি মহাক্কীদি। জাতি বর্ণ, ধর্ম খীনা থায়মন্দুনা মচেৎ মচেৎ তারবা ভারত জগৎপু আয্য-নীতিনা খোমজিল অপুনবা মীওইবা জাতিগী শান্তিগী প্রেম পীগে লাকপনি মতা মান্নে থায়দে মঙোন্দা ঐনা সিনি মানা তুনি হায়রবা মীশক—ফম্মিন্নে, থোমিন্নে, হুঙাইমিন্নে। মতম তাঙ্গা অসিরাইসিদনি কাশ্মীরগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা নিমাইগা থেংনরবা, মপুনশিচুপ্পা তান্নকপা বিদ্যাগী মরায় থঙহোদনা চায় মিংচৎকী উরোং ফুকখিবা, নবদ্বীপনা জ্ঞানগী বিদ্যাগী জগত্তা থোম্মদগী থোম্ম কা চৈগোক ফমখিবা।

নিমাই উনিংখি শ্রীহট্ট ঢাকাদক্ষিণ, মপা মপুশিংগী খুনাম্না মঙোন্দা লেংলবা লম। শন্দোক্লিংঙি বিদ্যাস্থ। চৎলি বঙ্গ, শন্দোকই বিদ্যা লোয়ননা ধর্ম। থোঙকমসিদা তুংগী লম্বী সেম্বগুম থোকখিবা কয়া লৈ। থেংনৈ ঈশ্বর থাজবা পণ্ডিত কয়া ইমুং কয়া। অমদি তপন মিশ্র কৌই। নিমাইনা চহী মঙাগা হায়বকপা অদুরাইদনি, শচীদেবীনা মাবু অদ্বৈত আচার্য্যগী টোলদা মথাংহা বিশ্বরূপ কৌবা থায। মহাত্মা কন্নিমত্ত হংগোইবা নৈতনা আচার্য্যগা টৌনিনা তাংৎ তনিং স্থংশিনা চঙলকপা উবদা আচার্যান মুন্না যেংলগা। "নাক্লেদনা ঐনা কৌথরো" হাংদ্রাইজখিবদো মিশ্রদদি তশেং অতুম ফাওখি মশাগী মঙভম অমনা, কৎখি লোইনা মথরাং, হৌগৎখি মমুম মুরা ইল্লগে নিমাইগী মতুং। অদুমু থঙদে. মশাগী তুংগী নম্বী সেম্বনা, থাখি বারাণসী।

স্বপ্নে এক বিপ্র কহে শুনহ তপন।
নিমাই পণ্ডিত স্থানে করহ গমন॥
তেঁহো তোমার সাধ্যসাধন কহিবে নিয়ম।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তেঁহো নাহিক সংশয়॥
স্বপ্ন দেখি মিশ্র আসি প্রভুর চরণে।
স্বপ্নের বৃত্তান্ত সব কৈল নিবেদনে॥
প্রভু তুষ্ট হঞা সাধ্যসাধন কহিল।
নামসঙ্কীর্ত্তন কর উপদেশ কৈল॥
তাঁর ইচ্ছা প্রভু সঙ্গে নবদ্বীপে বসি।
প্রভু আজ্ঞা দিল তুমি যাও বারাণসী॥
তাঁহা আমার সঙ্গে তোমার হইবে মিলন।
আজ্ঞা পেয়ে মিশ্র কৈল কাশীতে গমন॥

ব্রাহ্মণ'মনা, মমঙদনি, হায়রৈ তন তপন্দা।
চঙজরু নিমাই পণ্ডিত্তা, হংজরু মঙোন্দা॥
মানি মাদি থঙজহৌরো ঈশ্বর তশেংবা।
তাকপিগনি সাধ্যসাধন করম্বনা ফবা॥

মঙ্গী ৱা মতুং ইন লাক্লে মিশ্র প্রভুই নাক্তা।
হঙ্গৎলরে মঙ্গী ৱাফম প্রভুগী চরণদা॥
তাকপিখি হংশিনা প্রভু মুন্না সাধ্যসাধন।
তাখি মতোল তন্না অমুক তৌ নামসঙ্কীর্ত্তন॥
নৈজনিংবনি প্রভুগা নবদ্বীপ্তা মাদি।
পীথি'দ্রবু য়াথং প্রভু চৎলু বারাণসী॥
নঙ্গা ঐগা উনরনি থঁঙু মফমদ্দুদা।
চৎথিবনি চৎখি মিশ্র য়াথংনা কাশীদা।

লম্বী সেম্বমকস্থ অতুম চপচানা তাখি। তুংগী খোঙফম অমনা যজনা অতুম তাকখি। পল্লে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব তুংদা মধ্যলীলাগী মতাংদা বৃন্দাবনগী হঙ্গৎ হন্দা খোঙফমদা বারাণসীদা ভক্তসিগী গৃহমক্তা। গৃহসিমক্তা পোকস্থ পোকথিবনি ভট্ট রঘুনাথ। তপনমিশ্রগুম্বা ভগবদ্প্রেমী কয়া থেংনবনা পদ্মানা কোনবা বঙ্গগী লম পবেংশিংদা গৌরাঙ্গগী শুডাইবা থেংখি। অতুবু, শ্রীহট্ট-দর্শন ঙঁথৌ লাংবনা হান্না যোথোক্লবা য়েংখি। লম্বীদা ব্রহ্মপুত্রগী লমথে ভাটাদিয়াদা মশাগী হংশিবা চান্নবা মরুপ পুরুষোত্তম, কাইনথংগীনা নাংসিংবদা যাইফনরবা স্বরূপ দামোদরগী মনাও লক্ষ্মীকান্ত থেংনখি।

লক্ষ্মীকান্ত ময়াম্বা পুরুষোত্তমগী মতম মাধবেন্দ্র পুরীগী গুরুভাই পদ্মগর্ভাচার্য্যগী মতিক্মক চাবা মচানি। মশা ভক্তনি, পণ্ডিতনি। মশাগী ভক্তি অমস্তুং জ্ঞানগী মঙান্না থঙ্খি গৌরাঙ্গবু নারায়ণমক্কি। ভক্তগী ভক্তিনা মরম্নদুনা শনথি পাক্না চাউনা অকোযবদা গৌরগী মঙাল। শ্রীহট্টদস্থ অসিনি অতুম। মঙানি তরানিদা যৌরে গৌরাঙ্গ বডগঙ্গা। উনরে মপা পোকপা মপু উপেন্দ্র মিশ্র, মবেল কলাবতী। গৌরাঙ্গগী মশক মতৌ, মতিক মগুণ, মশাগী লক্ষণ অমস্তুং চিঙ্কশিং উবদা থল্লি মিশ্র "নক্তে ঐগী ইশূসি তরাইবা অচম্বা।" থঙবস্থ থঙলে অতুম নোংমা নীনিদা।

নোংমা মশূ মপু অনী কন্না কন্না মপুনা কোনা মনাদা চণ্ডী ইবা হৌই। তাঙ্গাতুমক্তা গৃহিণীনা মপুরোইবা ইমুংদা কৌশিল্পুনা তম্মি মমঙ।

… … নাথ দেখি স্বপন অদ্ভুত।
সাক্ষাত নারায়ণ এই জগন্নাথ সুত ॥

প্রেমবিলাস

… … মঁডি নাথ মঙলান অমা অঙকপা।
জগন্নাথই মচাসে নরায়ণনি ৎশেংবা ॥

ঐদি হান্না চিংনরবনি, নচৈন থোক্কন্দ্র, নবুক মবুক পেন্নবা ঙমজবা পীজ-পীথক তৌবা শোয়রু, কাউরু, নথোয় ঐথোয়গীদি তক্কিদনি—পীরম তন্না পাউথুম থোকখি মিশ্র তন্না অমুক ইথনবা চণ্ডী। লোইরম্রে অদুবু হোবদা ঙায়রিবা চণ্ডী, পুন্নোইনি মহাত্মা গৃহিণীগ। ইমুংদা বা অমনীদং ঙাঙনরিডে তাল্লক্কূদা। ঙক্কূদ্রে থোইনা, কৃপানি লোরে, পুশিল্লে গৌরাঙ্গবু মবেলগী মনাক্তা।

… … ভাই তুমি নারায়ণ।
স্বপনযোগেতে মোরে দিলা দরশন ॥
সেই মধুর রূপ মনে আছে সর্ব্বদা।
দেখাও দেখাও রূপ আবার মূর্ত্তি দেখি ॥

প্রেমবিলাস

… … মানি নংদি ভাই নারায়ণ।
ঈবনিদো মঙ্গদা নংনা ঐঙোন্দা দরশন ॥
ফুংশিবা নশক্তো লৈরেদো অদুম থম্মোইদা।
য়েংখিগেবা মিংশিনা উৎথোগবা অমুক্তা ॥

ঈনখি গৌররায় গুরুজন অনীদা মথোয়না তাঙরিবা দশন।

ভক্তজনে কৃপা করি প্রভু গৌররায়।
মধুর মুরতি দুই জনারে দেখায় ॥
মূর্ত্তি দেখিয়া দুই মন স্থির কৈল।
পার্ষদ দেহ ধরি দোঁহে নিত্যধামে গেল।

প্রেমবিলাস

চংশিবিরু গৌররায় ভক্ত মীকোক 'নীতুবু।
পীনৈ মধুর মুরতি দরশন তন্নরু ॥
ফংজবদা দরশন লেপখি মবুক প্রভুদা।
কাখি 'নীদো নিত্যধাম পার্ষদগী মশক্তা ॥

হল্লে তন্না গৌর বঙ্গদা, পম্মানা কোনবা লমদৈদা, তোঙ বন্না বিদ্যাগী প্রচার। কোন্নবনি নামগীগা অতম। বিদ্যা রুন্না শন্দো ক্লৈঙৈ ফংখি য়ুমগী অরোব কয়াগী থদম। লাকখি তন্না য়ুম। লৈরমদ্রে লক্ষ্মী লিন্না চিক্কনা। ফায় মবুক তুনা মমাগী।

জাতস্য হি ধ্রুবো মৃত্যুর্ধ্রুবং জন্ম মৃতস্য চ।
তস্মাদপরিহার্য্যেঽর্থে ন ত্বং শোচিতুমর্হসি ॥

ভগবদ্গীতা

পোক্লবদা শোনদে শিবা 'শববদা শোযবোই পোকপা।
শোয়দনা থোক্লর্বাসদা রানিঙাক কবি লৈবিব ॥

লাকপা নত্তে মাদি মঙাল লোকপা, নাকপনি য়েনগে ম .া। চর্থাখি ঙংনা অধ্যয়ন অধ্যাপনা অনীমক্তা হান্নগী মতম।

নোংমা চংথি নোংমা লাক চংযাল অমা হৌগানম অত ও ন চহী অম ফা কুমওন অমা লাক, হৌত্রে হুমিৎ থ চহী থর মথং মথং। শচীদেবী, ঙ্গম লেপ্লবনি, হৌই য়েংবা মচাগী মৌ। ব্রাৎলুনি কবম নিমাই পণ্ডিতকী হুপী নদীয়াগী থানি। কৎকেগী কৎকে ঙাক্লি। নদীয়াগী মীপূম খূদিং, নিপা থঙদে হুপী, লুপ্লা ঙাক্লি মঙোন্দা, ঙাওবা ঙাক্লি মাগী হুংশিবা মনমদা। লুহোংলে নিমাই মমাগী য়াথং মতুং ইন, রাজপণ্ডিত সনাতনগী মচানুপী নীংথিবী বিষ্ণুপ্রিয়াগা অমুক।

মতাং অসিন্না ইমক্তানি কাশ্মীরগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতনা লাকখিবা, গৌরাঙ্গদা মায়থীরবগী ৱা মথক্তা মতাং অমদা পনখিবা। ফুদোকখিবনি গৌরগী অঙকপা বিদ্যাগী অঙকপা মঙাল। ঙক্লখিবনি নবদ্বীপ অপূম্বা, শক্লখিবনি মগুণ "য়াইফজে নবদ্বীপ, য়াইফজবীমক্লি পোকচক্লবা নিমাই পণ্ডিত।" অদুবু মশানদি তেকথনা পানবা হৈপান্না, অচৌবা থঙদে অপিকপা, মশামক্ত কাঙলুবা হাইগৎলুবা

তৌদনা, নোইনা লুরা য়ুংবগুম তৌখিবনরা নত্রে সংসারদা থোইনা হৈনিংবা পোকখিদবগুম্বা তৌবম্বা লৈবনরা নহ্লিক্নে অনীমক্তা মপা মপা চাক্তুনা তৌবনরা কম্রি থোইনা থৌরা সাক্তুদবগুম তৌখি।

লক্ষ্মীনা লৈখিদবগা নিমাইগী পুনশিগী ত্যাগলীলাগা করি মরী লৈনবা থংদে, শকই লোচনদাস মাগী "চৈতন্যমঙ্গল" দা, শক্নে অতৈ বৈষ্ণব কবিশিংস্ত্র অদুম, গৌরপ্রেমগী মশক্তি লক্ষ্মী, গৌরগী কায়ন-মৈনা লিলগী মশক ওইনা চোংথোক্তুনা চিকখি গৌরপ্রেমগী মশক ওইবী নীংথিবী।

প্রভুর বিরহ-সর্প লক্ষ্মীরে দংশিল।
বিরহ-সর্প-বিষে তাঁর পরলোক হৈল॥

চৈতন্যচরিতামৃত

কায়ন-মৈনা তাউজ ওই প্রভুগী চিক্নে লক্ষ্মী।
তাউজত্তুগী হুনা অদুম কেমথরে মপুনশি॥

নিমাইস্ত লক্ষ্মীনা মঙাকপু হুংশিজবগুম, মহাক্স্ত্র লক্ষ্মীবু চপচানা হুংশিবনি হাগবা তাকই মখোয় অনীগী পুনশি-লীলাগী হুংশিবা মতাং থরনা অদুম। গৃহদা হৈনিংদবা অমা পোক থম্মোইদা ত্যাগগী রাথল মমি অমা তাখিবরা থংদে লক্ষ্মী লৈতবদা! তাবগুম তৌখি পুনশি-লীলা তাংকক'মগী অরোইবা ফিজঙ। নোংবাম্বাদা তক্তুনা হেক হেক ঈহৌ ঈডাওরুবা তুরেন্না শরত্তা লিরি খোইরি চেনবগুম নিমাইগী কঁঙাওনবা পুনশি লক্ষ্মী লৈতবগা লোয়ননা লোইখিবগুম তৌখি, ফাওখিবগুম তৌখি মথম্মোইদা ধর্মগী রাথলগী মঙাল অমা। জাক্লনবা থংদে গশক ফোংবা মতম।

তরুক

# ত্যাগগী মমি

অজায়ধ্বমজায়ধ্বমজায়ধ্বং ন সংশয়।
কলৌ সংকীর্ত্তনারম্ভে ভবিষ্যামি শচীসুতঃ॥

ভবিষ্য পুরাণ

পোক্ক,ই পোক্ক,ই পোক্ক,মক্নি চুম্মি ঐহাক পোক্ক,নি 'মুক।
কলিদনা নামযজ্ঞগী শুংলুনি শচীগী পীবুক॥

কুইড্রি বিষ্ণুপ্রিয়া লুহোংবা। সংসারদা থোইনা লুপশিল্লদে গৌর। অমবোমদনা, নীংসিংলকখি মহান্না অচাং পিশক ওইরিঙৈ লৈথিদবনা তোল্লিবা পিতৃকৃত্য অরোইবা—লোইনিংলক্নে। চৎলি গয়া ফুক হৌগক্না ছাত্র থরগা অরোইবা পিতৃকৃত্যগী। থেংনৈ মাগী প্রেম্না পুল গোবিন্দনা সঙ্গোম তুনখিবা, মহাকথংগী ক্ষীর লোৎলু ক্ষীরচোরা মিংথোল পুখিব। মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্য ভক্ত ঈশ্বর পুরী। লৌই দীক্ষা—গোপাল দশাক্ষর মন্ত্র। লাকই যুম মশক পুক্লোং হোং।

থোকই টোলদা হান্নগী মতম। লাইরিক তম্বিদে। ওঁাচি মদোম শুগদ। য়েং মুংশিনা মোমোন, মিৎলুদদি পিরাং—

শান্নরিবা লীলাময়,
ষণ সানা কোয়জেল চেল নন্দই মাংগোল থুংনা,
ফজে মুঙাই ভক্ত-চানবা নঙগী লীলা!

শিষ্টে মমিত্তগী পিনা চতুম চতুম—তারি মুক্তা মতুম মতুম। চুংঙি মতু, লাউই হরিবোল। ছাত্রশিং য়েংভি ঙহাক। হায়নরকপা য়াওই। "তন্নরোইদ্রা ঐথোয়বু ঙসি লাইরিক"।

হায়রকই অমনা—গুরু মহাশয়, হৌরসি লাইরিক!

নিমাই—তোক্লসি, তন্নস্নসি, কাউবু কাউরে লোইনা। সোম্পি নাম 'তুই শরুক, শক্নি কীর্ত্তন!

ময়াম—ঐথোয়দি হৈদি হৈতনা।

নিমাই—হৈনি হেক্তা শক্তি শকউ! (তদ্থি তন্না ছাত্রশিংদা নামকীর্ত্তন। শকই মথোয়গা খুবাক খু খুদ্ধুনা)

হরি হরয়ে নমঃ
কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।

নিল্লি পুম্মিল মুকুন্দ সঞ্জয়গী চণ্ডীমণ্ডপ।

থাদোক্লে নিমাই অধ্যাপনা। থাদোক্লে বিদ্যার্থীশিংস্থ অধ্যয়ন। পুনশিল্লে পুঁথি, কাক্তে অমুক, চল্লে টাবু। লুপমিল্লরে হুমিৎ খুদিং কীর্ত্তন্দা অতুম।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥

হরিনাম হরিনাম হরিনামদনি থঙ্ লেঙদবা।
লৈতবনি কলিদা লৈতে লৈতে অমুক লম্বী'মা॥

জীবে দয়া
ঈশ্বরে ভক্তি
ভক্তির সাধন সঙ্কীর্ত্তন।

ত্তৌ জীবদা দয়া
ঈশ্বরদা ভক্তি
ভক্তিগী সাধন থঙ্ মানি সঙ্কীর্ত্তন।

তাকই তত্তে, চোংডি শকই ঙাওই—

হরি হরযে নমঃ
কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন।

গৌড়দা আ মমাঁংডৈদগী হৌনা বৈষ্ণব গোষ্ঠী কযামুক লৈরকই। লৈবাক্লা বামাচারগী ক্ষেত্র ওইবা, পঞ্চ মকারগী পূজা চৎপা, বলিগী মমিংদা জীবহিংসা তৌবা, কাপালিকশিংনা মী হাৎপা—পূম্নমক্তিনা ওইথি মথোয়গী অরাবা

অচৌব'মা। 'সিদি লায়বু লায়রি, পুরকথি মতম্না মুশলমান, পাম্লৈ মখোয়না গৌড়, হাৎলৈ ধর্ম্মগী মমিংদা যণ। অমরোমদনা, লৈবাক পুগদবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা ন্যায়গী ফক্কিদা লুপ্লুনা লৈখি, তৌথিদে লৈবাক্কীনি হায়বা ৱাখন্নচেৎ 'মত্তফাও। লৈবাক খ্বাইনা বিষহরি পূজাগুম্বনা অরোইবা ধর্ম্মনি পুহ। চায়খি থীনা ধর্ম্ম মৱায়, কান্খি তম্না মৱায় অধর্ম্ম, অনাচার।

গৌবাঙ্গদেবনা খোঙদারমদাই মমাঙ চহী পরেং থরদা গোষ্ঠী পরেংসিদা পোকখি ভক্ত কয়া— অঙকপা মীপোক ঙাক্ত, তুংলমচন্না লাইপোক্লি হাযনা শাংথানখিবা ঙাক। অমদি অদ্বৈতাচার্য্যনি থোইখোইবা ভক্ত। ৱাবিখি ঈশ্বর থাজদ্রবা, ভক্তি মশক থঙদ্রবা, প্রেম থীনা নংলবা মহাত্মা পোক্লুরিবা জগত্তুগী।

ইরি চৈতন্যচরিতামৃত—

কেহ পাপে কেহ পূণ্যে করে বিষয় ভোগ।
ভক্তিগন্ধ নাহি যাতে যাই ভবরোগ॥
লোকগতি দেখি আচার্য্য করুণহৃদয়।
বিচার করেন লোকের কৈছে হিত হয়॥

আপনি শ্রীকৃষ্ণ যদি করেন অবতার।
আপনে আচরি ভক্তি করেন প্রচার॥
নাম বিনে কলি কালে ধর্ম্ম নাহি আব।
কলিকালে কৈছে হবে কৃষ্ণ অবতার॥

গঙ্গাজল তুলসীমঞ্জরী অনুক্ষণ।
কৃষ্ণ পাদপদ্ম ভাবি করেন সমর্পণ॥
কৃষ্ণের আহ্বানে করে সঘন হুঙ্কার।
এমতে কৃষ্ণেরে করাইল অবতার॥

হিংঙি 'মনা পাপ্পা হিংঙি 'মুক 'মনা পুণ্যনা।
লৈতে ভক্তি কৌবা কোক্লঙাই জগৎকী লায়না॥
ৱাথি উরকপদা হুংশিহৈবা চার্য্য থম্মোই।
থম্বথি শীল্লিগে করম্না ফনবা মখোই॥

থনখি ফনি শ্রীকৃষ্ণনা থোড়দারবা লৈদ্রা।
মশানা চৎনা য়েল্লরবা ভক্তি জগত্তা॥
নাম নক্তনা অতৈমনা ওইররোই কলিদা।
কৃষ্ণস্সিবা করম শ্রীকৃষ্ণবু জগৎসিদা॥

কোক্তে চেৎনা কৃষ্ণগী পাদপদ্ম থম্মোইদা।
গঙ্গাজল তুলসীপত্র কচ্চে তৎপা লৈত॥
তৌই তোয়না পোয়না হুঙ্কার কৌই হেক হেক কৃষ্ণ।
কৌথবনি অম্নম—থোড়দারবনি লৈ কৃষ্ণ॥

গৌরাঙ্গগী গর্ভগী থাশীং, পোকপগী পুংফমগী তাবা পরেং, গ্রহশিংগী ফন্ফম পরেং, গ্রহণগী নাম্না পুম্নিল নিনবদা লৈ থোড়দাবা, মশক মতৌ তম্বা থোক্তনা ফজবা, মঙ্গলগী মশক দিব্যচিহ্নশিংনা লৈতেংবা, তৌরকপা অয়াম্বা মীগী ওইনা থোক্তবা—অসিনচিংবা কয়ানা অদ্বৈতাচার্য্যগী পুকার পাল্লে, গৌরাঙ্গ ওইনা কুম্লক্লে থাজনখি বৈষ্ণব গোষ্ঠীশিং। শঙ্কখি, সোন্নখি—

কলিযুগে যুগধর্ম্ম নামসঙ্কীর্ত্তন।
এতদর্থে অবতীর্ণ শ্রীশচীনন্দন॥

কলিযুগই যুগধর্ম্ম মানি নামসঙ্কীর্ত্তন।
অদুগীনি থোড়দাবরিবা শ্রীশচীনন্দন॥

হৌৎখিদে অদুনোং গৌরাঙ্গদেবগী সঙ্কীর্ত্তনগী পালা। বিদ্যার্থীশিংদনা পুরম্বদগী লাকখি, চোংথোকখি মণ্ডল-লৈবা মশন্নাইবা ডাক মথং মথং অদুম। য়ারখি শরুক কীর্ত্তন্দা থুনমক শ্রীনিবাসাচার্য্য। ইল্লকখি শ্রীরাম শ্রীপতি শ্রীনিধি—মনাও অহুম্মক। ইশৈ-তৌবা মখোল-ফবা ডাক্কি মখোয় থুদিংমক। মখোয় অহুমগা মুকুন্দ পুম্নিন্নখি কীর্ত্তন। লাকখি অদ্বৈতাচার্য্য। তিল্লখি ব্রহ্ম হরিদাস শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী, গদাধর পণ্ডিত। ফাওরকখি তন্না ব্রহ্মবধিয়া নিত্যানন্দ। শকখি কীর্ত্তন অহিং অহিং ইমুংদা—শ্রীবাসগীদা মপুং, মশাগীদগা মহাক্কী মাতুল চন্দ্রশেখরাচার্য্যগীদনা মরক মরক। চৎলি, চথৈ, লেপ্পে কীর্ত্তন। অমরোমদনা, গৌরাঙ্গদেবগী মশাদা মতাং মতাংদা ফাওখি অঙকপা শক্তম, অঙকপা মতৌ,

অচ্চকপা মতৌল ঈশ্বরগীদ ওইবা। থওনখি স্বয়ং ঈশ্বরমক্তি, জগৎ-কল্যাণগী লাকপনি। হরাউ-তুজুংবগা লোয়ননা কঙ্খিনখি কীর্ত্তন নোংমা নোংমগী, থেংখি ভক্তশিংগী মুণ্ডাইবগী অমুক্তং চিংথি অস্থম অস্থম নবদ্বীপ তংথাই'মা।

উরে লাক্লে মতম, য়ায়নি প্রচার। পীনরে ভক্তশিংদা বাণী—

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা

অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

নাপীদগী থোইনা তুনা উপাল মতম থাড়বা হৈনা।

লুনা মীবু নোম্না নশা সোনগনি তক্তনা হরি॥

নেৎলে নাপী তুথৈ অতুম।

নেৎলিমথৈ থাঙি অতুম॥

য়াল্লে উ পুই চৈনা অতুম।

থনবি মুংশা মীদো অতুম॥

থঁডু নাপীনি বৈষ্ণবতি।

চৎকনি শাজৎ নাপীগী॥

কাউন্ত উপাল্লি বৈষ্ণবতি।

চৎকনি লীচৎ উপালগী॥

লৈতে ঈশ্বরদা বর্ণবিচার।

চঙদে ঈশ্বরদা জাতিবিচার॥

লৈনৈ লোইনা নামদা অধিকার।

তৌ মীপুম থুদিংদা নাম প্রচার॥

চৎলে নগর কীর্ত্তন। পুরে কীর্ত্তন নিত্যানন্দস্বরূপ ব্রহ্ম হরিদাস। থেংনরবে নোংমা জগাই মাধাই—নগর কাতোয়াল মচীন্নাও। থীনা তৌরে মচীন্নাওনা নিত্যানন্দ; ফুরে, চৈবে, তাহৎলে। "ফুজো, তাজো পেল্লা নবুক, সোল্লু অমৃতদি নাম" চোংঙি মাতালিয়া। চঙদে, নুংনি অনীদো করিমত। চায় ব্রহ্মবধিয়া কোক্তা থীনা চফু, তুই নৈমায়দা জ্ঞান থীনা মাঙ। ফুদোরকখি থচ্ছোদে গৌরাঙ্গ বিশ্বম্ভরধর মতুং। উথি জগাই মাধাই গৌরাঙ্গদা চতুর্ভুজরূপ

তুথি চরণদা। লানথি অস্তুম তমথিরবা মাতাদা মচীনমনাও। শক্লথি গৌরাঙ্গ-দেবগী শুন নৌহৌনা নবদ্বীপ; শক্লথি চীনখুং য়ৈনা ব্রহ্মবথিয়া, ব্রহ্ম হরিদাসন-চিংবা কীর্ত্তনেশিংগী বৈষ্ণবগী ধর্ম লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তনগী মাহাত্ম্য।

মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবগুম ফুদোংবক্তে গৌরাঙ্গগী মশক মশেক মঙাল নোংমা নোংমগী অস্তুম অস্তুম। পোকপদগী হৌনা তৌরকপা মহাক্কী মপোক, মশক মতৌ, মতিক মগুণ, চৎলকপা শাক্তৎ, ঙাঙলকপা য়াঙাঙ, তৌথোরকপা মগুং, চৎনবিবা মতা লোইনা পাতুনা য়েংনরকথি মীপুম খুদিং, লাইপোক্লি খন্নরকথি থম্মোই খুদিং।

"গৌরাঙ্গ ভগবানমক্লি, নাম অমসুং প্রেম প্রচারগী ভক্তগী মশক লৌতুনা লাকপনি" হায়নরক্লে ঈশ্বর থাজবা পণ্ডিতাশিংনা মহাপুরাণ, উপপুরাণনচিংবা লাইবিক লাইশু কয়াগী মতুং ইন। থাগৎ অয়াম্বনদি মবুকথোক্লা হান্নং ৬ম অতুম থাজনরবনি, নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপদা থংতুনা লৈববনি মখোয়গীদি। অতুনোং শক্লথি সোন্নথি নাম অহিং-স্ন'থিল। ওইথি অস্তুম নবদ্বীপকী য়ুমথোংচ খুদিং নাট মন্দির। কাযরে থীনা যবংশিংদদি। মখোবগীদি যেন কেন উপায়েন বাক্সিব হিন্দুশিংবু ইসলাম ধর্মদা পুশিনবনা ধর্মগী থৌগাইনি অচৌবা।

চাদ খাঁ নবাব হুসেন শাহগী মশুনি, নিঙোম্না পোবপা। পুই মহাক্না নবদ্বীপ। হিন্দু মুসলমান কাবক হুংশিনরকপা মতম্লি। কাজীনা হৌবক্লিবা চৎলিবা ঈরাংতু থিংনিংনবস্ত হিন্দুগী মথুক নাথিগদ্রা কিবনা থংথিং থিংলমদে, মতা অচাব'মা যেংতুনা লৈরম্মি। তাংসিদা নাস্তিক কাঙবু অমনা লাউরবে, "অমুক খঙদ হুংথিল খঙদে কীত্তন—থবক শূবা, চৎপ'মক্ত যাদ্রে, কায়রে-লেপ্লে। অহিং ক্লংড়ি নো'শোম-নোংশোমব'—তুম্বা হিঙ্গ'মক্ত য়াদ্রে, মাঙনা তারে, শোযদ্রবনি, লৈবাক। ঙদ্বিই থিংবিহো"। ঈরুনীংবগা থোংক্লেকপগা চপ অতুম চারে। মশামক যাওনা পাইকশিংনা থীনা থীনা থুগাইরে কীর্ত্তন, লেচদা তারক্লে।

চোংথোক্লে গৌরাঙ্গ মশা। নো'মা যাচঙবদনি, চৎলে কীর্ত্তন। বেডা কীর্ত্তম্লি—সম্প্রদায় অচৌবা অহমগীনি। ব্রহ্ম হরিদাসনা থংঙি মাঙহৌন, পুই অহানবা সম্প্রদায়, অদ্বৈতাচার্য্যনা লেপ্পি মথং পুই অনীম্বা; গৌরাঙ্গনা থোম্মি মনীং, পুই অহুমম্বা। তৌই থৌগল বিশ্বম্ভরধর নিত্যানন্দ।

কীর্ত্তন মশাগী মৈরা চাম্ম চাম্মনি, ফিরাল চাম্ম চাম্মনি। অতদি অরায়বনি, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু চোংথোক্লে, কীর্ত্তন পুরনি হায়বা পাউসি ঙংশিৎনবু চেল্লদ্ধরা খঙদে, য়ুমথোঙ থুদিং ওক্রম্মি মৈরা রাংনা রাংনা, চাউনা চাউনা; য়ুংলম্মি লফু, থিল্লম্মি মঙ্গলঘট হেক হেক—কোন্নৈ বৈজয়ন্তী লোইনবা।

শীংনরি মৈরা পরেং অতিয়াগী থরাল পরেং, হাইরি হুম্ন পাইরি মালংদা ফিরাল-পরেং। থোংলি মোইবুং, থোংলি শিঙ্গা, মৈরি পুং শেল, শক্তি মায়গে তরা পুম্নিল—

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন ॥

তৌই তায় হেক হেক হুঁকার—হরিবোল হরি হরিবোল। ঈওল্লি নবদ্বীপ হরিনাম ঈরাউথোল্লোয়, শান্নরি মৈরাপরেং ঈওল ঈরোয়ননা ঈঙংদা—তারি মমি থরালগী পরেং তগুপ তরং তগুপ তরং ঈরোন্নুং। পাহরি বৈজয়ন্তী পরেং হাইনা হুম মালংদা—কারি ঈথক ঈপোম পরেং পরেং ঈমায়থক।

চৎলে কীর্ত্তন কাজীগী মকান তম। চাঁদ খাঁ লৈতাদ্রে—মিহুল চেনগুম-চেনগানরে। মহাক্তি অকিব'মা থীনা নংবদগী মবুক্রীং ইথুক্ত-থুক্তুনা লৈরবনি। কীর্ত্তন থুগাইরুবা ঙমিত্তুগী অহিং হেক হিপথবমক্তা মীনোংশা'মা চোংশিল্লকথি। "নংনা পূং শেগায়রুবগী নপুক শেগায়বা তারেদো" থোৎলৈ থীনা মপুক। মহাক কিবগা চৈনাথোলগা মশা ইপা পাথৎখি। মহাক্না থীনা পাথৎপা উবদা, "ফরে, নং য়াম কিরে, হন্দক্নুক্তি য়েংবিরগে, অমুক তৌরবা লোইরে থঁঙু নং, লোইরবনি অতুম নঙ্গী ফুংগাসু" হায়রন্নগা মাখি। নোংঙাল্লগসু পেয়াদা অমনা কীর্ত্তন থুগায়বা চৎনবা হুক্ম লোবা লাকউে মৈবী'মা থংবাই পাইরক্তুনা মকোয় চাকথিবগী ঈশিং হানবমক ফত্রি। অসিদা অমুক্তা নবদ্বীপকী ঙসিগী ঈরাংসি উবদদি "করিনো, করি ওইরগদৌরিবনো" থনবদা কিথিবনা লরাই লুতোন অতুম শাৎলে। কীর্ত্তন্না অসুম অসুম লাক মহাক্কী দররাজহ নকশিল্লকপা উবদা মিপাইবগুম তৌরুবরা, থোঙ অতুম পোৌরোল থারে, মশা থুপ্লোই লোৎপোই অতুম লৈত্রে।

লোৎনিংঙি লোৎপা য়াবা নত্তে, মশাগী সম্বান্দ, খুভমগীস্থ ঙাক্লা চৎপা তাবনা থোয়রকখি। লাপ্পপ তৌরিভৈদেগী হৌনা মশাগী দোষ মঁাঙোইননা পন ব্রাহৌরকখি।

কাজী—ঐনা থর লম্বিবগুম তৌবহুদা নবুক্তা ব্রারৌলম্ননি কিরুত্তনা, য়ারবদি উনরখোই· লোৎলুবনি। অসিমক্তং হান্না নীংসংহৌখিগে, নীলাম্বরচক্রবর্ত্তী ঐগীদি গ্রাম-সম্বন্ধী চাচানি। নহাক ইচন্না পোকপনি। মমাক শুঙবনা মাতুলগী দোষ কন্না থিনদে, থিরুদে—নত্রা গৌরহরি।

গৌরাঙ্গ—কচ্চবি ভক্তি, মামা! কীর্ত্তন য়াবগী ব্রা শুইনা তৌববু মামা—

কাজী—অঃ মারে, থিংদ্রে। থঙলে থি·বা ঙম্ররোই (হায়না হায়না লী অঙকপা ব্রাঘৌ· উৎলি মবুক্তা তারিবা খূজীন মফম)

গৌরাঙ্গ—যবে মামা, মান্না হুঙাইজরে। ব্রাফম অমত্ত·গদি থঙলগা চচ্চনি·ঙি।

কাজী—করিনো তাসি।

গৌরাঙ্গ—মামদি ধর্ম্মগী খূভমদনি লৈবিবিবা। যশ লাবনা মপাংগলনা ঐখোয মীগা পুক থাকই—ইপা শকই; যশ অমোম্না মখোম্না ঐখোয় মী য়োকই ঐখোয় মীদা পাংগল পী—ইমা শকই। মখোয় হাৎপসিবু চুম্রা?

কাজী—নখোয হিন্দুগী বেদ পুরাণ লৈবগুম ঐখোয় মোসলেমগীস্থ কেতাব কোরাণ লৈ। নখোয়গীদৌনা ঐখোযগীস্থ প্রবৃত্তি, নিবৃত্তি—মার্গ অনীগী ব্রা অত্তম মরৈ। প্রবৃত্তি মার্গনা মশ হাৎপা যাই। লাইরিক্লা মাবনিনা দোষ লৈতে। নখোযগীস্থ অতমঙায়, থানা ব্রাহ্মণনা যশ অত্তম মহাৎলম্লিবহুনি।

গৌরাঙ্গ—মামগীদা খিক্ত· হোরে। বেদগী ব্রাদি হিংহনবা ঙম্লবদি হাৎপা য়াই· ঙমদ্রবদি য়াদে, অসিনি। থায়নচৈ ব্রাহ্মণশি·গী মতিক্সি লৈরম্মি। জরদ্গবগীনা খূদম্নি, হাৎলগা হেন্না ফৈ—পাথংওইনা

হিংগৎলি। ভমদবদগীদি তোক্লে, য়াদ্রে। মাম্মহোয়ম্ম ঙম্মি-
য়োইনে। ঐখোয় মীদা, ইশানা অমুক হন্দোকপা ঙম্নব্রবা
জীবগী মথক্সায় লৌবগী করি হক লৈবা, তাকপিসি মামা!

কাজী য়েংখি গৌরাঙ্গদা, হোংদে মিৎফম, কুপ্তে ম'মিৎ, হায়, "নংবু মীনা লাইনি, প্রেম নংলবা জগত্তা প্রেম য়েনবা লাকপনি হায়নবা য়ারে মাম। ঙসিদি গৌবহরি, খঙলে নশক, নং লাইপোক্নি"। সাখি জগোই, শকখি গৌরাঙ্গগী জয়—

জয় গৌরহরি কী জয়!

ওকখি কীর্ত্তনে সম্প্রদায় অহুম—

জয় মহাপ্রভু কী জয়!

খোংখি মোইবুং, খোংখি শিঙ্গা, য়ৈখি পুং, খীংখি শেল, তৌখি হুঙ্কার, সাখি জগোই প্রভু, ইনখি অদ্বৈতাচার্য্য ব্রহ্ম হরিদাস, শেনখি প্রভুবু বিশ্বম্ভরধর নিত্যানন্দ। শকখি সোনখি কীর্ত্তনেশিং।

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন॥

থুমখি লোইনা ভাবুক—হিন্দু খঙদে মুস্লীম। অঙকপনি অহিংত্রগী কুমৈ—কনানা তম্ন গনি মপাউ!

তরেৎ

# সংসার ত্যাগ তৌবা

স্ুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গ-বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী।
সন্ন্যাসকৃৎ শমঃ শান্তোনিষ্ঠা শান্তি পরায়ণঃ॥

মহাভারত

সনাগুম হেনবা ফজ-শক চন্দন্না যোম্বা ফজ-হক।
ঈংনমক চৎপা সন্ন্যাসী শান্তিদ য়েংবা লেপ্পমক॥

জগৎ-কল্যাণগী লাকপনি গৌরাঙ্গ। শচীগী বাৎসল্য প্রেম বিষ্ণুপ্রিয়াগী মধুরপ্রেম—কত্রং লংলম অনীনা নামিবা ঙমলুগনি পুনবা মাবু কয়া কুই! মহৈগী নাপলবা মঙক-কল্লবা পণ্ডিতশিংবুসু মীবু তাথী-য়েংথীবদনা মহোশা ওইনা পোক্লবা মীওইশিংবুসু মকোক নোনবা ভৃঙ্খিবগে, তারসন্ত্র লুংইন মথম্মোইদা দৈন্যগা মমি, থল্লবগুম তৌরা, লেপখি গৌর চঙলগে সন্ন্যাসাশ্রম।

উনবে কেশব ভারতী। চাঙনবে কৃপা মপোল। লোপ্পরে স্থমিৎ, থঙনরে মফম। হায়নবা মতুংইন চৎলে গৌরাঙ্গ মতাং চানা অহিংগী তাংলৌমদা লোন্না কাঞ্চনপুর, ঙসিগীনা কাটোয়া। অহিংদো জগৎকীদি থঙদে, নোংদম থীবী অনাগীদ অমুক ঙাল্লু তমদ্রবা অহিংনি। লৌরি তল্লি গঙ্গাগী নিরদয় ঘাটনা অরাবা মপাউ।

নোং যুংদ মঙাল্লি। কাঞ্চনপুর অযাম্বা তুল্লি। মধু শীল গৌরাঙ্গগী শম শেংবা লাকই। মখোরা মপুং যাংদ মঙায়বা, শরা মকপা লৈতনা ফজবা রাৎপা লৈতনা নীংথিবা, নচুনা সনা ফুদোংবা, মায়খোং থাগী লৈতেং খোইং-খোইবা শম্লাং—থাবা ঙমখদে কাতি মধু শীল, নীকখি মপুং। "চৎল্লনি অফবা ক্ষেণ, থারো ক্ষুর, শেংদোক্লো শম" হায়রকখি য়াথং গৌর। "তোল্লিদা শীল ফজংগাদা পোক্লুবা" থাখি ক্ষুর—মিংলুদনি পিরাং। 'শম্মখি মপি শম শেংনা শেংনা চতুম চতুম তপ তপ। অদুবু, কাখোকখি শীলগী প্রেম, প্রেমগী দমক্লি। প্রেমাবতার গৌর।

ভাগ্যসিমক্তা ফাওবকখি নিত্যানন্দ, বক্রেশ্বর, মুকুন্দ, চন্দ্রশেখর, দামোদর —ভক্ত মীকোক মঙা। থামগে লাকপনি, থাম্নি কনানা মনাং-চৎপা ঈশ্বর

মাবো ! য়েংঙি ঙহাক তুমিন তুমিন গৌরাঙ্গদা, শিষ্ট জোবো জোয়ো পি, ঙাংদে রাগী মচেৎ অমত্তু । মহনা শুঙ্কৎপা মতম য়াই শরুক মথোয় থুদিংমক সন্ন্যাসগী চৎলিবা থৌরাংতুদা যাগী যাগী থোকপা ।

সন্ন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকরাবুভৌ ।

গীতা

কর্ম্ম-থাবা কর্ম্ম-তৌবা পীনৈ 'নামক নান্ন-থুভম ।

সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌবা তারবদি কর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগা নৌংনৌনা কর্ম্ম-পর্মে অমা চৎপা নাই । অতনোং সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌরমদাই তৌভম থোকপা দেব, ঋষি, পিতৃগী অর্চ্চন, আত্মশ্রদ্ধা, বীজহোম্নচিংবা তৌনে মথং মথং লৌইনা গৌরাঙ্গ। থাদোক্লে তুংইন অরোইবদা শিখা অমসুং যজ্ঞসূত্র ।

কর্ম্মসন্ন্যাস লৌইরবা তুং গঙ্গাস্নান অমুক তৌরুবে । পুন্নে ভারতীনা ডোয়, হোংলে যোগপট্ট স্নবা । মশানা পাম্বা মহ তাক্লে নাম্নচিক্লা ভারতীদা গৌর । ভারতীনা অমুক কান্নে গৌরদা মন্ত্র অতুমক । জগন্না শ্রীকৃষ্ণগী চৈতন্য পীনগে লাকপনি থোন্নে ভারতী মহাক্কী জন্ম কযাগী তপস্যাগী কলনা ফংলরবা শিষ্যবু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য । পীনরে লোযননা দণ্ড ।

হৌজিক্তি থাডদা ডোর-কোপীন-বহির্ব্বাস, নমদা নামাবলি, ঙক্লা তুলসীমালা, ওয়থংবা লেংবান্দা ঝুলি, যেত্না দণ্ড, ওয়দা কমণ্ডলু, মায়দা চন্দন্না পুন্নং, চৌন্দনা—

এতাং সমাস্থায় পরমাত্মনিষ্ঠাম্
উপাসিতাং পূর্ব্বতমৈ মহর্ষিভিঃ ।
অহং করিষ্যামি দুরন্তপারং
তমো মুকুন্দাঙ্ঘ্রি নিষেবয়ৈব ॥

অা মঁাঙোইনথরবা ঋষিশিংনা
পরমাত্মাগীনি হোংবা ফিজোন্সিনা ।
চৎলুরনি মুকুন্দগী পাদসেবা
লান্নলি ঐ লানঙমদ্রবা অমম্বা ॥

চৎলি ইঙাও ঙাওনা বৃন্দাবন্দনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব, নাইদে মায়গৈ শলাই —প্রেমগী ঈথক্কনি । সোল্লি হেক হেক—

বৃন্দাবন-বিলাসিনী
শ্যামকণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে !

ইল্লি মতুং ভক্ত মণ্ডা—মিৎলুদদি পিবাং, নক্তে, শিষ্টে তৎপা লৈত চন্থুম চন্থুম। রাধা-প্রেমগী ঙাওরি গৌর, গৌর প্রেমগী ঙাওরি ভক্ত মণ্ডা। অঙকপা কুম্মৈনি অনীকাংনা চৎপা—পিরোয়নবগী পিরোয়নব-ঙাক।

স্নমিত্তো মৌরমাঘগী সংক্রান্তিনি—ইনাইনি। মতম্না অয়ুক অঙনবনি। থায় লৈচিল, তাং লৌক্লা, কপ্লিবরা খঙদে কাঞ্চননগর "শেংনে ঐগী ভূমি শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যদেব, নঙ্গী চবণ পাদা কোল"। থোরকখি, চেঙ্খোবকখি থোঙ্গাল খুদিংদা নিপা নুপী—অঙাংদগী অহল। সোনখি লোইনা মীপুম খুদিং চৈতন্য উবদা, খঙদে বরিগীনো, হবি হবি; তাখি পি লোইনা মিৎলু খুদিংদা, থোকখি কোঙ্গায়গীনা হিক হিক মথোল। স্নমিৎ শুম্নিনি কোংবা অস্লম রাঢ দেশ।

নিত্যানন্দ লৌশিং তৌই, পুংগ চৈতন্য নু গঙ্গাবোমদা, থাগ অদ্বৈতাচার্য্যদা পাউ। ওৱৈক্লে হিদা আচায্য, পুশিংি ময়ুমদা কৎনি ভিক্ষা।

যাচন্দ্রবদনিং হৌই বাইনে আচায্য। গৃহদা চৈতন্যদেবনা ঙানবা উবদা পুঙমখিদে স্নঙাইবা ভক্ত-থম্মোই, তৌখি সখীভাব—শকখি,

কি কহব রে সখি আজুক আনন্দ ওর।
চিরদিনে মাধব মন্দিরে মোর॥

কবিব হায়সিগে সখি ঙসিগী মঙ্গঙাইসিবো।
(কুই নাংজমল) ঙাল্লরে মাধব ঐগী মন্দিরদা॥

তাথৈ মতোল মুকুন্দ—

হা হা প্রাণ-প্রিয়সখি কি না হৈল মোর।
কানু-প্রেমবিষে মোর তনু মন জরে॥
রাত্রি-দিনে পোড়ে মন সোয়াথ না পাও।
যাঁহা গেলে কানু পাও তাঁহা উড়ি যাও॥

হা হা প্রাণ-প্রিয়সখি লোইববনি ঐসে।
চাক্রবনি কান্নই প্রেম হুনা থরায় হকচাংসে ॥
পোথানা লৈব্রে অহিং হুংগিল কোৎমক।
পাইবগে নীংলে কান্ন ফংগদবা মকম্না ॥

সাবি জগোই চৈতন্যদেব—কাওবি ভাব-বিকার, শিন্থবি পি মিৎলুদা, চুংডি তু হকচাংদা, চেন্থরি হমাং শমখোঙ তুখোং য়ৈনা। সোক্লি অমুক হঁংনা—

বৃন্দাবন বিলাসিনী,
শ্যাম-কণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে!

তৌই অমুক হুঙ্কার—

হরিবোল হরি হরিবোল!

কপ্লি শচী, বিষ্ণুপ্রিয়া—বাৎসল্য, মধুরপ্রেমগী শক্তম অনী। কপ্লি গৌড় বৈষ্ণবশিং—দাস্য, সখ্য প্রেমগী শাংনাইদ্রবা শক্তম মখাম। কপথি অনুক্ত-শান্তগী মশক। শিন্থখি প্রেমগী ঈৰা, তৎপা নৈতু অহিং-হুংখিল—পোকখি ঈচাউ, থুমখি গৌড়, ঈরায়াংথ বঙ্গ, ঈয়োংখি নোংচুপ্পা বৃন্দাবন, খারা সেতুবন্ধ। গৌড়, নীলাচল, বঙ্গ, বৃন্দাবন—পুণ্যভূমি মরি অসিখি প্রেমগী উৎপন্ন ভূমি। য়েনখি জগত্তা প্রেম, খঙ্খি জগৎ প্রেমগী মহাউ।

শচী মচা তরাগী মমানি, থওদে বিধাতাগী করি নোংদম্নো, অমৎ অদুং মুং-হোই। পুনশি লোইরমদাহ, চৈতন্য-পাঙ্গা মতম, অমক্তংডুদদি মংগদৌসিববা খঞ্জরই নোংদম থীরবী মমা-ওইবীগী লাক্লদা হিংলবা মরুক। পুনশি য়াচঙ্লবা মতম্নি, মশাগী চহী চুম গা তারেৎ হায়ে। লাকখি শক্নী কুমজা ১৪৩১। সৌরমাঘগী অরোইবা চযোলগী কমথিবা কোরো, শগোলশেন্ন, হুখি অতিং অপোংবদা গৌরবু—শচীমাতাগী য়াচঙস্ত য়াচঙলবা, তরক্ম তরুব্বা পুনশিগী অমথক্ত তরক তরক য়ুংনবা য়াচঙ-চৈত্ত।

অয়ুক্তনি। চংখিবা মডানি স্নবা হুমিংনি। অদ্বৈতাচার্য্যগী য়ুমদনি। উনৈ মমামচা। লৈরন্নে ত্যাগগী ফিজোন্দা, থডলে তৎলে পুনশিগী, উরে লোইরে—হঞ্জিনবা য়াররোই। কদোনি অহুমু, কোক্লিয়ে মচাবু শচী—মমানি, মচা

কাথোকপা ঙমদবা মমা কৌবা থম্মোইনি মাগীদি, হায়রি মচাদা চেৎনা মথাদা কোল, মিৎল্লুদদি পিরাং, নত্তে, শিন্থবনি—মিৎথুম্লনি; শিন্থবি তৎপা লৈতে পি, "নিমাই, নযাম্বদৌনা পৃন্নোন্দ্র নোংখিংকো ইমাদা", তংখি রা খংতে, তাখিদে—তাবা ঙমখিদে, মতোল।

উক্ত শচীগী নাগী মিক্তা পি।
শিন্থবি ভারক্কী মিক্তস্থ পি॥
ফাংজ ভাংক মথম্মোই—বাননি।
চোপ্পে তংরাই পি, শিংখুং 'ভুমা পি॥

মানি মাদি গৌর।
স্বয়ং ঈশ্বর॥
থড়লুনি কনানা মাগী লীলা॥
থোংলগে নীংলে নৈগুম মথোৎপা।
কল্লগে বড় শম্না চরংবা॥
মাগ ভাংক মথম্মোই—লৈতে যাবা॥
তাই চোপ্পে তংরাই, শিংখুং 'ভুম্মা পি।
শিংখুং 'ভুম্মা পি, শিংখুং 'ভুম্মা পি॥

ফংলি উবা শচীদি মচাগী মশক, কোৎলি মথাদা মচাবু মডানি মম্না বা তুং উন্না উথিনি, চাবা পীজখিনি নিংখাগী থোড়দা মংংনা থোংতুনা মথুমক্তি নান্দম কোরৌ শাংবুম থবদি। তল্লি মচাদা মথাদা বোন্না লোন্না মচীন্মন্না নল্লবক মপনদি মথম্মোইগা অৱাবা মপাউ। খিকং শুংদোকই, পাথোকই অৱাব-নোং—খিক পোথাদি। কপ্পা কপ্পা খিৎ-খিত্তি পোথাবস্থ পোথাখিনি কোরৌ শাংবুম থবদি। কদায বিষ্ণুপ্রিয়াদি। চহী তরাগা মরিদগী পোমশাৎনবদ ডাযদিবী লৈ, খড়হৌদনা উনথা লাং মরাক কনবা লৈ, মেরাগী লীক্লা ইফবা থৱাংলগা মংম পিনা চহুম চহুম শিন্থনিবী, অমুক অমুক্তু খংহৌ খংহৌ হৌবা দিগী ঈহৌনা মশা ফাওনা চোৎলবী মবাখবক থীরবী গুজাদি! তারি ইমুংদা তুমিন। লাক্লে হায়বা পাউনা হেল্লি চাকপা মথরাগ, হেল্লি কাবা মথম্মোই। নিপদম ঘাট্টা

মুংথিবা কোকোনা পুখ্রবনি লোইনা অঙানবা কৌবদো মাগীনি। তোক্তসি, ভাবক্কী কনম্বা যেকপদা মমি শেংনা তাবা ব্লাংগাবা, তাদা কৌবা ভুম্নরোই-দোবা অব্রাবনি বিষ্ণুপ্রিয়াগী।

অদুবু, হা গৌর, নম্মোইগী রাকৎ অমদি কাউব য়াম্নাইদোবি—কংপা তারি। রাধিকাগী কৃষ্ণপ্রেম কৃষ্ণসঙ্গসুখ, কৃষ্ণপ্রেমগী মধুরিমাদা চাওরি নং! গৌর নঙ্গী প্রেম, নঙ্গী সঙ্গসুখ, নঙ্গী প্রেমগী মধুরিমাদা চাওবা বিষ্ণুপ্রিয়াগী প্রেমবুদি কাথোক্লি—ককথৎলি, প্রেমগীনি হে প্রেমগী নাব, শঙ্কপনি নঙ্গী লীলা! মহত্তর উদ্দেশ্যগী মতমদা ক্ষুদ্রতর পূন্নমক হোম কৎকনা হায়দিবরা!

সর্বধর্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।
অহং ত্বাং সর্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ॥

গীতা

নুংশিহনরম থং পুম্বা চহুজারকউ ঐহাক্না
বোকপিনি ঐনা পাপ পুম্বা রাবা তোম্ব হক নবুত্তা॥

তাক্লিব্রা শ্রীমুখবাণীসি নৌহৌনা অমুক'
নোক্সবা ঐগাদি প্রভু নঙ্গী জৈ শরণগা লোইরে।

তুহু স্বতন্ত্র ঈশ্বর।
জৈ তুহারি জৈ॥

বিগলিত-নয়ন-কমল-জলধারং।
ভূষণ নবরস-ভাব-বিকারং॥
গতি অতি মন্থর নৃত্য বিলাসং।
তং প্রণমামি চ শ্রীশচীতনয়ং॥

শচীস্তবাষ্টক

মিৎশ্না-থম্বান্দা পিনা তংপা নৈত শিঙ্খবা।
নবরস ভাব-বিকারনা নৈতেং ওইবা॥
তপ্পা হনবা খোঙদোইনা জগোই খোঙথাং জমজবা।
রমজৈ মাবু শ্রীশচীগী মপারি

নীপাল

# নীলাচল যাত্রা তৌবা

ভবিষ্যামি চৈতন্যঃ কলৌ সংকীর্তনাগমে।
হরিনাম প্রসাদেন লোকান্নিস্তারয়াম্যহং ॥

ব্রহ্মযামল

পোক্নি ঐ নদীয়াদা নাম-যজ্ঞগী চৈতন্য ওইনা।
লানবিকনি জগৎ পুম্বা হরিনামগী থৌজাল্দনা ॥

পলে তরানি চৈতন্যদেব অদ্বৈতগী গৃহদা ভক্তগী মহুৎ থুংনবা, লৌনে ভক্তগী প্রেমসেবা। উনবে অন্তরঙ্গ ভক্তশিং, লুপমিন্নবে কীহন্দা অহিং অহিং। পীনবে দর্শন বহিরঙ্গ ভক্তশিংদসু।

শচীমাতা চৈতন্যদেবনা অদ্বৈতাচার্যগী য়ুমদা নোংড়ানবদা লাকপনি। মচা তবাগী মমা শচীনা বিধাতানা মচা শরক তম্বিদ্রবী মমানি। মমা ওইবগী প্রেম্না মচা উরিমদৈ হৌরকপা, পল্লিমদৈ কোমলৌবগে মনানি, পল্লি মাস্থ অদুদা অদ্বৈতাচার্যগাদা, থাংমিৎ খুদিং লৈরিমদৈ মচাগী ভিক্ষা মথৎনা হেক হেক থোং। লৌই চৈতন্যদেবন মমাগাদ, খল্লুবরা হৌদে, চাহৌরগে যানিমদৈ মমানা থোংবা, লোইবহনি বহিরঙ্গ জগৎকীদি হন্দক্তিংগী।

নোংমা হৌখি নোংমা লাক হুবে হুমিৎ তবানি অদ্বৈতাচার্য্যনা হাগজবা যেং পনবা। শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যদেব সন্ন্যাসধর্মগী নীতি মতুং ইন, থাদোক্লগে নবদ্বীপ লৌরে বিদায় অদ্বৈতাচার্য্যনাচংবা অন্তরঙ্গ ভক্তশিংগী। কপ্প নোং থোংনা ভক্তশিং - চেংল লৌথোং পিগী অদ্বৈতগী গৃহদা।

নিবি চৈতন্যদেব মমাগী বিদায়। কপ্তে শচীমাতা, কংখিবরা গছদে মথম্মোই শ্রুৎ। কৌই থংকো ব্রানা নিমাই—কংথিমান্নে চরমসু লোইনা থ্রক। খাথিদে, তাবা ভমখিদে মতোল। নীংসিংখি চৈতন্যদেব মমাগী চৌনগোই—নিমাই নয়াম্বদোনা পূয়োক্তি লোৎথিক্তকো ইমাদা, কপথি "ইমা ঐ লাকখিনি অমুক ইমাগী চরণ খুরুম্বা"।

হুল্লে খোঙদোই চৈতন্যদেব নীলাচলগী- মমাগী য়াথং মতুং ইন্নবি। ইল্লি থৌগল নিত্যানন্দ, দামোদর, জগদানন্দ, মুকুন্দ – অন্তরঙ্গ ভক্ত মরি, চঁঙি লক্ষীদা অকাও-অফাওবা মন্দির খিবিক, স্তৌই দর্শন। দর্শন চঙলিবা মন্দিরশিংদা বৈষ্ণব-জগন্না মশক যান্না নাইশ্রবা, ফাওশ্রবা অনীথক য়াওরি। অমনা, রেমুনাগী ক্ষীরচোরা গোপীনাথনি ; অমনা, কটক্কী সাক্ষীগোপালনি।

ক্ষীরচোরা

লাইগুরশিংগী পাউবৌ অমা—লাইনা মী সেম্মি, মীনা লাই সেম্মি, হায়নৈ—খঙনৈ। পাউরোসি চুমদবগা নক্তে, চুম্মি—অচুম্বমক্কি হায়বা ভারতকী অমদি বিশ্বজগৎকী ধর্মগী ইতিহাসনা অতুম মতাকই। অরাঙগী নাম্মুদ্রবস্ত্র ঐথোয় ভারত মস্কংগী মীকোক মচা অমা তবা অমগী মপাউ নীংসংনবদা অতুম হেক্তা মউনগনি। ভারতকী প্রসিদ্ধ ওইবা মন্দির জাগ্রতনি হায়না খঙনরিবা দেবতাশিং ভক্তশিংগী ভক্তিদগীন হায়বা অতুম মখঙনৈ। রঙ্গনাথ অণ্ডালদেবীগী কান্তাপ্রেম্না জাগ্রত ওইখিবনি, গিরিধারী লাললা মীরাবাইগীনা ওইখিবনি। অতুগুম, ঐখোয়গী গোবিন্দস্ত ভক্ত রাজর্ষিগী মচাইবেম্মা বিম্ববতীগী মধুর প্রেম-সেবাদগী জাগ্রত ওইখিবনি। অসিদবু নত্রে মচাইবেম্মসিগীদি। পুনর্সিগী অনীশুবা খোঙফম লোইবমদাই, শ্রীগোবিন্দগী যাথং লৌ নবদ্বীপধামদা অক্ত-মহাপ্রভু পুক্তুনা বাস তৌবৈ মহাক্কী বাৎসল্য প্রেম্না প্রভুনা জাগ্রত ওইখিবগা বা ঙসি অতুম মখঙনরিসিনি। অমুক্তু নরসি মেহতাগী ভক্তিনা দ্বারকানাথ, সমর্থ-রামদাসগীনা বিঠঠলনাথ, জয়দেবগীনা জগন্নাথ জাগ্রত ওইখিবনি হায়বা খুঙ্গিনা অতুম মখঙনৈ। গদাধরগী ভক্তিনা কালীঘাটকী কালীনা য়াচংবদা মখোঙ থোংনা মন্দির-প্রাঙ্গনদা দর্শন পীনবগী রা, কুমারিকাগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা কুমারী-মাতানা স্বামী বিবেকানন্দদা পীনবগী রাস্ত ঙসি ভারত জগৎনা যোঙ ফোঙ শানা অতুম মঙাঙনরিবসিনি। ধর্মগী ইতিহাসগী লামায় খুদিংদা অসিগুম্বা ভাক্ত উগনি। রেমুণাগী গোপীনাথস্ত ভক্ত মাধবেন্দ্রপুরীগী ভক্তিনা, নত্তে, মাগী মস্ত জাগৎ ওইখিবনি। শক্করিবসিনি অতুনোং জগৎনা "ভক্তগীনি ভগবান"।

মাধবেন্দ্রপুরী

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী দীক্ষাগুরু ঈশ্বরপুরীগী গুরুনি, ভক্ত থোইথোইবনি। মহাক্তি ভাবরাজ্যগী মীনি। অতিথাগী অমুবা নোংদা গোপালকৃষ্ণগী দর্শন

ঙংবগুম তৌই ! বনগী উচেক য়ায়াগী হুংশিবা মখোন্দা বেণুগী মখোল তাবগুম তৌই। য়াহোংগী জগোইদা ব্রজনিংথৌ মপারি শ্যামগী জগোই উবগুম তৌই। ভাব জগৎকী হুন্ড্রাইবা ঈরাংসিদা নত্তে, ওয়ামসিদা লুপ্পুনা লৈবনা অরাম-খোৱাং থোইনা নীংসিংবা তৌরদে। ইনীংমক নীংসিংদবদি য়াদবনিনা হেক হেক নীংসিংলকপদদি মাধুকরী চেনবা তাবনা চেন্নি। নোংমদি ত্তোখিবা মতৌসি য়াম্না পেন্দনা থোক্লগুম তৌরবরা খঙদে, থনখি মবুক্তা "অরাম খোৱাংবগীদমক নো'মগী মতম অম্বক য়াম-য়াম্না মাঙহনবা চুমদ্রে, ইশানদি ভিক্ষা তৌররোই, মীনা পীররগা পীররে, পীরদ্রগা পী'দ্রে, ভগবানগী নোংদম য়েংলগে" তোক্লে অহুদগী মাধুকরী চৎপা অহুম। চানবা য়াৎলকপা, চাবক্তবগী হৌনবা নোংমা নোংমগী ময়েং অম্তম অম্তম তাশিন্নক, অম্তম অম্তম কংশিল্লক য়ানফক তাশিল্লক্লে, মপাংগলস্ত হস্থরক্লে, অহুবু, হন্দে, "লাক্লবদি হনবা লাই, হনবা শোযদবনি, নোংমা চৎথ্রগ' লোইরে, ঐগী হুড্রাইবসিদ কায়বিদবা লোইফাও"—খৌশাদে অরাম-খোৱাংবা, খৌশাদে কব্রিমত মশাগী, চৈথ মহাক্কী নিদবা ধর্ম, নৈখি অহুম মশানা মহাক্কী ভাব-জগৎকী ওয়ামদা। কল্পনা তরাইবা নত্তে, স্বষ্টিগী মশক্নি—স্বষ্টিমক্লি হাযবত্ন চপচানা থোকখি। মহাক্না ভাব-জগত্তা উব্রিবা গোপালকৃষ্ণ চোংথোক্লক্লে অহুম প্রাকৃত জগত্তা।

নোংমা অয়ুক অঙনবদনি গিরিরাজ গোবর্দ্ধনগী লমথৈদনি। পুরী গোবিন্দ-কুণ্ডদা স্নান তৌরগা নাম সোল্লি। মশাদি চারক থক্কক্তবা হুমিং মশীং য়াল্লকপনা মীওইদ্রে। মীওইদবদি নায়রি, মশানা মশা পুবা ওমশিল্লক্লিবসিনি লুখিবা। উখো' অমদা ঙাহুনা ফম্লি। অহুবু অঙকপ'দ মবুক্তি তুকথদে—ভাব-জগৎকী আনন্দ-উপভোগ তৌবগী মঙাল ফাওব্রি মাযথো'দা। নাকথি তাঙ্গাসিদা থালবাল অমা।

থালবাল—বাবা, সে যঙ্গোমসি লৌসে ! ঐখোইসিদা চাবা-থকপা ফংদবা নৈতে, তৌদে কনা !

মাধবেন্দ্র পুরী—ঐবু চাদ্রে থক্ত্রে হায়ব'দি কনানা খঙ'লিবা ?

থালবাল—কুণ্ডদা স্নান তৌবা থাম্মিনশিংনা খঙ্গিদনা। সে নং থকহোরো, ঐ অমুক পাত্র লৌরগে, যঙ্গোম শুয়ুখিগে।

চৎখ্রে যালবাল। কৎলে পুরী ভগবান্দা যঙ্গোম, থক্লে—ঙকই, "অমৃত হায়বদো অমুক হাউরিগদ্রা, ঐনা চামন-থকমন্দ্রদুনা তৌরব্রা"। অহুম থম্মা থম্মা পাত্রদু চামথোক্তুনা থম্নগা নাম অহুম সোল্লে। হুমিৎ অহুম চুপ্লে। পাত্রসু লৌরদ্রে।

অহিংনি। পুরী উথোংদা পোথা-পোথানা থম্লি, "ঙসিগী অঙাং অহুমু কৈদগী ওইরিগবা, অমুক্তগা উনিংঙিদা—পেহ্লোদেদা। কাউরবরা পাত্রসু লৌরদে"। থম্না থম্মা অহুম তুমথরে। লাক্লে মমঙদা অঙাংদু হায়রে, "পুরী ঐ নংবু ঙায়রিবনি, ঐ গিরিধারীনি, কুঞ্জ মহুংদা লৈরোল চন্দুনা লৈরে, মফম তাক্লে লাউ"। পুরে, তাক্লে। "হয়েং হেক নোংঙানবগা গ্রামদগী মী হৌরগা ঐবু লৈরোল হাংড়ু, গোবর্দ্ধন মথক্তা অভিষেক তৌ, লাৎলু" হেক হায়রকপগা পুরী অহুম মঙফাওনরে।

নোংঙানবা ঙাইঙমদে পুরী, চৎলে গ্রামদা, তম্লে মঙ মুখিয়াদা। ময়াম হৌদুনা শ্রীবিগ্রহ উদ্ধার তৌরে, গিরিরাজ মথক্তা লেংথৎলে, অভিষেক তৌরে। থুনগং থুনগং হৌদুনা হৌজ হৌজ অন্নকূট কত্তুনা কয়া হরাউ তয়াম্নরে। অঙথনা মন্দিরফাও কত্তুনা সেবা নীংথিনা চৎলে।

থর লৈরগা পুরীগী মমঙদা অমুক হায়রে "ঐ কুইনা লৈরোল চল্লুবদুনা ইশাসে ইশাদ শারে—ঈংবা কোবা লৈত্রে। নীলাচলদগী চন্দন লৌরু, ঐগী ইশাসি ঈংনবা তৌ"।

চৎলে পুরী নীলাচল তম। খোঙকমনিদনি মহাক্না রেমুণাগী গোপীনাথ দর্শন তৌবা। দর্শন তৌঙৈ গোপীনাথদা কম্নি কম্নি ভোগ চনবগে হংঙি পূজারীদা। গোপালদা চল্লুনবা করম্বা নীংথিবা য়াওবগে য়েংবনি। হুমিদাং ক্ষীর অমৃত কৎলি, কেগাম তয়াগানিথোই কৎপগী রা'মা য়াওই। উবসু অহুম উবে হুমিদাং চনবদা। মহাউদং থঙলবদি গোপালদেবদা কৎলুবা য়ারনিসে থনথি। অদুবু, মশানদি নিবা হায়বা বৃত্তি অসি পূমথা থাদোক্লবনিনা ঠাকুরগী আরতি লোইরগা কৈথেলগী মফম অমদা চৎথরে। অসোমদদি ঠাকুরনা কেগাম অমা মাগীদমক থাঙজেৎ মতোন্না কূপশিন্দুনা লোৎশিল্লে।

পূজারী তুমথবদ ঙায়রি। "হোগৎলু, ঐনা থাক্লিবা ক্ষীর কেগামসি

কৈথেন্দা মাধবেন্দ্র পুরী লৈবনি, পীরুচো হৌজিক্কক" হায়রয়ে গোপীনাথনা মমঙদা। পূজারী তম্না ইকুই, খোঙ হাংদুনা য়েংঙি, থেংনরে কেগাম—হুড়াই-থিদে, "তোল্লিদা মহাভক্ত মশক খঙদবা"। কৈথেন্দা তক্কৎ চত্তু না পুরী থিদুনা প্রসাদ-ক্ষীর-কেগাম পীথি।

ফাওথি অদুনোংগী ক্ষীরচোরা হায়না কৈমুণাগী গোপীনাথ।

সাক্ষীগোপাল

বৈষ্ণবজগত্তা প্রসিদ্ধ ওইপ্রবা ঠাকুরশিংগী অমনি।

বিদ্যানগর গোদাবরী খোঙবাল তাবা নগরী অমনি। বৈষ্ণবধর্মগী নীংথিবা মশকাইবা কেন্দ্রনি। অয়াম্বা বাসিন্দানা তীর্থভ্রমণ য়াম্না তৌনৈ। ব্রাহ্মণ অনী, অমনা অহম্নি অমনা নহানি, খোঙভম অমা চারুদুনা খোঙদিন্নৈ। বৈষ্ণব মশেম্নিনা লুনস্থ তৌনৈ। নহাদুনা অহম্বু শ্রীকৃষ্ণ প্রীতিগীনি কম্না লুনা সেবা তৌই। ব্রজমণ্ডল লোইনা কোয়রে। ব্রাহ্মণ অহন্সিনা নহাদুগী সেবাদা পেনমনথিদুনা করি করম মহাক্কী সেবাগী লম্মন শিংসিগে থল্লকপদা মচানুপী হেক্ত দান তৌরগে লেপখি—হায়রকই,

ব্রাহ্মণ অহল—তাত, নঙ্গী সেবাদা ইপা পেল্লে। নঙোন্দা, ইচানুপী অমা লৈ. কৎকে নীংলে।

ব্রাহ্মণ নহা—আর্য্য তৌবিহ্ন। আর্য্যদি কুলীন্নি, পণ্ডিতনি, লল থুমগী মপুনি। ঐদি ব্রাহ্মণনি হায়বদুমগায়, হায়রিবশিংসে অমস্ত শোক্তে। হয়েং ইমুং মস্তং শাগে নাত্তে কনানস্থ য়ানিংলোই, মথোয়না য়াদ্রবদা আর্য্যনা দানগী য়াথং ঙাকপা ঙম্লরোই। ইশাগী ইকাইবগীদি, ইশানা ইশক থঙজবনিনা ঐ করিমত হুড়াইতবা তৌরোই, আর্য্যগুম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমনা কৎলবা দান পাঙথোকপা ঙমদদুনা নরক্কী খোঙফম চৎক-দোবদুগী দমক্তি ঐ রাদযা ঙম্মোই। ঐ অপাত্রনি, ইশানা খঙজে, তৌবিহ্ন।

ব্রাহ্মণ অহল—করি কিরুবগে তাত, ঐনা পোকচবা ইচাবু ঐনা থাজজবদা কনাগী করি হায়ফম লৈবগে! ঐ ইচা নঙোন্দা কৎলবনি তাত!

ব্রাহ্মণ নহা—অতুদি আর্য্য, গোপাল মন্দির'মদা লেঁঙসি, ঠাকুরগী অগ্রদা
লোইনবনা ফরনি।

হৌজিক্তি ব্রাহ্মণ অনীদো মন্দির'মদা চঙতুনা ঠাকুরগী অগ্রদা ব্রা লোইনরে। ব্রাহ্মণ অহন্না হায়, "প্রভো, নংবু সাক্ষী থমতুনা ঐগী ইচাগী বাগ্দান তৌজরবনি ঙসি"। ব্রাহ্মণ নহানা অমুক হায়, "করিগুম্বা অপনবগুম্বা থোক্লবা, প্রভো, নংনা সাক্ষী লেপকদোবনি"।

হল্লে মরৈবাক্তা, য়ৌনরে মযুম। ব্রাহ্মণ অহন্মুনা মচা থাজরবগী পাউ ত্তম্নবদা নহাতুনা হায়খিবত্রমক থোক্লে। "শাগে হাযরে তৌল্লি, মহৈ য়েংলে রাৎলি, মরল য়েংলে লৈতে—করিগী থাজদোরিবা ইচা ইশূ" ইমুং থঙদে শাগে নাতৈ থঙদে লোইনা শাউনরে—অহন্দো মচীন মরৈ কক্লে, য়েশিন্দুনা লৈরে।

নোংমা ব্রাহ্মণ নহাতুনা ব্রা হৌদোক্লে। মযুং অংন্না মচোঙ মপাক নাইদে হাযতুনা ফুগে তৌরে। লৈকাই তিল্লে। মপানা ঐদি ইচা থাজখিবগী ব্রাদি নীংসিংবা ঙমদ্রে হায়রে। ব্রা মাঙবা তারে—মাঙলে। অতুবু গ্রামণীনা ময়ামদা "ব্রাহ্মণ মচাসিনা হায়রিবসি করিগুম্ব'মদি লৈরমগনি, ঙাইবিথো অমুত্তদি ময়াম" হায়রগা মঙোন্দা ব্রাহ্মণ মচাহুদা ওক্লিহ্লকখি—

গ্রামণী—ইবুঙো ব্রাহ্মণ মচা, নঙ্গী ব্রাকম অসিগী করি কবম্বা সাক্ষীসাবুদ
পুথোরিঙাইদি লৈজ্জে?

ব্রাহ্মণ মচা—গোপালদেবগী মন্দির'মদা ব্রা লোইনখবনি, গোপালদেবদনি সাক্ষী, অতৈদি কনা থোইদোকপা লৈতে।

গ্রামণী—অছুদি কান্নদ্রেদনা, লাইনদি সাক্ষী লেঙ্গিরবা হৌনদে।

ব্রাহ্মণ নহা—লেঙ্গিরনি, লেঙ্গিযু হায়জখি, ঐ অমুক্ত থুরুমজক্লথিগে।

ওইথোক্তবা তাইবং শেফাংনবা রাকম'মা ওইবনা তিল্লিবা পূম্বা লোইনা নোকই। অতুবু রাদি লোইশিন্দবা য়াদবনিনা গ্রামণীনা হায়রকই, "হয়েং নঙ্গী সাক্ষী লাক্লগা লোইবা তারে ব্রা, হৌজিক্কীদি 'সিদ 'স্নম"।

ব্রাহ্মণ মচাসি ভগবদ্ভক্তনি। চুম্নগী নত্তে, মথব্রায় মহকচাং তুনা মযুক্কীং কৎলবা ভক্তনি—ভগবানগী অচানবা মনাইনি—

ময্যর্পিত মনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ

গীতা

পুক্কীং লৌশিং কৎলবা ইদাইদো ঐগী অচানবনি

চৎলে তন্না বৃন্দাবন, য়োরেথা কয়াগী মতুংদা, চৎতুনা হায়োইংথিবা মন্দিরদা। উনয়ে গোপালদেবগা শং শং। লৈরিবদুনি ভগবদ্‌বাণী—

তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি

গীতা

মাঙদে ঐস্ম মঙোন্দা থক মাঙদে মাস্ম ঐঙোন্দা থক

ব্রাহ্মণ—প্রভো, সাক্ষী লেপ্পা তারে, লেঙলসি!

গোপালদেব—ঐদি বিগ্রহনি, করম চৎকনি?

ব্রাহ্মণ—য়াদি ডাঙলগা লেঙবদি করিগী য়ারোইদৌরিবা?

গোপালদেব—ফরে চৎসি মাঙ থাবো নং, তুংহন্না থক য়েংলকস্ম; য়েংলরূব', ঐদি হেক্ক লেপকনি—থোঙফম অমা লেঙলয়োইদৌবনি।

ব্রাহ্মণ—লেংলক্কি হায়বদি করম খঙনি?

গোপালদেব—ঐগী নূপুর মখোন্দি তানিদনা।

ব্রাহ্মণনা মাঙ থারে, গোপালদেবনা থংলে তুং। নূপুর রুণু ঝুণুদা মন্দুনা চৎলি। য়োরে খঙহৌদে পূজোয় থরগী মক্তংদা বিদ্যানগরগী দরবাজহ। খৌঙি কৃপানি, কৎথি স্তুতি "কৃপাময়, অঙকপা নঙী কৃপানি"।

গোপালদেব—ঐদি লৈবা তারেদো'সিদা!

ব্রাহ্মণ—ইচ্ছাময়, নঙী ইচ্ছানি, ভালো নংনা ডাগ্নিংবা মকম'সিদা। ময়াম অতুক কৌরুখিগে। চেন্নরক্লে মীয়াম, মুনখি লোইনা গোপালগী দর্শনদা।. ব্রাহ্মণ অহন্দো চেম্মোরক গোপালগী চরণদা তুররে, কপ্পা কপ্পা থোকখি মচীল "ঠাকুরে প্রভো, ময়াম্না চাহক্কু না মীনদা ভাঙন্নুবদগী, সম্ম পুরুষ চিংথবা তারে নরক্তা। কৃপাময়, অঙকপনি নঙী কৃপা, কন্নবিরে পামর ঐবু, কচ্চরে হৌজিক্তি ঐগী বাগদত্তা কন্যা"।

ফাওখিবনি অসিনোংগী সাক্ষীগোপাল হায়না ঙসিগীদি কটক্কী গোপালসে।

ঙকপা য়াই, য়ারীনা বিদ্যানগরগী লাইনা কটক্কী, কয়ি মতৌনো! কটক-নিংখৌ গজপতিনা বিদ্যানগর জয় তৌড়ৈ লেপ্লেকখিবনি কটক নগরীদা সাক্ষীগোপাল।

হৌজিক্তি য়ারী মপুংদা তারসি অমুক। পল্লি নোংমা রেমুণাদা চৈতন্যদেব, তৌই ক্ষীরচোরা-দর্শন। খুরম্নিড়ৈ তারকখি গোপীনাথগী লৈগী চূড়া চৈতন্য-দেবগী কোক্তা। থোকখি শ্রীমুখদগী পুরীগী অয়োইবা বিলাপ—

অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ হে
মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোক-কাতরং
দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহম্ ॥

তোল্লববু চানবিহৈবা হে নাথ
উনি নংবু কদৌড়ৈ মথুরানাথ।
নং কানবদা কায়বা থম্মোই
ঙাওরিদো কৈনো তৌদোবা চায়রোয় ॥

সাথি জগোই প্রেমগী ঈথক্তা। প্রসিদ্ধ মন্দিরগী প্রসিদ্ধি কাথি অমুক হেন্না য়াং। তৌথি মথংদা সাক্ষীগোপাল-দর্শন। থোকখি অসিদম্ গোপীনাথ মন্দিরগী কুম্মৈগুম অদুম। চৈতন্যদেবগী গুণনা কাথি নোহৌনা অমুক মন্দিরগী গুণ। য়োরে কমলপুর, ভার্গী স্নান তৌরে। চৈতন্যদেবনা কপোতেশ্বর খুরম্নিড়ৈ শিন্নরম্বা চৈক্ত থুদেক্লে মতেক অহুম থোক্লা নিত্যানন্দ, থাধখরে তুরেন্দা অদুম। থুদেকখি চৈতন্যদেবনা নিত্যানন্দগী চৈক্ত, থুদেক্লরে ঙসিনা নিত্যানন্দনা চৈতন্য-দেবগী। অঙকপা ঙাক্তি মখোয়গী লীলা।

য়োরে আঠারনালা। জগন্নাথমন্দির উরে। চৈতন্যদেব থাগৎথরে মাঙ। য়োরে মন্দির। জগন্নাথ উবদা কোনগে চেক্লিক্লি। তুই মন্দির মথক্তা, ভাই জ্ঞান লোইনা মাঙ। মন্দিরগী নীতি কায়বগী পড়িছানা চৈরাক পীগে তৌই। সার্ব্বভৌম লৈরমদুনা খাম্মি। চৈতন্যদেবগী অমকপা লৈতনা ফজবা, অয়াংপা লৈতনা নীংথিবা শকফমগা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যসিদ্ধ ভক্তগীদ ওইবা অধিরূঢ় মহাভাব

হায়না খঙনবা মুদীপ্ত সাত্ত্বিক বিকার প্রলয়দা তাহুনা লৈবতুগা উবদা থেংথি ওকপা মবুক্তা। ঙাইথি জ্ঞান লাকপা অদুম। লাক্তি, জাদি, তারি অদুম। ভোগকী মতমদি লাক্লে, পুথরে ময়ুমদা, থম্লে অশেংবা মফমদা।

মৌরক্লে ভক্তশিং। গোপীনাথাচার্য্য থেংনরে। মহাক্না লমজিংতুনা বাসুদেব সার্ব্বভৌমগীদা লাক্লে। প্রলয়দা তাড়না লৈবিবা চৈতন্যদেব উবদা চাথি থুদক্তা অন্না-হুঙাই অনীগী ঊয়ৈ, হুংবংনথি মথখোই। অদুবু, সার্ব্বভৌমনা মচা চন্দনেশ্বরগা খাতুনা জগন্নাথদর্শন তন্না তৌহনথি। ভগবদ্দর্শন ফংবদা লুপথি ভক্তশিং সাত্ত্বিক আনন্দদা। ভগবদ্প্রসাদ, নির্ম্মাল্য-মালা পীথি পাঙা মথোয় থুদিংমক্তা।

লাক্লে হৌজিক্তি মথোয় ভক্তশিং প্রভুগী নাক্তা। কৎলে নামসঙ্কীর্ত্তন। নাম কুইনা সোল্লবা তুং লাক্লে প্রভুগী চেতন, হৌগৎলক্লে হুঁকারগা লোয়ননা "হরিবোল হরি হরিবোল"। সমুদ্র-স্নান, মধ্যাহ্নচিংবা লোইরবা তুং লৌথি সার্ব্বভৌমগীদা ভিক্ষা। পনফমস্থ সার্ব্বভৌমনা মমাগা পোম্মিন্নবা মন্দোলগী অহাঙবা য়ুমদা শীনথি।

সার্ব্বভৌম পূর্ব্বাশ্রমগী নীখোঙ খঙলকপদগী প্রভুবু অমুক হেন্না হুংশিথি। ভারতী সম্প্রাদায়গীনি খঙলকপদা হুঙাইথিদে। অমুক হন্না উত্তম সম্প্রদায়দা যোগপট্ট লৌনবা শীনগে লেপথি। বেদান্তগী জ্ঞান পীগে নীং তরেৎনি চুপ্পা ব্যাখ্যা চথরক্লবা তুং লৌথি সার্ব্বভৌম প্রভুগী মপাউ।

সার্ব্বভৌম—তরেৎনি স্থরে তারিবা, খঁড়ি খঙদে অমত্ত হায়দে, করি মতৌ কৌরিবা ?

প্রভু—সূত্রগী অর্থদি খঁঙি, নঙ্গী ব্যাখ্যানা মঙ্কল্লে ঐবু। নঙ্গী ভাষ্যদি সূত্রগী অর্থ তাকপরা হায়ববু কুপশিনবদ থংলে। উপনিষদ শব্দগী ব্যাসসূত্রনা পীরিবা অর্থদি অমত্ত শোক্তনা নরন্নাই অর্থ'মা তৌশিল্লে। অভিধা বৃত্তি পূমথা থাদোক্লে, লক্ষণাদা ঙাক চৎলে। প্রমাণগী মনুংদা শ্রুতিনা অরোইবনি। মোইবুং জীবগী শরুনি, বস্থি জীবগী অমাংবনি। শ্রুতিবাক্যনা থোইথোইনা শেংবা পোৎলম ওইরিবনি। বেদদি মশা প্রমাণমক্তি। বেদনা সত্যনি হায়বা পোৎপু লক্ষণা তৌরবদি বেদ প্রমাণ ওইবা অদুম তোক্লে। চুমিৎ মঙালগুম্বা

ব্যাসসূত্রবু মঙ্গী ভাষ্যনা নোং ওইনা কুপশিল্লে। বেদ পুরাণনা ব্রহ্মবু বৃহদ্বস্তুনি ত্তাকই—ঈশ্বরগী লক্ষণনি। ঈশ্বরদি ভগবান্নি—ঐশ্বর্য্য তত্ত্বক্না থিনবনি। মহাক্না নিরাকারনি হায়জিল্লে।

ঈশ্বর সচ্চিদানন্দনি। চিৎশক্তিনা শক্লোন অহুম পুরদনি। হ্লাদিনীনা আনন্দ, সন্ধিনীনা সৎ, সংবিৎনা চিৎ পুই। চিচ্ছক্তিনা অন্তরঙ্গা, জীবশক্তিনা তটস্থা, মায়াশক্তিনা বহিরঙ্গানি। অহুমসিদনি প্রেমভক্তি কৎনরিবা।

ঈশ্বরনা মায়াগী মপুনি জীবনা মায়াগী মখা পোনবনি। অনী করম মান্নরিবা! গীতাশাস্ত্রনা জীবশক্তি য়াই হায়বা অতুম মখঙ-লিবতুনি। ঈশ্বরগী বিগ্রহবু সাত্বিক বিগ্রহ হায়বতুস্ত লাল্লি, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি। ব্যাসসূত্রদি পরিণামবাদনি। অচিন্ত্যশক্তি, ওইবা ঈশ্বরনা জগৎকী মশক লোবনি। মণিনা মশক কায়দনা সনাগী মপৈ থোকপগুম্বনি। নথোয মায়াবাদীনা বিবর্ত্তবাদ পান-শিল্লনা জীবদা আত্মাগী জ্ঞান তৌশিল্লবনি। জগৎসু মিথ্যা নত্তে, মাঙবা নাইবদনি।

'প্রণবতি ঈশ্বরগী মশক্নি। বেদ পুম্নমক মঙোন্দগী থোকপনি। মানি মাদি মহাবাক্য। 'তত্ত্বমসি'বু মহাবাক্য হায়নিঙায় করি লৈ ?

ভগবান সম্বন্ধনি লোগনি। সম্বন্ধদো ভক্তি কৌবনি। ভক্তিগী প্রযোজন্না প্রেম্নি।

ঈশ্বরগী গুণদি অঙকপনি। আত্মারাম নিগ্রন্থ ওইরবা মুনিকাও পঙনীংদ মনীংনরিবনি। অদুনোং শ্রীমদ্ভাগবতনা শক্নিবতুনি—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ॥

সার্ব্বভৌম গুসাইমশে রামত্ত চঙবা য়াদনা লৈরম্বদগী মশাগী প্রতিষ্ঠা কন্নবা অমুত্তং য়েংগে থল্লবরা, শ্লোকী অর্থ ত্তাসি হায়রকই। প্রভুগী য়াথং মতুংইন

মহাক্না হান্না তৌবা তাখি। সার্ব্বভৌম উপাধিগী মতিক্মক চপচাবা পণ্ডিতনি বাস্তুদেব, পীথি ফজবা অর্থ মাপল। প্রভুনা মহাকপু বৃহস্পতিনি হায়না খাগৎলন্নগা মহাক্না তৌখিবশিংছুগী ৱাংমদা তৱাগা নিপাল ঈশিং হৈথবদৌনা তৌখি। গুণশিং অসিদগীনি সনক্নচিংবা ভাগবত মরি, শুকদেবখোয় খিবিক্না ঈশ্বর নীংথিবা— তাখি মতোল প্রভু।

ইহোঁ ত সাক্ষাৎকৃষ্ণ ইহা না জানিয়া।
মহা অপরাধ কৈনু গর্ব্বিত হইয়া॥

কৃষ্ণমক্নিদনসিদে খঙলুদবনিনা।
নাপল মঁাঙোইনক্নিঙায় লঙখৱেদা থীনা॥

তৌখি তন্না ধিক্কার, তুখি প্রভুগী চরণদা—মিৎলুদদি প্রেমগী ধারা। চানৰিখি প্রভু, প্রেমগী অবতার।

দেখাইল আগে তাঁরে চতুর্ভুজরূপ।
পাছে শ্যাম বংশীমুখ স্বকীয় স্বরূপ॥

উৎপিরে মঙোন্দা হান্নমা চতুর্ভুজগী রূপ।
কোন্না 'মুক বংশীমুখ শ্যাম মশামক্কী স্বরূপ॥

মাপল

# দাক্ষিণাত্য ভ্রমণ তোবা

অন্যাবতারা বহবঃ সর্বসাধারণোত্তমাঃ।
কলৌ কৃষ্ণাবতারো নিগূঢং সন্ন্যাসিরূপ-ধৃক ॥

জৈমিনিভারত

অতৈ অবতারশিংদি থ্ৰাইনা অতুম থওবা ঙাক্কি।
কলিদদি কুপ্পি কৃষ্ণ থুপ্পা সন্ন্যাসী ওইননি ॥

নৈরে চৈতন্যদেব নীলাচলদা ফালগুন চৈত্র থা অনী। বৈশাখ চঙলকপদা খোঙশাল্লে তীর্থভ্রমণগী। সমুদ্র খোঙবান্দা সার্বভৌমবু তৌবে বিদায়, তাল্লে আলালনাথ মন্দির। পল্লে অহিং মন্দিরদা অতুম। চন্দে মীনা চিংলূ-চায়রক্ক দর্শনগী, নিল্লি হরিধ্বনিনা থক-থা। নোংঙাল্লে, নিত্যানন্দনচিংবা ভক্তশিংবু তৌরে অমুক বিদায়, তমথরে তন্না থা। কৃষ্ণদাসদনি থৌগল, য়াওদে অতৈ কনা। সোল্লি তৎপা নৈত—

কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ পাহি মাম্ ॥
রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব পাহি মাম্ ॥

ঙকখি শক্তা, ঙকখি গুণদা অউবা পূন্বা, সোনখি 'হরি হরি'।

য়োরে কূর্মস্থান। খুরয়ে কূর্ম ভগবান। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা গুঙ্কৎখি মীপূম থূদিং, কৎখি ভক্তি, সোনখি নাম। ব্রাহ্মণ'মা, কূর্ম কৌই, মকমত্তগীনি, লৌই মঙোন্দগী ভিক্ষা, চথৈ তন্না অমুক। থোকখি মতাংসিদা ঙক্ত ঙকপা থৌদোক অমা। ব্রাহ্মণ অমগীনি, বাসুদেব কৌই, লাইথুংনা মশা

লোক লোক লাউই। অহিং তুম্বদা মশাদগী তাখিবা তীলশিং অতু শিরনি কিবদগী থুনগত্তুনা মশাদা হেক হেক হাপ্পি। প্রভুগী গুণ তাবদা দর্শনগী ব্রাহ্মণসি কূর্মগীদা রানা লাকখি। প্রভুনা খোড়শানবনা হান্নে—খেংনদ্রে, মবুক্কীং থীনা হুংশিখি, মথরায় মডাম়ক শোন্না প্রভুবু কৌতুনা কপখি। য়ৈরুরমান্নে অত্তোনবগী অরাংখোল প্রভুগী খোঞ্জালগী নাকোং, থঙ্হৌদনা ফাওরকখি, কোনথংপিখি বাস্নদেববু। খোকপিরম মংাক্কী লাইথু মাঙ্খি তন্নমক। ঈশ্বরগী অঙকপা লীলাদা বাস্তদেবগা কূর্মগা কপমিন্নখি নোং খোং।

চংলে ঙমিং কয়ানি, য়োংরে জিয়ড, খুরম্নে নৃসিংহ ভগবান। চংলে অমুক কয়ানি, য়োরে গোদাবরী, তোরে স্নান। লমদা রাইদাগী হুংশিবা মত্তৌ উবদা পোকখি থম্মোইদা হরাউ তুজুংবা, সোনখি নাম। তাঙ্গাসিমক্তা কুন্নবখি স্নান রায রামানন্দ। পেবে শিঙ্গা খোগল লাংগলনা কয়ানি, বৈদিক ব্রাহ্মণনা কয়ানি।

কোরৌ চাম্বই মঙাল পুবা ফিঙাং চবৈনবা।
চাউনা শাংগা নাংগজবা মিৎনা থম্বাল মানবা॥

প্রভুগী শক্তম উবদা অঙকপগা লোয়ননা খুরম্নে রামানন্দ। ওকখি প্রভু মাবু তরাম। হুংশিবা রাঙাং কযানা হুঙাইনখি। প্রেমমার্গগী লম্বী নাংথিনা সেন্নগে মতা পনখি মাগীদা অহিং তরা।

অঙকপগী অঙকপা ডাক্লি প্রভুগী লীলাদি। বাস্নদেব সার্বভৌমগী মতাংদনা শাস্ত্রজ্ঞ অমা সাড়না মহাক্কী মথম্মোই জয তৌবনি। হন্দক রায় বামানন্দগীদনা জিজ্ঞাস্থ অমা সাড়না হং হংতুনা লোকসংগ্রহগীদমক অথুপ্পা ধর্মগী তত্ত্ব লোইনা তক্কুনা লৌবনি। প্রভুগী মথং মথং অস্তুম চথবা পাউহং মতুংইন চৌনগোইখি রায়—

ডাক্লো মীনা মশাই ধর্ম শক্লে অতুম বিষ্ণুগী ভক্তি।
কংলো কর্ম পূম্বা নোইনা কৃষ্ণদা লোইবে লৈত্রবনি।
থাদোক্লো মশাই ধরম ফরবনি ডমদবদনি।
তানফম খোকই ঐখোয মীনা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি।
তানফম খোকই অতুম অত্তগুম্না শুদ্ধাভক্তি।
প্রেমভক্তিনা খোইবদি অতুম মথোইবনি।

প্রেমভক্তিগী শক্তোল য়াম্মি মথল মথেম্মি।
দাস্ত সখ্য বাৎসল্য কান্তা শান্ত মঙানি।
খোইবদম্মি কান্তা প্রেম্মা অতুম মখোইবনি।

পূনবগুম পৃথ্বীদা গুণ মঙা,
পূল্লি কান্তাদস্ম প্রেম মঙা।
লাউরি'তুনা ভাগবতনা
পুল্লি কৃষ্ণ কান্তা প্রেম্মা।

শিংভি ভক্তশিংদা কৃষ্ণনা ভক্তিগী লম্মল।
ওমদে কান্তাগীদি লুই তোল্লি অতুম্মি লম্মন।
ফজে কৃষ্ণ মকপা লৈত নীংথি ৱাৎপা লৈত।
কায়দো 'তুবু শক্তম রাধানা হেল্লবা নাক্তা॥

মানি রাধা রাসলীলাগী মবেম্মা।
হৌদোকপনি মশানা রাস শান্নবা।
মহাকথংগীনি কৃষ্ণনা শরুক য়াবা।

মকপা লৈত ফজবী ৱাৎপা লৈত নীংথিবী
কৃষ্ণপ্রেমগী মশক্মক্তি রাধা।
রাসলীলা পুৱিবী প্রেমলীলা লুচিংবী
কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্লবীনি রাধা।
লেঙদে কৃষ্ণ খোঙকৈ'মা থাদে রাধা মিকুপ'মা
শান্নে লেপ্লে ব্রজভূমদা লীলা।
কৃষ্ণ ফংগে নীংলবা সেবা চক্লে য়ুংলবা
চঙজো য়াইদা লীলাগী মবেম্মা।

কৃষ্ণ ঈশ্বরনি খোইখোইবা ভগবান্মক্তি।
অবতারীনি মাদি থ্বায় পূম্বগী কারণনি॥
শীংনাইদবা অবতার শীংনাইদবা বৈকুণ্ঠ।

পুরিবনি মহাক্কা শীংনাইদবা ব্রহ্মাণ্ড ॥
সচ্চিদানন্দমক্কি ব্রজনিংথৌ মপারি।
লৈবনি ঐশ্বর্য্য শক্তি রস-লোইশ্না সুননি ॥

কামগায়ত্রী কামবীজনা মন্ত্র ওইনা লাৎপা।
বৃন্দাবন্দা লৌনা কৃষ্ণ কাম্নি মাদি অঙকপা ॥
নিপা মুপী অচচ্চত্ত পুম্বগী মানি থম্মোই।
করি অমুক হায়নি হুরিরনি কাশ্মকী থম্মোই।

ভক্ত মথল কয়ানি থেন্নে রস অপাম্বা।
চুপ্পে অতুম মডোন্দা রস অপাম অপাম্বা ॥
শৃঙ্গারগী থোইথোইবা রসরাজ মশক্কি।
মদোম মথম্মোই অতুম হেক্ক মহুজবনি ॥
মশাগী মনীংথি উবদা ডাওই মথম্মোই।
কোঞ্জনিংলুই মশাবু 'মৃক্তং হুংশিনা লে'লোয ॥

কৃষ্ণগী শক্তিদি অনন্তনি।
থোইথোইবনা "সিদ্ধা অহুমথক্কি ॥
কৌই অমনা চিচ্ছক্তি।
অন্তরঙ্গা স্বরূপ শক্তিনি ॥
অমনা বহিরঙ্গা মায়া শক্তিনি।
অমুক 'মনা তটস্থা জীব শক্তিনি ॥

কৃষ্ণদি সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্নি।
পুই 'তুনা শক্রোন অহুম স্বরূপ শক্তি ॥
চিৎকীনা সংবিৎ সৎকীনা সন্ধিনী।
আনন্দগীনা মানিদো হ্লাদিনী ॥

প্রেম কৌবতুনা হ্লাদিনী মশাগী স্বরূপ্নি।
চিন্ময়রস আনন্দনা প্রেমগী মিংথৈনি ॥
প্রেম মশাই স্বরূপা মহাভাব কৌবতুনি।
মহাভাবতুগীনা রাধা ঠাকুরাণীনি ॥

মহাভাব কৌবসে চিন্তামণিগী মশক্তি।
কৃষ্ণগী প্রেমদি ভাব অসিদনা ফংনবনি॥
রাধাদি মহাভাব-চিন্তামণিগী মশক্তি।
ললিতানাচিংবী সখী মাগী কায়ব্যূহনি॥

রাধাগীদি কৃষ্ণপ্রেম থোকই গঙ্গা স্নান মতম।
থেংডি 'ড়ুনা অপানবা হক ঙুংশিবদা মনম॥
থম্মোইগী নৌজবা ঈরানা তৌই হান্না স্নান।
চহীগী নৌজবা ঈরানা তৌই অমুক স্নান॥
মায়থোংগী লুজবা ঈরানা থোম্মি মমৈ স্নান।

ইকাইথীবা মতৌ, কত্রং ফিমুনি, খাঙজেৎনৈ।
কৃষ্ণপ্রেমগী রাগ, কত্রং ফিঙাংনি, নমথাংনৈ॥
প্রণয় মানগী মতৌনা, থাখ্নমফিনি, থাখৈম্নে॥
ফজবগী কুঙ্কুম্, সখীপ্রেমগী চুয়াচন্দন।
মোমোন মীনোক্কী কর্পূর থারি হকচাংদা লেপন॥
কৃষ্ণই প্রেমরস চেল্লি মনম—কস্তুরীগী চাং।
ঙুংশিবা মনম'ড়ুমক্কা লৈতেংলি মহকচাং॥
অথুপ্পা মান হেল্লি শমজি ওইনা ফেল্লপ ওয়দা।
ধীরাধীরাই গুণ চরৈ কত্রংফিনি হকচাংদা॥
রাগই পানা মচুনা তঙাং তঙাংলি চীনবাল।
প্রেমগী লৌথুপ লৌকোই কজ্জননি, থারি মিং মিৎপাল
পোকই হেক হেক মশাদা সাত্ত্বিক ভাব অয়োবা।
হর্ষনচিংবা ভাবনা লৈতেংডি মশা পুম্বা॥
কিলকিঞ্চিতনচিংবা ভাব কুম্না লৈতেংনি।
গুণগী পরেংনা পারি লৈগী পরেং—লৈতেংলি॥
য়াইফ-তিলক হেল্লি নীংথিজবা শক্তী শক্তৌয়।
চেল্লি নুংহী তক্ষায়াই প্রেম্না থুম্নবা থম্মোই॥

মীয়ায়-চনবী সখী 'মগী লেংবাল পায় মখূৎনা।
লূপ্নিয়ে সখীলক কৃষ্ণগী রাধন্দা মশানা॥
শ্রীঅঙ্গগী মনম্না মন্দির গর্ব্বনা থুদা।
হেল্লি 'ড়ুদা কৃষ্ণ, ফংলি সঙ্গ তৎপা নৈত॥
কৃষ্ণই নাম গুণ যশ নৈত্তেংনি মঙোন্দা নাকোংগী।
কৃষ্ণই নাম গুণ যশ ঈচেন্নি মঙোন্দা চীনগোইগী॥
তম্মি মাদনা প্রেমরসই মধু কৃষ্ণদা।
চৎলি কৃষ্ণগী পোইরৈদ য়েং মতম পুম্বদা॥
কৃষ্ণই অশেংবা প্রেমরসগী থোংনি মাদি।
নীংথিবা গুণ অপূম্বগী ভুংনফম্নি মাদি॥

মহাক্কী মরায়বক কল্লকপনি সত্যভামা।
তম্বনি কলাথিবিক মঙোন্দা ব্রজরামা॥
মাগী মনীংথি মিহৌবনি লক্ষ্মী সরস্বতী।
মপুরোইবা মঙ্গংশি মিতাইদো অরুন্ধতী॥
মাগী গুণদি কৃষ্ণমক্তা খঙবা য়ানা থোকই।
ঐগুম্বা অতোনবা জীবদদি করি ওইনি॥

ধীবললিকনি কৃষ্ণ।
পামজবনি 'ড়ুনা মহাক্কি রতিলীলাদ॥
অচিং খঙদে ঙংথিল শাটন্ন রাধাগা কুঞ্জদা।
কিশোবনি মতাংনা য়েৌবনি প্রেমলীলাদা॥
প্রেমগী বিবর্ত্তলীলাস্ম চুপ্নিবনি 'ড়ুদা॥

শকথি মতাংসিদা রায় রামানন্দ মশানা লেংবা ইশৈ'মা—

পহিলহি রাগ নয়নভঙ্গি ভেল।
অনুদিন বাঢল অবধি না গেল॥
না সো রমণ না হাম রমণী।
দুহুঁ মন মনোভব পেষল জনি॥

এ সখি সে সব প্রেম কহানী।
কানুঠামে কহবি বিছুরল জানি॥
না খোজলুঁ দূতী না খোজলুঁ আন।
দুহুঁ কেরী মিলনে মধ্যত পাঁচবাণ॥
অব সেই বিরাগ তুহুঁ ভেলি দোতী।
সুপুরুখ-প্রেমক ঐছন রীতি॥
বর্দ্ধন-রুদ্র-নরাধিপ মান।
রামানন্দরায় কবি ভাণ॥

পোকখিবনি রাগ মিচ্চিগা মিচ্চিগনা।
হেনখিদো নোংমনোং চৈথৈ কৌবা তাদনা॥
তকখিবরা পেষণ ঐথোয়নীগী পুক কাম্না।
মন্নখি সুপীনি ঐনা নিপানি মানা॥
কাউরমাল্লে থল্লে প্রেমগী খোঙফম খিবিক্তো
নীংসিংবিক সখি নংনা "মুক্ত কাম্নদো॥
চম্খিদে দূতী'মা যাওখিদে কনা অমা।
শীনখিবনি পঞ্চবাণনা মিলন অতুম্বা॥
কাউখরে হৌজিক্তি থঙলে নং মুম্না দূতী।
সুপুরুষগীদি অসিনি প্রেমগী রীতি॥
রাপাংজরি রামানন্দ রায় কবি।
চীংলিবনিদো অহকপা নিংথৌনি॥

থুম্নদই থুম্না রাধাকৃষ্ণই লীলানি।
লীলাগী সেবা সখীদনা চঙবনি॥
লৈতে দাস্য বাৎসল্যগী হক লীলাদা।
গোপীভাবতা হায়্না চঙবা তাই সখীদা॥
মাগী অতুগা ওইনা চঙলবতদা
ফংনি সেবাগী শরুক য়াবা লীলাদা॥

গোপীগী প্রেমদি নত্তে খায়না খঙনরিবা কাম
ক্রীড়া মান্নরুবদই কৌরুবনি কাম ॥

ইশাগী মুঙাইবা য়েংনা চৎপবু কৌই কাম।
গোপীগীদি কৃষ্ণগীদ য়েংবনি, নত্তে কাম ॥

ব্রজভাব খুদিংমক পী ভক্তদা সিদ্ধদেহ।
সিদ্ধদেহতুদা ফংনৈ অতুম শোয়দে কৃষ্ণ ॥
পী সাক্ষী ময়েক লানা বেদনচিংবা গ্রন্থ।
চৎসি'তুনা রাগমার্গ ফংনি শোয়রোই কৃষ্ণ ॥

নীংসি সখীভাবতা রাধাকৃষ্ণ তৎপা লৈত।
চঙসি সখীদা—সখীগীদ হঙ্কি লীলাদা ॥
ফংগনি শ্রীচরণ ফংগনি শ্রীমুখদর্শন।
ঐশ্বর্য্য য়াদে, চন্দে লক্ষ্মী, চঁঙি সমর্পণ ॥

বিদ্যাদা অথোইবনি কৃষ্ণভক্তি।
মিংচত্তা অরোইবনি কৃষ্ণভক্ত ॥
লন্দা অতাঙবনি রাধাকৃষ্ণ প্রেম।
অন্নাবদা অথেংবনি কৃষ্ণভক্ত কায়নবা ॥
মুঙাইবদা অয়োবনি কৃষ্ণপ্রেম সাধন তৌবা।
ইশৈদা অথোইবনি রাধাকৃষ্ণই প্রেমলীলা শকপা
অফবদা অথেংবনি কৃষ্ণভক্ত সঙ্গ তৌবা।
স্মরণদা শোয়দবনি জীবগী রাধাকৃষ্ণ স্মরণ ॥
তৌগদৌবনি অতুনোং জীবনা রাধাকৃষ্ণই মনন।
রাধাকৃষ্ণই নিত্যলীলা স্থান্নি ব্রজভূম ॥
ভানি'তুনা পূণ্যভূমদা ব্রজভূম।
তৌনি তৎপা লৈত শরবণ কীরতন ॥
চৎনি কায়বা লৈত দরশন পরশন।
চৎনি যুগলসেবা তৌনি আরাধন ॥

স্ত্রে হুমিৎ তরানি। রায় রামানন্দ রাগাস্নগা ভক্তিনা রাধাকৃষ্ণ লুনা সেবা চচ্চরক্মল ফাওরে লোইনা মবুক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী কৃপাদগী কৃষ্ণতত্ত্ব, রাধাতত্ত্ব, প্রেমতত্ত্ব, রসতত্ত্ব, লীলাতত্ত্বনচিংবা থোইথোইবা ভক্ত অমনা খঙকম থোকপা—খঙদবা য়াদবা তত্ত্ব পূম্বা।

প্রভুগী জগৎ ম্বাংমগী ওইবা অমকপা লৈতনা ফজবা অম্বাৎপা লৈতনা নীংথিবা, ভগবানগীদ ওইবগুম তৌবা শক্তমদা ঙকখিবনি রামানন্দ, থনাখবনি মবুক্তা "শক্তি অমনি"। ঙকথি পাউহং তাবদা থোইনা হেন্না অমুক, লেপখি, "শক্তিদ শক্তি অমনি"। মহাক মশাগী পাউথুম মশাগী জ্ঞান ম্বাংমগী ওইবা, ওইরে ওইনা ঈরোম্বী ঈশিং হাদোনকপগুম মদোম পঙহাদ হাদোরকপা উবদনা অমুক্তা থোইনা হেন্না ঙকখি, খঞ্জি "শক্তি সঞ্চারনি"। মতাং মতাংদা প্রভুগা স্বরূপ কবি ওইবিগবা খঙনাঞ্জি, থোকখি মচীল হেক হেক—

সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি কে জানে তোমার মর্ম।

ঈশ্বরমক্কি নংদি খঙনি করম নঙ্গী ভংগী ম্বা॥

যে তুমি কহাও সেই কহি আমি বাণা।
তোমাব শিক্ষায় পড়ি যেন শুকের পাঠ॥
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি কে বুঝে তোমার নাট।
হৃদয়ে প্রেরণা কর জিহ্বায় কহাও বাণী॥
কি কহিয়ে ভালমন্দ কিছুই না জানি।

নংনা হায়হন্নিংবদুমথৈ হায়বদনি ঐ॥
তেনবাঙম অফাবদ লোঙবনি ঐদি।
ঈশ্বরমক নঙ্গী লীলা খঙনি কনানদি॥
শঙলি মথৌ থম্মোই হাপ্লি লৈযেংদনা মরোল।
খঙদে অফফত্ত 'মত্ত লোনবদনি পঙলোল।

আমি নট তুমি সূত্রধার।
যেমত নাচাহ তৈছে চাহি নাচিবার॥

মোর জিহ্বা বীণাযন্ত্র তুমি বীণাধারী।
তোমার মনে যেই তাহা উঠয়ে উচ্চারি।

ঐনা নট নংনা সূত্রধার।
নংনা সাহন্নীংবা জগোই সাবদনি ঐদি॥
বীণানি ঐগী লৈয়েংনা অথোংবনা নংনি।
ঐগীদি নঙ্গী খুৎথং মতুংইন শকপদনি॥

মোর মুখে বক্তা তুমি তুমি হও শ্রোতা।

ডাওলিবস্ত নংনি চীন্দা তারিবস্ত নংনি॥

উৎথি অস্তুম রায় রামানন্দ প্রভুদা হেক হেক থৌজানগী ঈথৌ। নঙ্কৎ নঙ্কৎ লাকপনি প্রভু, য়াবক্তে নঙ্কৎপা। ভক্তগী মিৎমাঙদা থুপকনি করম ভগবান। পুল্লে শ্রীমুখ বাণীনা অদুম—

তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি

গীতা

মাঙদে ঐগুম মভোন্দা থক মাঙদে মাস্ত ঐভোন্দা থক।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব জগৎ কল্যাণগী কুম্লকচে কান্তাপ্রেমগী লম্মনস্ত শিংহৌরগে রাধা ভাব কান্তি পুবকপনি—

অন্তঃকৃষ্ণো বহির্গৌরঃ সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদঃ।
শচীগর্ভে সমাপ্নুয়াং মায়ামানুষকর্মকৃৎ॥

স্কন্দপুরাণ

মুংদা মু পান্দা ভৌ অঙ্গোপাঙ্গ খুৎলাই-থোঙলেয়দা লোং।
তৌরনি কল্যাণ মায়াই মী ওইনা শচীগী পাংক ওং॥

তারে রামানন্দগী মিৎমাঙদা চৈতন্যদেবগী অথুপ্পা শক্ত মগী শকওং, চীন-গোইরকই ভক্ত হরাউ তুজুং অওকপা দর্শন্দা—

পহিলে দেখিল তোমা সন্ন্যাসী স্বরূপ।
এবে তোমা দেখি মুঞি শ্যাম গোপরূপ।

তোমায় সম্মুখে দেখি কাঞ্চন-পঞ্চালিকা।
তার গৌরকান্ত্যে তোমার সর্ব্ব অঙ্গ ঢাকা॥

হায়দি উই নংবু সন্ন্যাসীগী মশক ওইনা।
উয়ে হৌজিক্কা অমুবা গোপই মশক ওইনা॥
হেল্লি নমাঙদনা সনাগী লাইথি অময়থক।
ঙাল্লি মাই অপানবা মচুনা নশা পুন্নমক॥

নোকথি চৈতন্যদেব থৌজালগী মোমোন। তুথি চরণদা রায় রামানন্দ, ভক্তগী কোক্কী লৈতেং। "হায়দোকফদে রায়" চীঙ্গোয়বিথি ভক্তদা প্রভু।

লৌরে হৌজিক্তি প্রভু ভক্তগী বিদায়, হল্লে মথং খোঙদোই; কোয়রে থুংনা দক্ষিণাবর্ত্ত, তৌরে স্নান মশন্নাইবা তীর্থশিং, তৌরে দর্শন অফাওবা মন্দিরশিং। মহাক্কী রূপ, মহাক্কী গুণ, মহাক্কী প্রেমাবেশ লেম্না চক্তে থক, পুই থোগাই, নাম্না তৌই নাম অমসুং প্রেমগী প্রচার। ভগবানগীদ ওইবগুম তৌবা, ফজবা নীংথিবগী মশক্মক পুবা প্রভুগী মায়থোং উবদা নিপা থঙদে হুপী সোল্লি হেক্ত "হরি হরি"। প্রেমাবেশ উবদা ঙাওই অত্থুম মথোয়; প্রভুগী হুঁকাবদা তৌই মথোয়স্ন হুঁকার—শীংনৈ অপূনবা হরিধ্বনিগী ঈথোল সমুদ্রগী ঈপাউথোল। দৈবাক্লগা অা এহেল্লৌঙেদগী ভক্তিগী ক্ষেত্র ওইনা লাক্লে, ভগবদ্‌সিদ্ধ ওইনবা আডবারশিংগী জ্ঞানদশা, প্রেমদশা অনীনগা উপাসনাগী মপূং চৎলে, প্রভুনা হেক খোঙদাবদা লোইরে অত্থুম নামপ্রচার, কারে ঈনোৎ য়োনা প্রেমভক্তি।

লাইরিক চাউথিনি কিবদগী সূত্র ওইনা লোইশিন্নবদ য়েংহুনা লাকপনি, অদুবু, রাকম থরদি পন্দবা ঙমদ্রে। সিদ্ধিবটতা নোংমা ব্রাহ্মণ অমগীদা ভিক্ষা লৌই প্রভু। ব্রাহ্মণসি রামভক্তনি, সোল্লি তৎপা লৈত রাম নাম। প্রভুনা হল্লকপা থোঙফম্মদা অমুক্কা থেংনৈ। হন্দক্তি রামনামগী মহত্তা সোল্লগ্লে কৃষ্ণনাম। করিগীনো হংবদা "নঙ্গী দর্শনদগীনি, থঙলে নহাক সাক্ষাৎ কৃষ্ণনি" তুথি প্রভুগী চরণদা। অমুক ব্রাহ্মণ অমনা, শ্রীরঙ্গক্ষেত্রগী রানি, দেবালয়দা গীতা হেক হেক লোইনা লোইনা পাঠ তৌই। চুন্নদগী পাঠ নত্তে, ভাবাবেশদনি। হৌবদগী লোইফাও থকপা কৌবা লৈতে মমিত্তা মপি। অদুবু, হৈবা রাৎপদগীরা থঙদে,

উচ্চারণদি থীনা থীনা শোয়, মীনা নোক্লে। নোক্লে থোশাদে ; কারদে, তৌই অতুম মথরায়মক কৎনা পাঠ। গীতাপাঠদা মহাক্না অদুক মুঙাইকরিবা করি-দগীনো হংলুই প্রভু। মহাক্না তরাক তরাক খুমকখি, "হৈ অপঙবা, শগোল চুপ্নী পায়না পায়না তম্ তম্ মুংশিনা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা জ্ঞান তাকপিরিসিদি উদ্রদনা"। পেনখি প্রভু, কোনখি, "নংদনি গীতা পাঠ তৌগদোবা"। "সারথী কৃষ্ণদগী নংবুনা হেন্না মুংশিরিবা করিগীনো" য়েংখি ব্রাহ্মণ ওক্না প্রভুদা, উখি প্রভুগী তশেংবা স্বরূপ, তুখি চরণদা। "হায়দোকপা য়াদে বনাদা" কোনথৎপিখি ভক্তবু প্রভু। অমুক্কস্থ ব্রাহ্মণ অমা, কৃত্তমালাগী তোর্বান তাবা কামকোষ্ঠী পুরীদনি, কৎলি ভিক্ষা প্রভুদা। সংসারদা হৈনবা মচেৎ'মফাও মাগী লৈতব-দৌনা তৌই। চারা হেল্লি, ফাওদে মশাদা অরাম্বা। রাবণনা সীতা মুখিবগী রারী তাবদগী লৈহৈবা মফম নক্রে জগৎ শিরগে থনবদগীনি থওলে প্রভু। "মায়া সীতানি রাবণনা মুবদি" তাকপি প্রভু, থেম্মি "চাক চাউ"। য়াদে। মতম থরগী মতুংদা, কূর্ম পুরাণগা "পতিব্রতা উপাখ্যান" দা য়াওবা "রাবণ উবদা সীতা মৈদা চঁডি, মৈনা পার্ব্বতীদা শিন্নে সীতা মশা, রাবণদনা পী মাগাসীতা" হায়বা মতেক অতু ইদুনা পুবক্লগা প্রভুনা মঙোন্দা পীরবত্রদা তোকখি চারা হেনবা। প্রভুবু সাক্ষাৎ রঘুবীরনি, মহাক্কীদমক লাকপিবনি খুরমখি, হরাউবা মুঙাইবগা লোয়ননা কৎখি প্রভুদা ভিক্ষা।

দাক্ষিণাত্য বৈষ্ণবজগৎ ওইববস্থ অবৈষ্ণব সম্প্রদায় মচি মচিদা অহুম মরৈবনি। বৌদ্ধাচার্য্য'মা শাস্ত্রার্থদা থীনা মমায় থূই। অফ সাদুনা ভিক্ষাগা চাক্নাং পুরকখি মহাক্কী শিষ্যশিংনা—অভিচারগীনি। উচেক অচৌব'মনা পুথম পুল্লপ চেল্লগা আচার্য্যগী মকোক্তা থাধে। আচার্য্য মকোক থীনা শোকই, অশিবগুম লৈমায়থক্তা কুইনা তাত্তনা লৈ। মথোয় ময়াম্না হায়জবা মঙ্‌ঙইন "কৃষ্ণ সোল্ল, ফনি" তাকপি প্রভু। সোল্লে ময়াম কৃষ্ণনাম। হৌগৎলক্লে আচার্য্য কৃষ্ণ কৃষ্ণ সোন। আচার্য্যসিগুম লাকখি পণ্ডিত কয়া কয়া শাস্ত্রার্থগী লৈবাক লৈবাক থূদিংদা। অতবু, তুখি লোইনা, কাখি ঈনোৎ প্রেমভক্তি। মধ্বাচার্য্য সম্প্রদায়গী আচার্য্যমক্স, লৈয়েং ফাবা, লৈয়েং ফাইবা মতাং কয়া থেংনখি—অমুক করি হায়নীঙায় লৈরি! সম্প্রদায় অম'দ—ভট্টমারিগীনি,

মল্লারদেশতনি। প্রভুগী খুদোং থীনবা শীনথি; কামিনীকাঞ্চন উত্তুনা থোগল কৃষ্ণদাসবু চিংথোকখি। থোঙ্গুল লীরুবদা থাঙ্গা তেলগা হৌরকখি, অদুবু, প্রভুগী মিংলৈ অমদা মথোয় মীপুম খুদিংগী মথুং মখুত্তুগী থাঙ থঙদে তেল লোইনা তাখি, চেন্নখি লোইনা মথরায় মথরায়গী মি থীনা পাই। কনবিখি অসুম কৃষ্ণদাস।

চহী অনীনি প্রভুনা দাক্ষিণাত্য কোয়রবা। বিজ্ঞা নগরদদনি তরানি সুনা পনবা, অতৈদদি পনগে হায়না পল্লবদা হুম্ম হায়বসি য়াম্লবনি—পঙথোক থোক্তে। মশাং শুইনা পনথিবসু অমথক্তনি। শ্রীরঙ্গদা ব্যেঙ্কট ভট্টগীদা চাতুর্মাস্যগী থা মরি পনথিনতুদনি। অদুনা প্রভুনা কোয়রিবসি দাক্ষিণাত্য ফনা নীংথিনা থুংলবনি। নীলাচলদগী হৌবা থোঙফম্নি। সেতুবন্ধ, কুমারিকা য়োরগা অমুক আ নর্মদা থোংবান মাহিস্মতী পুরী য়োনা হাইগৎপনি। নর্মদাদগী দণ্ডকারণ্য পঞ্চবটী মথং মথং লাল্লক্তুনা সপ্তগোদাবরী তারগা বিদ্যানগর অমুক চঙলবনি। বিদ্যানগরদগীদি হান্নগী লম্বী মতুংইন শ্রীক্ষেত্র হল্জিনবনি।

দাক্ষিণাত্য বৈষ্ণবজগৎনি। মতম্না থীনা কুইনা শিথকুরবা বৈষ্ণবধর্ম্মনা নৌহৌনা অমুক হিংগৎলকপসি জগৎ অসিমক্তনি।

বিষ্ণু বেদগী লাইনি। শকই ঋগ্বেদনা—

ওঁ তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ দিবীব চক্ষুরাততম্
তদ্বিপ্রাসো বিপন্যবো জাগৃবাংসঃ সমিংধতে।
বিষ্ণোর্যৎ পরমং পদম্॥

নুমিৎ মঙান্দা মিৎনা লোইনা উগুম উই জ্ঞানীশিং লক্তে বিষ্ণুগী থোইথোইবা খুভম।
অরাল অহুই চঙদ্রবা ভগবদ্ভক্তশিংনা তাকই অতুম থোইথোইবদো খুভম॥

বিষ্ণু উপাসনা বেদগী একায়ন শাখাদগী পোকপনি। গুরু পরম্পরানা—বিষ্ণুনা নারদদা, নারদনা নর-নারায়ণ অনীদা তাকপনি। অনীনা বদরিকাদা কময়ুনা শন্দোকপনি। অকা-অকুম নাইবা জগৎনিনা কুইনা শিথরুই। অদুবু মাঙফদবনিনা অমুক হিংগৎলকখি। দাক্ষিণাত্যদনি।

আডবার ভগবদ্‌প্রেমগী হায়বনি। মখোয় আডবারশিংসি রাগাত্মিকা ভক্তি চৎলি। মখোযগী উপাসনাদি জ্ঞানদশা হায়ব'মা প্রেমদশা হায়ব'মা মগুং অনী চৎ'লি। জ্ঞানদশাদা ভগবানগী গুণ-কৃতি নীংসিংদুনা ধ্যান তৌই। প্রেম-দশাদনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, কান্তা প্রেম অমদা তাউদুনা ইশৈ শকই, জগোই সাই। অদুবু, দাস্যগা নায়িকাভাবকনা মপৃং অদুম চৎলি। মখোযগী দিব্যসূক্তি কয়া লৈ, পুম্না দ্রাবিড বেদান্ত হায়না খঙনৈ। উপাসনাগী অথোইবা অঙ্গ কীর্ত্তন্নি হায়বা প্রেমদশাগী রাকয়া অদুম মশাকই।

মখোয মীকোক তবাগা নীথোইদি ভগবদ্‌নিষ্ঠ ভোম্বি—আইপোক্ষিরি হায়না চৎলি। শিরঙ্গম মূর্তমৎ সঙ্গীতনি হায়না খঙনৈ। নম্মাড়বার দ্রাবিড় বেদান্ত হায়না খঙনবিরা সক্তি চাত্রাগম্বিনা মবম্মাক স্মৃতি লৌশিং অমা অবদান তৌবম্মি—শহস্রীগীতি হায়না চৎলি। আণ্ডাল কপীনি, গোপীভাবতা ভাবদ্‌সেবা চৎনি, রঙ্গম, জীগা মবুন্নাং মহকচা পূমবং কৎখি। ঙসি রঙ্গনাথ মন্দিরদা মাগী নৃত্ত লাংনি।

মখোয আডবারশিংসিগী মতুংদা লাক্‌খ আচার্য্যশিং কয়া কয়া। খরদি লাইনবু হায়বনৈ। রামানুজ লক্ষ্মণগী অবতারনি হায়না খঙনৈ। হিংলিভ্রেমক মহাকী মূর্তি সাজনা লাৎখি। মহাক্না শ্রীসম্প্রদায় নৌহৌনা সেমগৎখি। নিম্বার্কাচার্য্য সুদর্শনগী অবতারনি হায়বনৈ। মহাক্না মেহৌনি হংসসম্প্রদায়। মধ্বাচার্যনা ব্রহ্ম সম্প্রদায় সেমখি, বল্লভাচার্য্যনা রুদ্রসম্প্রদায় নৌহৌনা সেমগৎখি। দর্শনগী ক্ষেত্রদা বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ, দ্বৈতাদ্বৈতবাদ, দ্বৈতবাদ, শুদ্ধাদ্বৈত-বাদ মখোযগী অবদান্নি।

দক্ষিণাবর্ত্ত ভক্তিগী উহ্নবা ভূমিনি। আ এহেলোইঙেদগীনি হায়বস্ম পদ্ম-পুরাণনা অদুম সাক্ষী ওই। লী পুরাণ'সিনা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী মাহাত্ম্য শকপদা—

ভক্তিদেবী দ্রাবিডদেশতা পোকই। মচা জ্ঞানগা বৈরাগ্যগা অনী পুদুনা কর্ণাটকতা অভাহনা পালি। মহারাষ্ট্রগা গুজ্জরগা দেশ অনীদদি অরাবা থীনা নংলুরে। মচা অনীমক্ক, কলিগী মচু চাদুনা শিরে। মমৈদা বৃন্দাবন্দা চেনশিন্নে। মৈদা লোইনা কোক্লে। মশা নৌহৌনা অমুক পোকপগুম হান্নগী মশক মচু লোইন হন্নিল্লে। তনৌ তনৌ নীংথিরে।

সাত্ত্বিক পুরাণ অথোইবা শ্রীমদ্ভাগবতমক পূণ্যভূমি অসিগী অবদাগি হায়বসি পণ্ডিত কোক্লেল কয়াগী মতনি।

অসিগুম্বা ভক্তিগী জগন্নাথা চৈতন্যদেবনা চহী অনী থোঙদারবসিদি সূর্য্য-দেবনা জগৎকল্যাণগী সমুদ্রদগী নোং শুংবগুম স্বভক্তিশ্রী কান্তাপ্রেম শুংলবনি। রাধাকৃষ্ণ উপাসনাগী অমূল্যরত্ন অনীস্ত অসিদগী থুনবনি। ব্রহ্মসংহিতানা পয়স্বিনী থোঙবালগী আদিকেশব মন্দিরদগীনি, কৃষ্ণকর্ণামৃতনা কৃষ্ণবেণ্বা মপানগী দেবমন্দির অমদগীনি।

অসিস্ত অসিনি, লৈরি অথুপ্পা মরম থরস্ত। অমনা, শ্রীরঙ্গগী ব্যেঙ্কট ভটগী মচা তুংলমচৎকীনা ষড়গোস্বামীগী অন্যতম গোপাল ভট্টবু বৃন্দাবন থানবা শীনবনি; অমনা, ঋষভপর্ব্বতকী নারায়ণ মন্দিরদা মশাগী পার্ষদ পরমানন্দ পুরী থিবনি; অমুক অমনা, ভীমরথী থোঙবান্দা শঙ্করারণ্য (বিশ্বরূপ) গী থোঙ্গূল লীবনি, অমুক্ত অমনা, ঋষ্যমূক চীঙ্গোলদা রামায়ণগী সপ্ততাল উদ্ধাব তৌবনি।

ঈশ্বরনি মাদি মনীং চৎপা
অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
থঙলুনি কনানা মাগী লীলা!

ভরা

# নীলাচলদা হল্লকপা

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র-পার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ॥

ভাগবত

মুনা ভোবা অঙ্গোপাঙ্গ থূংলাই থোঙলোয় সনা হেনবা।
চঙনৈ মভোন্দা জ্ঞানীশিং কৎনৈ সংকীর্ত্তন্না পূজা ॥

কোযররে প্রভু দাক্ষিণাত্য চহী অনী লৈরে নীলাচলদা চহী অনীমা। শান্নৈ মহুৎসিদা লীলা কয়া। থোইথোইবদি অনীথক্রি। অমনা, প্রভুগী মহাসং- কীর্ত্তন্নি, অমনা, রাজর্ষি প্রতাপরুদ্রগী প্রেমভক্তিনা প্রভুবু জয় তৌবগী লীলানি।

প্রভু নীলাচলদা হল্লক্লে তাবদা গৌড়গী ভক্তশিং পূম্নমক লাকথি লোইনবা দর্শনগী। রথযাত্রাগী মতম্নি, তৌই মহাসংকীর্ত্তন্না রথগী থোগল। মাঙদা পালা মরি, নাক য়েত্তা অমমম, তুংদা অমা—তরেৎননি থোগল তৌবা। পালা থূনিংদা ইশৈ-হনবা অমা, পুং-যৈবা অনা, বাইন মঙা, জগোই-সাবা অমা—মীংবাক মাপন মাপল লেম্লি। প্রভুনা চথোক চচ্ছিনা তৌই, নাম সোম্লি হায় জগন্নাথগী জয় শকই হায় থোগৎলি হেক হেক পালা লোইনবা।

সাত ঠাঁঞি বুলে প্রভু হরি হরি বলি।
জয় জয় জগন্নাথ কহে হস্ত তুলি ॥

কোয়রি প্রভু থুংনা মফম তরেৎ হরি হরি।
জয় জয় জগন্নাথ হাইরি থক্তা পাম্বোম অনা ॥

পেহ্লহগে ভক্তশিং পুথোক্লে শক্তি, যাওরে পালা খুদিং লেঙদনা মশা অমমম।

আর এক শক্তি প্রভু করিল প্রকাশ।
এক কালে সাত ঠাঁঞি করেন বিলাস ॥

সব কহে প্রভু আছেন এই সম্প্রদায়।
অন্য ঠাঁঞি নাহি যায় আমারে দয়ায়॥

মশাই ঐশ্বর্য্যনা পুথোক্লে প্রভু শক্তি'মা।
য়াওয়ে ফাংনা 'মুক্তদা মকম তরেক্তা মশ'॥
হায়নৈ পালা খুদিংনা লেঙ্গক্লে লৈরে ঐথোইদা।
কয়াদ চানবিগ্রবা প্রভুনা ঐথোয়'সিদা॥

কেহ লখিতে নারে অচিন্ত্য প্রভুর শকতি।
অন্তরঙ্গ ভক্ত জানে যাঁর শুদ্ধভক্তি॥
প্রতাপরুদ্রের হৈল পরম বিস্ময়।
দেখিতে শরীর তার হৈলা প্রেমময়॥

উবা ফংদে কনা প্রভুগী অথুপ্পা শক্তি।
শুদ্ধভক্তি চেনবা ভক্তশিংদনা উবনি॥
থেংখি ওকপা প্রতাপরুদ্রই প্রভুই মতৌদুদা।
ফাওখি প্রেমগী বিকার থুংনা মশা অপূম্বদা॥

তমখি নিংথৌ প্রভুগী অঙকপা মতৌ কাশীমিশ্রদা, তৌনখি সার্ব্বভৌমগা মিৎকা মিৎকা ইঙ্গিত। শান্নখি অসুম অহানবদা প্রভু, লৌথখি তন্না মথংমা। কৌশিল্লে লোইনা পালা তরেৎমক রথগী মাঙদা। স্বরূপনা চিংদুনা শ্রীবাস, রামাই, রঘু, গোবিন্দ, মুকুন্দ, হরিদাস, গোবিন্দানন্দ, মাধব, গোবিন্দ মখোয় মাপলগা মীকোক তরাগী পালা'মা ময়োল অকোয়বদা লেপ্লে। মপাল অকোয়-বদনা, লৈহৌবা অতৈনা লেপ্লে। হোরে কীর্ত্তন। সারে জগোই প্রভু উদ্দণ্ড নাচ। ইল্লি জগোই অদ্বৈত্য শেল্লি জগোইদা প্রভুবু নিত্যানন্দ।

অঙকপনি হায়রুবদা কান্নদ্রবা প্রভুগী জগোইনি অঙকপা।

তৌই প্রভু হুঁকার—তোয়না তোয়ননি।
সাই জগোই লৈ মশা—অলাত চক্রনি॥
খোঙফম খুদিংমক্তা নীকই লৈমায় থক থক।
ফাওই মশাদা ভাববিকার হুনমক॥

চুংলি মতু তারি মপি চতুম চতুম।
কারি মশাপুম্বা হমাং মতুম মতুম॥
কায় হেদৌ চোংঙি ফল্লি খে খোইনা অমুক।
চোকথৈ শিংখে তুকথৈ তুথৈ তম্না অমুক॥
তারি অমুক নৈদা গুল্লি গড়াগড়ি।
উরি ওনগুম সনাগী চৌংদোল—নীংখিরি॥
হৌরি অমুক মতৌং ফুক্না—লৈরি চোংলি।
তৌরি হুঁকার ফুয়না ফুয়না—হংলি লাউরি॥
কারি লোইনা শিংলি পাফল পরিং পরিং।
ফাওরি লোইনা তোংশা পরেং মতিং মতিং॥
চুংলি মতু য়ুংলি তুবুম থুদিং চপ চপ।
উরি ক্যাম্নেনা লেপ্পবগুম মাঙদা চপ॥
গুল্লি কচু হেক হেক—উই অমুক সনাগুম।
উই অমুম্না তাইযেৎ তাইনা মহ্নিকাগুম॥
লাংশিল্লি'মুক মচু মরাক কম্বা লৈগুম।
পুঙমদে মশা তাই নৈদা উতুপ তাগুম॥

কৌনথৎলি নিত্যানন্দ প্রভুগী তম্মক—মিৎলুদদি পিচকারি মতম কাপ্লি হেক হেক প্রেমগী পি। অদ্বৈতনা অঙাওবগুম তৌবি ফুয়না হুঁকার। ঈহৌরি প্রেমগী গঙ্গা, শিন্থরি মমিক্তা তৎপা লৈত প্রেমগী পি। কপ্পরি লোইনা কীর্তনগী পরেং, কপ্পরি লোইনা ভাবুক্কী পরেং—নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদগী তোন্দ-তোম্ভবা প্রজাশাও। য়েংগুম তৌরি জগন্নাথ রথ মথওগী প্রেংঈ ঈহৌ।

লাক্লে জ্ঞান প্রভুগী, য়েংথৎলি রথদা তৌই স্তুতি মিৎলুদদি প্রেমগী ধারা—

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

বিষ্ণুপুরাণ

ব্রহ্মণ্যগী মবুঙো বণ ব্রাহ্মণগী মঙ্গল পীরিবা।
থুরমজে হে গোবিন্দ কৃষ্ণ জগৎ-কল্যাণ পুরিবা॥

লৌরে স্বরূপদামোদর প্রভুনা পাম্বা ইশৈ'মা—

সেইত পরাণনাথ পাইলুঁ।
যাহা লাগি মদনদহনে ঝুরি গেলুঁ॥

ফংলেদনা হৌজিক্তি প্রাণনাথ।
ঙৌরবনি ঐসে মশুংলাং মদনগী থা'দা॥

অদুগ্নে খোংদোই প্রভু ভগোই সানা সানা স্বরূপকী ইশৈ, ইশৈগী তান্দা। চুপ্নি মীপুম থূদিং মিথ্নুনা প্রভুগী লীলারস।

রথযাত্রাগী মতমদা প্রভুগী লীলাদ নত্তে, জগন্নাথগীসুনি। জগন্নাথ রাদ ঙাঙদবনি, শাগনা অচৌবা লাক্লা। প্রভুগী নৃত্যগী ভাবুক্তি-পুবেন, প্রভুনা চৎলে মাংদা চংলি কাং, লৈহৌবে তু'দা লেপ্লি অদুম কাং—

গৌর যদি পাছে যায়, শ্যাম হয় স্থিরে।
গৌর আগে চলে, শ্যাম চলে ধীরে ধীরে॥

মুংহাইবদি প্রভুনা ঈনবোইদ তৌবদা চৎপনি অদুম কাং গোরোং গোবোং।

তবে মহাপ্রভু রথ প্রদক্ষিণ হৈয়া।
রথ পাছে যাই ঠেলে রথে মাথা দিয়া॥
ঠেলিলে চলিল রথ হড় হড় করি।
চৌদিকের লোক উঠে বলি "হরি হরি"॥

অমুক হেন্না মুংহাইবনা প্রভু মাওংবা, লেপ্লে কা', চল্লে অদুম। থুঁই বাগান্দা। ভোগ কৎচৈ কাঙাল মরক্তা প্রভুনা ঙহাক মুংহাইরিডৈ রথ চিংবা মতম য়োখি। লৈবাক হৌই য়াদে, নিংথৌপল য়াওনা হোৎনৈ য়াদে—খোংকৈ'মা লেংদে। য়োরে পাউ প্রভুগী নাকোং, অদোমক্তে খোংদোই, থাদোকহল্লে শামু লোইনা। কীর্তনেশিংদা পীরে থোরা, ইল্লে প্রভুনা মকোক থোংনা কাং। চৎলে কাং গোরোং গোবোং।

তবে মহাপ্রভু সব হস্তী ঘুচাইল।
নিজগণে রথ-কাছি টানিবারে দিল॥

আপনি রথের পাছে ঠেলে মাঠা দিয়া।
হড় হড় করি রথ চলিল ধাইয়া ॥

অঙকপনি চল-ব্রহ্ম, অচল-ব্রহ্ম—গৌর, জগন্নাথ অনীগী রথযাত্রাগী লীলা!

অমদি, ভক্ত ভগবান অনীগী কুম্মৈনি। নিংথৌ প্রতাপরুদ্র প্রভুগী চরণধূলি পাম্মি—কুইরে, কুইববনি। তকই, ওন্তে, সার্ব্বভৌমদা "দর্শন অমুক্তদি ফংহল্ল"। হঙ্গৎলি প্রভুদা সার্ব্বভৌম নিংথৌগী বা। "রাজদর্শন য়াদে সন্ন্যাসী" তাকপি প্রভু। "স্বত্থনি নংদি, ভক্তগীনি নশা" তাথরুই মতোল। লোকসংগ্রহগীনি, লোকসংগ্রহনা কল্লি তাকপি প্রভু। গতি লৈতে।

দর্শন ফংনা ফংনা ফংদে প্রভুগী দর্শন নিংথৌ প্রতাপরুদ্র। ঈথৌদি হেনগৎলকই নোংমা নোংমগী অম্নম'ম্নম। বাবৌবে ভক্ত নিংথৌ মবুক্ত।—

পাপী নীচ উদ্ধারিতে তাঁর অবতার।
শুনি জগাই মাধাই তেঁহ করিলা উদ্ধার ॥
প্রতাপরুদ্র ছাড়ি করিবেন জগৎ উদ্ধার।
এই প্রতিজ্ঞা করি জানি করিয়াছেন অবতার ॥

লাকপনি মাদি থ্রায় অতোন-অতাশিংগীদমক।
হনবিবনি মানা হায় জগাই মাধাই অনীমক ॥
লাকপা তাই অহুনদি বাশক্তি পুহনা।
লানবিরুগে জগৎ প্রতাপরুদ্রদং নত্তনা ॥

সোনথি মদোম-

তাঁর প্রতিজ্ঞা না করিব রাজ দরশন।
মোর প্রতিজ্ঞা তাঁহা বিনা ছাড়িব জীবন ॥
যদি সেই মহাপ্রভুর না পাই কৃপাধন।
কিবা রাজ্য কিবা দেহ সব অকারণ ॥

নিংথৌ কৌবা উন্নরোই 'সিনি প্রভুগী বাশক
ফরে ঐগীনা থাঅনি থরায় 'সিনি বাশক ॥

মহাপ্রভুগী থৌজাল লনগু ফংঙমগ্রবদা।
কৈদৌননি রাজ্যনা দেহনবু ঐঙোন্দা॥

শীংলে ভক্ত প্রেম্না প্রভুবু—প্রেমগী অবতার। ইবে সার্ব্বভৌমদা পত্রী। সার্ব্বভৌম থ'ঙি তশেং নিংখোগী প্রভুগী প্রেম অমম্বং প্রেমগী দশা, থীরে থীনা ফুংশা। পত্রী হেক ফংবগা চেল্লে স্বরূপ, জগদানন্দনচিংবা প্রভুগী অন্তরঙ্গ ভক্তশিংদা। য়োরে পাউ প্রভুগী চরণ।

ঈশ্বরগী ঐশ্বর্য্য তরুক্লি। প্রভুত্বনা মকোক্লি। বিশ্বজগৎকী মপুনি। মহাক্তি অহুক মপুনি হায়বদ নত্তে, সর্ব্বে সর্ব্বানি—শীনবনি মানা লোইনবা। মথংনা পরাক্রম্নি—শক্তি। নৈতবনি করিমত মহাক্না তৌবা ঙমদবা। চঙদে অহুবু ভক্তদা ভগবানগী প্রভুত্ব থঙদে পরাক্রম। তোম্বদ থংঙি, শোম্বদ ন'ঙি ভক্তদাদ ভগবান।

কৌরি ভগবানবু অঙাং ওইহরিবা ধ্রুব বন্দা, "হে মিৎম্নাথম্বাল, কৈদা নৈবা, পন্বিরো ঐবু তম্বাক্তা ইপা শক্না অমুক্তা'। অনন্তশয্যা মৈ পোকই, লক্ষ্মীগী সেবা মৈ চুই, লাকই, "লাকএ ঐ ধ্রুব"। ধ্রুব পাঙদে মগিৎ "নত্তে নং মিৎম্নাথম্বাল"। নোকই মোমোন, পমথৎলি ধ্রুববু ভগবান কমলনয়ন। পাঁ'ঙি ধ্রুব মমিৎ, তৌজৈ নোকফেৎ, কোনশিঞ্জে—নপশিঞ্জে মশা নারায়ণদা। থিনবি মমাগী মনাক্তা, পীনৈ সিংহাসন, অরোইবদা স্বর্গগী লেঙদবা ফানখোং।

কৃষ্ণ ভগবান্নি, অবতার নত্তে অবতারীনি। পীব্রি সাক্ষী ভাগবত—

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বযম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥

মানি কৃষ্ণ ভগবানমক অতৈনা মশেক মঙাল ঙাক।
কল্লে জগৎ হিংচা-মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাক॥

পীরি সাক্ষী ব্রহ্মসংহিতাসু অহুম—

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণ-কারণম্॥

সচ্চিদানন্দই মশক্তি কৃষ্ণঃ পরমেশ্বরনি।
গোবিন্দ কারণ অপুম্বই কারণ অনাদি আদিনি॥

উৎলি বালকৃষ্ণ ঐশ্বর্য্য থেংথাং থেংথাং। চুপ্পি মথরায় দানবী পুতনাগী। লৌই মথরায় শকটাসুরগী। লোইথোকই ভরাই তৃণাবর্ত্তগী মপুনশি। তাদে'দুবু মাগী ঐশ্বর্য্যগী মঙাল মৈয়া যশোদাগী বাৎসল্যগী মিত্তা। মকথন মিট্টী চাওৈ উৎলি মৈয়াদা—

পন্নাইবা নঙ্গী জগৎতা।
মানি ঐদি পন্নাহদবা॥

উচৈ, তৌজৈ কদৌনি, নাচুংবিদে মৈয়াগী বাৎসল্য। লঙ্কেল্লি, কাঙলম চাদে পুনষৈ পুনবা ভমদনবা ঐশ্বর্য্য শান্নচনা য়েংঙি। মৈয়ানা ভমতুনা অতুম মপুনবি শুম্বন্দা। তৎলি অতুম মহাক্কী পরাক্রম, মঁাঙি অতুম মহাক্কী প্রভুত্ব।

রাশকই ভগবান বাসুদেব মহাভারতকী লান্দা "খুৎলাই কৌবা পায়রোই ঐ"। শাঁঙি, রাশকই ভীষ্ম পায়হনগনি অহল্লক। কায়, ভাকপা ভমদে ভগবান মশাগী রাশক। পাব অহল্লক। কবিগা পায়রোই! ভীষ্ম কাউবা লৈতনা থঙনা মহাক্তবু নীংবা ভক্তনি থোইথোইবা ভগবান মশামক্না মুংশিজৈ হায়না বাগী শীনবা।

তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তি র্বিশিষ্যতে।
প্রিয়ো হি জ্ঞানিনোহত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ॥

গীতা

মথোই লক্তা থোই জ্ঞানীনা চেৎনা কাউবা লৈত নীংবা।
মুংশি ঐবু চেৎনা জ্ঞানী মুংশি ঐস্ত মাবু'দুম্মা॥

ভাখি মীনম্বম্ব ভগবান লানফম'সিমক্তা ভক্ত মচীম্মনাও মঙাগী মঙ্গলগীদমক—
অশ্বত্থামা হতঃ।

চঙি নারায়ণ প্রহ্লাদগীদমক মুম্বী মঙ্গং, লৌই অকিবা শক্তম, তৌই অকিবা লালাউ। মুম্বী মঙ্গং খুম্লগী অরাবা থাঙবদ নক্তনা অকিবা থোল্লাউতুনা ব্রাহ্মণীগী

গর্ভ কায়বগী শাপস্থ অহুম চায়। অসিভাক্তি ভগবানগী দশাদি। স্থুলান্তর-প্রত্যন্তর-গোচর লোইনবা ভক্তনা পুবনি। দশা তাবদ থংবনি ভগবান ভক্তগী মহাকথং মতুংলাং।

কিরে প্রভু ভক্তগী রাশক্তা, নোপথরে মশা মশাগী রাশক্তা, চঙবা হৌরে প্রতাপরুদ্রদা। থারে বহির্ব্বাস থৌজাল শক্লা। কৌরে নোংমা নিংথৌগী মচানিপা, কোনবিরে মাবু।

আত্মা বৈ জায়তে পুত্রঃ

মপাগা মচাগা অমত্তনি হায়বা শ্রুতিগী মতুং ইন মপা নিংথৌ শক্লা।

রথযাত্রাগী চুমিৎ'ন। শিৎলি শেং'ল নিংথৌ মথক্তা শুমজিৎ পাযহুনা জগন্নাথ লেওথোক্লবা লম্বী লমশাং, চাইরি অমুক উৎফুল ফানবা মথূৎনা পুল পায়হুনা চন্দনগী ঈশিং। অহুক ময়াওবা নত্তে লৈবাক মীয়াম ফানবা। ভক্তদ ভক্ত'নিনা ভগবদ্ সেবাদা মথল্লায় মচকচাং লুপ্না হেক্ত হোৎনবনি। অচল ব্রহ্ম জগন্নাথগী সেবা উবদা পেনবিখি চলব্রহ্ম চৈতন্যদেব। ফংজখি ভক্ত প্রভুগী দর্শন সম্প্রদায় তবেৎমক্তা লেঙদন' যাওবা, অন্তরঙ্গ ভক্তশিংদনা উবা।

লোইব' নত্রি 'সিদনা। পীনরে ঙহাক্তী মঙ্গ'দা ভক্তদা সেবা। তুবৈ প্রভু প্রেমাবেশতা ভক্তগী মমাঙমক্তা। কাউ গ মশা প্রভুগী প্রেমদা ভক্ত, বিশ্বম্ভরধর নিতাইনা প্রেমাবেশতা ভাওরিবঁগে কোনথংখি প্রভুবু—মিৎশুদদি প্রেমগী ধারা। জ্ঞান লাকউে শাউশিন্নে প্রভু শোকপগী। অহুবু থঙ্খি বাসুদেব সার্ব্বভৌমন-চিংবা অন্তরঙ্গ ভক্তশিং পীনগদৌরে চরণ ভক্তরাজসিদা।

নিংথৌ সার্ব্বভৌমগী চাঁ-গোই মতু' ইন হেংলে ফিশেং। গুণ্ডিচামন্দিরগী বিশ্রামগৃহগী মচৌদা প্রভুনা ঙহাক্তং নয়ন য়াওনা পোথারিবঁগে পাদসংবাহন তৌখি। চরণ থৌগল তৌনা তৌনা শকথি গোপীগীত—

জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্রহি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাস্তয়ি ধৃতাসব স্ত্বাং বিচিন্বতে॥
শরদুদাশয়ে সাধুজাত সৎসরসিজোদর শ্রীমুষা দৃশা।
সুরত নাথ তেঽশুল্কদাসিকা বরদনিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ॥

বিষজলাপ্যয়াদ্ব্যাল রাক্ষসাদ্বর্ষমারুতাদ্বৈদ্যুতানলাৎ ।
বৃষময়াত্মজাদ্বিশ্বতো ভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতা মুহুঃ॥
ন খলু গোপিকা নন্দনো ভবানখিল-দেহিনামন্তরাত্মদৃক ।
বিখনসার্থিতো বিশ্বগুপ্তয়ে সখ উদেয়িবান সাত্বতাং কুলে॥
বিরচিতাভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্য তে চরণমীয়ুসাং সংসৃতের্ভয়াৎ।
কর সরোরুহং কান্ত কামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহং॥
ব্রজজনার্ত্তিহন বীর যোষিতাং নিজ-জন-স্ময়-ধ্বংসন-স্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো জলরুহাননং চারু দর্শয়॥
প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনং।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু ন কৃন্ধি হৃচ্ছয়ং॥
মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্যয়া বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধি করীরিমা বীর মুহ্যতীরধরসীধুনাপ্যায়য়স্ব নঃ॥

ভাগবত

পোক্রমন নংনা দয়িত কাজরি ব্রজ চৈ, হেল্লি লক্ষ্মীনা লৈতা।
থিরে কোয়না গুক্কে পীনরো দর্শন নহাকথং হিংজরবা 'থোয় সিদ॥
শরং-লাইজদা লৈশাং তম্বা থম্বালগী লৈয়োল ডমজবা মিৎস্বানিদো।
লেম্বা লাইশাং-চনবী 'থোই থরায় লৌখিবদো 'ফুনা হাৎপা শীং চল্লিদো।
কনবিরকই নংনা ঐথোয় খ্বাই অথোবা—মৈ ঈশিং হুগী ব্রাবদইনি।
নোং কুংশিং অকনবা বৃষ অঘা ব্যোমাসুর অতৈ কয়াদইতনি॥
নদে নংনি যশোদাই মচাদ থওবনি জগৎকী থম্মোই খুদিংমক।
ব্রহ্মানা নিজমল হেল্লবনি সাত্বত-কুল জগৎকল্যাণগী দমক॥
কিরু সংসার-মৈশা চঙজরবা নখোঙ-থা কোকপি নংনা বৃষ্ণিলে।
ঈংজরগে 'থোয় নানবিরবো কোক মঙ্গলগী খুবাং-থম্বান্না মাঙদা হেল॥
ব্রজবু কনবিহৈবা নোকপদনা নাপল থেক নরী নতা শুন্নিবা।
হেল্লবো মাঙদা ননাই গুইবী 'থোয়গী পীনরো মায়থোং থম্বাল উজবা॥
চংজবশিং চানবিহৈবা ষঙ্কেন-ষনঙাক পুবিবা লক্ষ্মীগী মবুঙো।
ঈংজরগে পীনরো খাদা হিনগী মতোক-নেৎলুবা নখোউ থম্বান্দো।

থাজক নঙ্গী জ্ঞানীফাও শুল্লবা হুংশিবা য়াডাঙদা হে অথোবা।
নাইশীং-চল্লবী 'খোয়বু কল্লু হুংশিনা চীঙ্লোক হে মিৎয়াথয়াল-মানবা॥

প্রভুনা নয়ন্দি পাঙবা তৌদ "থীয়ু থীয়ু হুংশিবে কনানো" চীঙ্গোয়রকখি। লৌথরকই ভক্ত শ্লোক মথং মথং, য়োৗরকখি—

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভি রীড়িতং কল্মষপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ ॥

শকই সুকৃতীশিংদনা নঙ্গী কথামৃত জগৎ শীন্না ফাওরিবা।
তাবদা মঙ্গলগী মশক মৈশা-মৈচাক-কোকপা কবিশিংনা শৈ পানবা ॥

মতাংসি হেক য়োৗরকপদা প্রভু প্রেমাবেশদা কোনথি নিংথৌবু "ভূরিদা ভূরিদা"। কাযথি অসুম প্রভু মশাগী য়াশক, ডাকথি ভক্তগী। তাকখি নৌহৌনা ভক্তগীনি ভগবান।

তরামাথোই

# গৌড় ভ্রমণ তৌবা

আসন বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোহনুযুগং তনুঃ।
শুক্লোরক্ত স্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ॥

ভাগবত

যুগ যুগ খুদিং তম্মি মশক মহাক্লিদি—চংলি মচু অহুমথক।
অঙৌবা অঙাঙবা নাপুনি—পোক্লরে হন্দক্লিমদি মুনা মশক॥

দাক্ষিণাত্যদগী হেক হল্লকপদগী বৃন্দাবন-দর্শনগী আশা অতুম তৌরবনি প্রভু। মন্থংদনা নিংথৌনা মপান্দনা সার্ব্বভৌম, রামানন্দ, কাশীমিশ্রন চিংবা ভক্তশিংনা নীলাচলদা লেঙদনা লৈহন্নীংবদগী য়ৈথোক য়ৈথোক থম্লকপনি। গৌড়গী ভক্তশিংনস্থ রথযাত্রাগী মতমদা লাকপা অহানবা খোঙভম অনীদদি নীলাচলদা চাতুর্ম্মাস্থগী থাবুম মরিমক চুপ্পা চুপ্পা লৈথবনা নীলাচলগী মখোয় ভক্তশিংগী মতেং পাংবদৌনা থোকখি। অমরোমদনা, ভক্তশিংনা পুল্লরিবঁ কীর্ত্তন প্রচার তৌনীঁঙি—তৌই রথযাত্রাদগী হৌনা থাবুম মরি মরিহু চুপ্পা হেক হেক। পষ্থ—পন্থবনি 'তুনা প্রভু। থেংখিবনি কীর্ত্তনগী নীংথিবা, পোকখিবনি প্রভুগী উদ্দণ্ড-নাচ পুন্সুভুম'সিদা। শকখি অতুনোং প্রভুগী মতম্মক্তী ভক্তকবি অনীনা—

মুরারি—(কড়চা) কীর্ত্তনং কারয়মাস স্বয়ং চক্রে মুদান্বিতঃ।
লিংথৎখি কীর্ত্তন য়াখি শরুক মশামক লুপখি প্রেমদা।

কবিকর্ণপুর—( চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটক )

রাজা—ঈদৃশং কীর্ত্তনকৌশলং ক্বাপি ন দৃষ্টম্।
সার্ব্বভৌম—ইয়মিয়ং ভগবচ্চৈতন্যস্য সৃষ্টি।

রাজা—কীর্ত্তনগী মওংসে উথিদ্রি কৈদম্ম 'মুক্ত।
সার্ব্বভৌম—মানি'সিদি ভগবান চৈতন্যদেবৈ সৃষ্টি।

অহুমসুবা খোঙভমদদি ভক্ত অয়াম্বগী গৃহিণীশিং, চল, অচল ব্রহ্ম অনীগী দর্শনগী য়াওরকখি। অতুনোং পষ্থখিদে মখোয় হান্নগী মতম, রথযাত্রা হেক লোইবগা হন্নজ্রে অতুম ময়ুম ময়ুম। প্রভুগীনা কীর্ত্তন-প্রচার রথ অহন্নক্লিদা

মপুং নীংথিজনা ফারে। রায় রামানন্দ, স্বরূপ দামোদর—পার্ষদ অনীদস্থ প্রেমোন্মাদগী মতমদা থওনহৌরসহ জগৎনা মতা তাকপিরে কীর্ত্তনগী মাহাত্ম্য—

চেতো দর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নি নির্ব্বাপনং
শ্রেয়ঃ কৈরব-চন্দ্রিকা বিতরণং বিদ্যাবধূজীবনং।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী শেল ময়েক শেংবা তাইবংগী লমজাউ লম্মৈ-মৈচাক মুৎপা।
য়াইফ-থারিক মঙাল তাবা বিদ্যা-তালোয়নবগী থবায় ওইবা॥
হুডাইবা-ঈপাক ঈকাবা থোঙথাং খুদিং অমৃত চীনরায়নবা!
পুক্নীং হকচাং শান্দোংজবা শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তন্না ওইরিদো জয়॥

ভক্তশিংনা ওস্তা হনখিবগা কীর্ত্তনগা মরা তাগুম তৌরবগা কোক্লে প্রভুগী অপনবা অচৌবা মা, কোমস্থ কোম্লে উনগোই। লেপ্লে হৌজিক্তি প্রভু, "তৌরগে বৃন্দাবন-যাত্রা"। ভক্তশিংনস্থ য়ৈথোকপদ থংতুনা লৈরবনিনা অমুক য়ৈথোকপা য়ৈথবা ওয়ন্দ্রে।

বিজয়াদশমী হুমিৎনি, তৌরে যাত্রা প্রভু। গৌড় ফাওদুনা চৎকদবনি। পল্লে হুমিত্তু অহিং ভবানীপুরদা। য়ৌরক্লে রায় রামনন্দস্থ তুংথ-মাংথ অদুম। লোংডাল্লে। অমুক্তা ভুবনেশ্বর য়ৌরে অদুম। সাক্ষীগোপাল দর্শন তৌরে। স্বপেশ্বর মিশ্রনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌই, ভক্তশিংবুনা রায় রামানন্দনা তৌরে। ভিক্ষা লৌরবা তুং কোক্নংগী মপালগী লৈকোন্দা পোথারে। রায় রামানন্দনা পাউ পীরুবদগী নিংথৌ প্রতাপরুদ্র মথোঙডাক চেম্থোরক্লে চরণদা তুররে। ভক্তগী দৈন্যদা পেনবিথি প্রভু, কোনবিথি ভক্তবু চেজেৎ মথাদা। শ্রীনয়নদগী শিম্বরকপা প্রেমগী ধারানা ঈফুবগুম থোকথি ভক্তদা।

ভক্ত নিংথৌ রাজ্যগী থুনগং খুদিংদা প্রভুগী সেবাগী পাউ থারে, "শঙ তরেৎ নীপাল সাগনি, ভিক্ষাগী পোৎলম মরাংকায়না থমগনি, তুরেন লান্নবা হি লাক্কনি মী অনী অনীনা অহিং শক্কলি। স্নান মফম মফম নুং য়ুংগনি—মহাতীর্থনি, অশিবা পূন্নমক তীর্থদুদা পূণ্যগী স্নান তৌগনি"। হরিচন্দনগা

মকন্নাক্তগা রাজপাত্র অনীবুস্ত থবক মরম লোইনা য়েংশিন্নবা থারে। রামানন্দবুনা প্রভুগী থোংগলদা থারে।

সন্ধ্যাদা চিত্রোৎপলা স্নান তৌরে। অহিংদা থাবলগা লোয়ননা হিদা চৎলে, য়োরে অমুক্তা চতুর্দ্বার। প্রাতঃকৃত্য হেক লোইবমক্তা নিংথৌগী য়াথংনা পরিছানা থারকপা মহাপ্রসাদ অতুম থুংলরে। সার্ব্বভৌমগা গদাধরগা অনীবু বিদায় তৌরে, কারে তন্না হিদা অমুক প্রভু। রাজপুরদা লোয়নরকপা রাজপাত্র অনীবু তৌরে অমুক বিদায়। রেমুণাদা ক্ষীরচোরা গোপীনাথ খুরম্লে। মফমসিদা তৌরে রামনন্দবু বিদায়। সার্ব্বভৌম, গদাধর, রায় ভক্তশিংথো— মথোয়গী বিদায়গী মতাংশিংসিদি দুঃখান্ত নাটক্কী অরোইবা দৃশ্যগুক্নি।

য়োরে হৌজিক্তি ওড্রদেশগী ফিজীল, হোরে যবনগী লমথৈ। মফম অসিদা যবনগী গুপ্তচর থর থেংনৈ। মথোয়না প্রভুগী রূপ গুণ কুত্তিগী তারকপা কুইরক্লবনি। হৌজিক্তি মমিৎকা মনাকোংগা রাথৈনরে মায়া মাকসনি, অশেংবা লাইপোক্নি—মী নত্তে, থল্লবগুম তৌবরা, তুখি প্রভুগী চরণদা। মথোগগী মরাদগী ওইবা তাই, ওড্রগী রাজ অধিকারীনা মতেংগী শীনফাম্রিডৈ নবাবকী মতেং অতুম লাক্লে। রক্ষী হিবোৎ তরাগা কোম্রনা হি অতুম লাক্লে। লমথৈগী অরোইবা পিছলদা ফাও থিল্লে।

পানিহাটী যৌবদগীদি রাঘবনচিংবা ভক্তশিং উনবা হোরে প্রভু। কুমার হট্ট, কুলিয়া অসুম মথং মথং ভক্তশিং থেংনা থেংনা লাক্লে। খুনগং খুনগং খুদিং দর্শনগী লোইনা হেক্ত ফুদোক্লবকপনি, দর্শন হেক ফংবদা "হরি হরি" খোজেন্না থক থা থানা মায়গৈ তরা অতুম পুম্নিন্নি। যৌরকখি অসুম শান্তিপুর— অদ্বৈতাচার্য্যগী গৃহ। থায শচীমাতাদা পাউ।

থুরম্মি প্রভু মাতৃচরণ। কাউই শচী মচা নত্ত্রে, কোল্লি "ইমাগী নিমাই" চেজেৎ মথাদা। কপ্পি—কাপ্পি পিগী পিচকারি মিকুপ খুদিং। চোৎলি মশা চোৎলি প্রভু। থওদে অঙংবরা অশাবরা কাপ্পিবা পি! মচা নৈনা নৈত্রবী মমানি, অমুক উবগী আশা তৌত্রবী থম্মোইনি, মচানা মুখাগ্নি তৌররোই কিবনা মিকুপ খুদিং তথুক্রবী ব্রাহ্মণীগী থবায়নি। চহী হুন্দ্রুতরাগা নীথোই হায়রবী কনা হম্না য়েংবদা উত্রবী, তরক রানা হিংলবী হুজা পুনশিনি। কনানা থওলুনি

মহাক্কী পিগী অচিক অশা ! থাদোক্লম্মি মমা ভগবান শঙ্করাচার্য্য অশাগী চহী নীপান্দা ; ৱাশকখি মমাগী অরোইবা মতাং চানা লাকনি, তৌরনি লোইনা মমাগী অপাম্বা খিবিক। ফাওখি মচীন্দা নোংমা মমাগী থোল্লাং মনম। লাকখি অতিৱামার্গদা মমা থেংনহৌনবা থল্লম থা অহমগী লম্বীদা মহাক্কী শিল্পশিং। পীখি মমাদা শিবগী দর্শন অহানবদা, মথংদনা ইষ্টদেবতা মহাবিষ্ণুগী, তৌখি মখুৎমক্লা মুথাগ্নি। কদায় শচীমাতাগীদে! প্রভুদনা থঙি।

চৎলে রামকেলি। দর্শনগী মীনা ঈথক হৌই। যবনগী রাজ্যনি--কোম্ভং লম্নি, যবনশিং ইথক থক্লে "করিনো, করি মতৌনো"। নবাব হুঁসেন শাহ মশামক পাউ তাবদা থুক্রুবরা থঙদে থর, লোই মঙ্গং চনবা থাজবা মীশক শিংদা পাউ। অদুবু, উৱবম্ব উদ্রবস্থ প্রভুগী গুণ তাবদা মথম্মোইদা প্রেম ভক্তি থরগীমথৈ পোক্লবা ঙাক ওইনা তৌবনা প্রভুগী থোঙফমদা থোইনা অপনবা থোক্তনবা রাঙাঙ ঙাক্ত ঙাঙনখি। ফাখি অস্থম নবাবকী মবুক।

হন্দক চৈতন্যদেবনা থোঙদারকপদা প্রেমনংলবা গৌড়ভুমিদা প্রেমগী ঈহৌ অমা পোক লৈকোয় থুংনা ঈৱায়খিবগী পরেংসে কবিরাজনা নীংথিজরবা শ্লোক অমনা শকই স্তুত্র ওইনা অদুম।

গৌড়ারামং গৌরমেঘঃ
সিঞ্চন্ স্বালোকনামৃতৈঃ
ভবাগ্নিদগ্ধ জনতা
বীরুধং সমজীবয়ৎ।

লৈগী কোম্নি গৌড়গী কোন।
খিক্লি থোজাম্লোং গৌর-নোং॥
হিংলি নৌহৌ লৈপাল মতম।
তাইবং-মৈফংলুরবা লম॥

মফমসিদনি প্রভুনা উন্নখিবা অমরগা সন্তোষগা মচীম্মনাও অনী—তুং-লমচৎকীনা সনাতনগা রূপকা থোইখোইবা গোস্বামী অনী। মখোয় যজুর্ব্বেদী ব্রাহ্মণনি। লাইরিক লাইক্ত হৈবেদ নত্তনা মরোশিং য়াম্না লৈবঙাক্লি। মখোয়

মশাগী মঙ্গলতনা নবাবকী মিৎয়েং চিংখিবনি, লৈবাক্লিংথৌ-পন্দা অচৌবা ফম পায়দুনা সাকরমল্লিক, দবিরখাস হায়না কাওবনি।

মথোয় বৈষ্ণবনি—কৃষ্ণ ভক্তনি। প্রভুগী গুণ তাবদা আ মমাঙদগী হৌনা প্রভুদা দৈন্য-পত্রী হেক হেক ইজরকপা মীওইনি। প্রভুনা মবুক খঙদুনা রাজ-কার্য্যদা লৈরবস্থ ঈশ্বরসাধনগী উপদেশ মমন্নাইদ্রবা শ্লোক অমনা তৌবিখিবা ভক্ত ওাক্লি।

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু।
তদেবাস্বাদয়ন্ত্যন্তর্নবসঙ্গ রসায়নম্॥

মুংশিনব—লৈবী মুপী নোম্না নোম্না ইমুং-থবক।
চুপ্নি মুংদা অনৌবা নুংশিবই রস'তুম কাউদে থক॥

যোগভ্রষ্ট ওাক্লি মচীম্নগাও অনীমক। ভগবদ্‌সিদ্ধিগী লাকপনি। চেন্নকখি মশক লোক্ত্ৰনা অহিংদা, খুরম্লে প্রভুগী চরণ। ফংখি প্রভুগী কৃপা, ককখি থুনমক সংসারগী য়োহ্লিং-ফলাং জগৎনা ককওমদবা।

হল্লমদাইগী রানি, য়েংভি সাকরমল্লিক প্রভুগী শীংনাইদবা থৌগলশিং উতুপ তাগুম তারিবা অহিংগী লমজাউ লম্পাক থুংনা পরেং পবেং, ওকখি—সোনখি মদোম, "নত্রে 'সিদে বৃন্দাবন-থোঙফম"। হঙৎখি প্রভুদনা "খুরপ লেঙথোকপনা ফনি, যবনগী খুভম্নি—মকোন্নি"। "চুম্মিনা সাকরমল্লিকী রাসে" হায়বগুম্বা রাখলমা পোকখি প্রভুগী পুক্নীংদা। "বৃন্দাবন্দি যোংনা চৎপা য়ার-য়োই, মী অমত্তং করিদং লোয়নদুনা লোন্না চৎনবা য়েংবা তারে, তোক্লগে হন্দক্তি" লেপখি প্রভু।

নোংঙাল্লে। তুংওইনরে নাট্যশালা। তম্লে অমুক শান্তিপুর। তৌবে বিদায় লোইনা থৌগলশিং মথং মথং মথোই মথোই খুনগং ময়া ময়াদা। পল্লে শান্তিপুরদা হুমিৎ শীংবুম থরনি। উন্নখি সিদসু ভক্ত অমা—তুংলমচৎকীনা রঘুনাথ দাস, ছয়গোসাঞিগী মীকোন্না।

গোবর্দ্ধনদাস কায়স্থ ফুংগাদা পোকপনি, ছিবণ্যদাসগা পোক্নিন্নবনি। মথোয় সপ্তগ্রামগী মজুমদারনি, নবাবীগী সামন্তনি। সনারূপা লন-থুমগী মখল্লা পানবনি।

রঘুনাথ দাস মজুমদার গোবর্দ্ধনদাসগী তাঙনা পোকপা মচানি। ময়াইফ-কোন্দা পোক্‌না লন-থুমগী মথক্তা চাউরবসু মশাদা সংসারগী বিরাগ অমা পুতুনা লাকপা মীওইনি। অদুদা অমুক্তা ব্রহ্মহরিদাস শম্নবদগী বিরাগসু হেনখি, প্রভুগী চরণসু থৌরাংখি। প্রভুনা শান্তিপুর থোঙদারকপদা হরিদাসনা পুশিন্দুনা চরণ খুরমখি। অদুদগী হৌনা প্রভুগী দর্শন ঊখৌ লাংখিবনা মমুমদগী নীলাচলগী হেক হেক চেল্লি। অদুবু, মপানা খুৎ কনবনিনা ইতস্ততনা ফায়। মমৈদদি পাইক মরি, মনাই মরি বামোন অনী—মীকোক তরানা শেন্দুনা থমখি।

প্রভুনা রামকেলিদগী শান্তিপুরদা অমুক পল্লবদা রঘুনাথ মপাদা হায়জদুনা প্রভুগী চরণ অমুক খুররম্লে। প্রভুগী য়াথংনা মমুমদা লৈতানা মতম থর লৈখি। চহী থরগী মতুংদা প্রভুগী নাক্তা চেল্লকখি। চহী নীপাল প্রভুগা কোন্ননা লৈরবা তুং বৃন্দাবন্দা চৎলি প্রভুগী য়াথং মতুং ইন। ঙসি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়না বৈষ্ণব সম্প্রদায় মপুং মরিদা অমা তন্না থোই মঙাস্তবা সম্প্রদায় হায়না লেপ্লিবসিদা যড় গোস্বামীগী অন্যতম রঘুনাথ দাসজীগী অবদান শরুক চাউনা অদুম ময়াওরবনি।

লোরে প্রভু শচীমাতাগী বিদায়, নিবে য়াথং বৃন্দাবন দর্শনগী; তৌরে বিদায় ভক্তশিং পুন্নমক, হুল্লে থোঙদোই নীলাচল তম।

ওড্রদেশ ভগবানগী লেঙদবা খুভম্নি। মহাপ্রলয়গী একার্ণব সমুদ্রদা মহাবিষ্ণুনা অঙাং অপিথক ওইনা শনাথোংনাং মনাদা থোঙবী চুপ্তুনা শান্নবা পুণ্যভুমসিদনি। যুগশিংদা মহাবিষ্ণুগী সেবা মীনা হুংথিল লাইনা অহিং কায়দনা চৎলকপা ক্ষেত্রনি—মহাতীর্থনি। ইন্দ্রদ্যুম্নগী তপস্যানা কলিগী প্রথম সন্ধ্যাদগী অচলব্রহ্ম জগন্নাথনা পাল্লকপনি। হৌজিক্তি চল-ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগা অমুক থোমজিল্লে, লোইরে অদুদদি, ওইরে অদুম হান্না ওইরকপগী ওইরকপা বৈষ্ণব জগৎকী ময়োন্দ ময়োল। সংকীর্তন্না জগন্নাথগী মন্দিরদা তৌই হুমিৎ খুদিং নামপ্রচার। থকই মীপুম খুদিং নামামৃত, নত্তে মীদ, থকপনি অদুম অচচ্চত্ত জীব পুম্বসু লোইনবা। অদুদা অমুক্তা, প্রভুনা গৌড়ভ্রমণদা হঙৎ হন্দা লেঙলে, লোইরে খেংলে অদুম নামগী ঊহৌ। লমথৈ রাংমথু লাল্লবনি, থংনবা যবন রাজ্যফাও ঊরায়রবনি থরগী মথৈদি। অমরোমদা অমুক গৌড়দসু অদুমপ্রায়।

হান্না থর থর মতাং মতাংদা অতুম হেক হেকপু কাওরবনি। প্রভুগী ভ্রমণদা নিপা দুপী—অণ্ডাং থওদে অহল, লোইনা হেক্ত ঙাওবনি দর্শন্দা সোনবনি মীপুম খুদিং ঙকপদগী "হরি হরি", তৌজবনি মশা মশানা অতুম নামদীক্ষা।

অহমেব ক্বচিদ্ব্রহ্মন্ সন্ন্যাসাশ্রমমাশ্রিতঃ।
হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরান্॥

উপপুরাণ

লৌনি ঐ সন্ন্যাসধর্ম্ম কলিগী মতাং অমদা।
য়েন্নি ব্রহ্মণ হরিভক্তি পাপ-চারবা মীওইশিংদা॥

# বৃন্দাবন দর্শন চৎপা

## ( অহানবা শরুক )

রাধা কৃষ্ণ প্রণয়বিকৃতি হ্লাদিনীশক্তিরস্মা-
দেকাত্মানাবপি ভুবি দেহভেদং গতৌ তৌ
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং
রাধা ভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম ॥
স্বরূপ গোস্বামী ( করচা )

কৃষ্ণ প্রেম মশক্তি রাধা, মানি মাদি হ্লাদিনী শক্তি।
মশা 'মত্তনা নৈদা প্রেম লীলানা থোকখিবনি অনী ॥
পূল্লরে 'মুক অনীদো চৈতন্য কৌনা হৌজিক্লিদদি।
রাধাভাবকান্তিনা নীংথিরবা হে কৃষ্ণ নোঙবি ॥

হল্লক্লে প্রভু গৌড়দগী। হল্লকপগা তন্না বৃন্দাবন খোঙসেঙনীংবনি। য়াদ্রে, ভক্তশিংনা থাম্লে। পম্বরে থাবুম থব—নোং লোইবা ফাগুনি। নোং হেক লোইবগা নোংমা অহিংগী মতম নৈরিঙৈ লোন্না খোঙশাল্লে। স্বরূপ, রামানন্দনচিংবা মস্তংগী ভক্তশিংনা শীঙ্গুনা বলভদ্র ভট্টাচার্য্যগা মহাক্কী সেবক অমগা মীকোক অনীদংদি খোগল ইল্লে।

ঝারিখণ্ড ফাওই। চীং মান, তু খোং, উমং রামং, অঙকপা বন ঙাক্তগী লম্নি। খোংনৈ শা, কৈ, লমওক, লমষণ, শামু নোংশা কয়া কয়া। প্রভু উবদা তেঙ্গুম তৌই হেক্ত মবুক—লমজায় তন্না লম্বী। শুক্লে মীহিংচা পরেং পরেং শাখি-শাখিবা ঙাক। পেৎকুম তৌই হেক্ত মবুক মখোয়সু। তম্মি অতুম হুংশিনা হৈ নৈ খুদোল। অমম্মোমদনা, প্রভুনা ভাবাবেশদা ইঙাউ ঙাওই। চীং উরে, গোবর্দ্ধন্নি; তুরেল উরে, যমুনানি; বনগী নীংথিজবা শরুক অমা থেংনরে, বৃন্দাবন্নি হেক্ত পুই তাব প্রভু, সাই জগোই প্রেমাবেশদা, শকই—সোল্লি।

বৃন্দাবন বিলাসিনী
শ্যামকণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে!

জগোইগী ঈপোমদা, ইশৈগী ঈথক্তা ফাওই তম্না হেক্ত শরক্তা ঋতুনিংথৌ বসন্ত। অকোয়বগী হৈপাল লৈপাল অপূর্বা তম্মি তম্না হেক লৈশাং লোইনব'। থকচৈ ভট্টাচার্য্য মম্মিং থুম্না প্রভুগী অঙকপা লীলা, চুপচৈ পেনবা লৈত লীলাগী রস। তৌই থোগল সেবক শুণাইবা মণ্ডলান্দা মণ্ডলোন মথং মথং মঙ।

য়োরে প্রভু কাশী। শুমিং য়ুংলমদাইনি, তৌবে স্নান মণিকর্ণিকাঘাটতা। স্নান্দা থেংনরে অরিবা ভক্ত অমা। তপন মিশ্রনি। প্রভুনা বঙ্গদগী কাশীদা ময়ুম শুপ্না লৈরু থাখিবত্তনি। মহাক্না চিংতুনা বিশ্বনাথ, বিন্দুমাধব দর্শন তৌরে। ভিক্ষাস্থ মাগীদা লোরে। চেঙ্গরে চন্দ্রশেখর বৈদ্যস্থ। তপনমিশ্রগুম্বনি, খুরম্নরে প্রভুগী চরণ। ভক্ত অনীগী মনীং থুংনবা পল্লে শুমিং তরানিমুক কাশীদা অতুম।

কাশী জ্ঞানগী লম্নি, মুক্তি ভক্তি, মক্ত মশাদা ভক্তিগী মবীক্তা। চন্দে প্রভুবু সন্ন্যাসী শীংদা অশেংবা, কৌই ভাবনা পূবা মাযাহৈবা মী।

সন্ন্যাসী নাম মাত্র মহা ইন্দ্রজালী।
কাশীপুরে না বিকাবে তার ভাবকালি॥

মিংদ সন্ন্যাসীনি মায়া শীনা হৈবা মীনি।
শিৎলোই কাশীপুরসিদা মাই ভাবনা সাবা হী॥

লাক্কোড়ুনা থোইনা মী। অমক্তুংদদি, মারাঠী ব্রাহ্মনি, প্রভুদা মথক্লায় লুখি। হংলৈ ম্মানা নোংমা প্রভুদা।

ব্রাহ্মণ—কুলপতি প্রকাশানন্দসি সরস্বতীনি। চুম্নগীদবু নত্তে, সরস্বতী মশামক মাগী লৈয়েংদা ফম্মি হায়নবনি। অতুবু, প্রভুগী নাম হায়বদা অহানবা অক্ষর কৃষ্ণ হায়বসি হাগবা ওমদে, অনস্তবা চৈতন্যদ মহায়। অহম্নক্তি মহাক্না হায়গে হোৎনবা, ওমদনা অতুম তোক্লবনি, অঙকপনি—

প্রভু—উম্ তক্রন্থ। মখোয় বৈদান্তিকি মায়াবাদীনি—ব্রহ্ম, আত্মা, চৈতন্য হায়বসিদ মশূবনি, কৃষ্ণবিরোধীনি। অদুনা মরৈনা থৎপা থোক্তবনি "কৃষ্ণনাম"।

মী ঐখোয়গীদি মিংগা শক্তা মান্নদে।
হক্তা মিগা অনীস্থ অদুনি অদুম॥
কৃষ্ণগীদি নামগা স্বরূপকা থেন্নদে।
বিগ্রহস্থ চৎলি 'মস্ত ওইনা অদুম॥

কৃষ্ণদি ভগবান্মক্লি।
সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্নি॥
নাম রূপ বিগ্রহস্থ'দুনি।
মাই কৃপাদনা থগুবনি॥

কৃষ্ণই লীলারসদি পূর্ণানন্দনি।
ব্রহ্মানন্দ কৌবদুদগী হেনবনি॥
চিংভি'দুনা ব্রহ্মজ্ঞানীশিংগী থম্মোই।
হুবনি'দুনা আত্মারামশিংগী উনগোই॥

সোল্লু নাম, খুরম্মু বিগ্রহ, নীংসংউ স্বরূপ, তৌ মাগী গুণ অমস্থং লীলা কীর্ত্তন—ফংনি রূপা, কৃপাগী মশক্তি ভগবান।

লোরে বিদায় ভক্তশিংগী, তম্নে হৌজিক্তি মথুরা। পল্লি প্রয়াগতা হুমিৎ হুম্নি। ত্রিবেণী স্নান, মাধব-দর্শনগীনি। প্রয়াগতগীদি মফম অমমদা থোইনা পল্লুবা তৌদনা তকশিল্লে অদুম মথুরা য়ৌনবা। য়োরে হুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা। বিশ্রামঘাটতা স্নান তৌরগা কেশব দর্শন তৌই। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা ঙক্লথি মীপুম খুদিং। থোওইনা কৌশিল্লুবগুম হাজিন্নরকখি নিপা, নুপী চাম্মা চাম্মা; থোকখি মচীন হৌনবদোনা, "লাক্লেদনা কিষণজী লানবিরগে জন্মভূম মথুরা"।

থেংনৈ মন্দিরসিদা সনোড়িয়া ব্রাহ্মণ অমা। তুংইন প্রভুগী জগোই সাই মাম্ন জগোই, তুংইন প্রভুগী হুঁকার তৌই মাম্ন হুঁকার—শিষ্যে তৎপা নৈত

মমিস্তা পি। হৌনবদা থওলে মহাক বৈষ্ণবনি, মাধবেন্দ্রপুরীগী সেবক্নি। ঈশ্বর-পুরীগী গুরুভাইনি থওবদগীদি প্রভুনা মহাকপু গুরুগী থাক্তা থম্না চৎলি। মহাক্নদি প্রভুগী অঙ্গ হুনা ফজবা মফজ অওকপা প্রেম উবদা লাইঃপাকনি খল্লবনা কিনা চৎলি।

সনোড়িয়া পতিত তাববা ব্রাহ্মণ শাগেনি। সন্ন্যাসীশিংনা মথোয়গী ভিক্ষা লৌনদে। প্রভুগী ভিক্ষা কৎনীংলে কৎনীংনা য়াদবনা মথন্নায় থীনা হুঙাইখিদে। উখি প্রভু। "মাধবেন্দ্র পুরীনা ভিক্ষা লৌবিগ্নবা নহাক্নি ব্রাহ্মণ, মহাপুণ্যবাননি নং পীনৌ ঐঙোন্দসু ঙসি ভিক্ষা" তাকপিখি, লৌবিখি ভক্তগী ভিক্ষা। "দর্শন হেক ফংঙৈ তাকখি আত্মানা ঈশ্বরনি নং, থওলে হৌজিক্তি তশেংবনি, চঙনি করম নঙোন্দা লৌকিক আচার" তৌখি নিবেদন, কৎখি মথন্নায় মহকচাং প্রভুগী চরণদা ভক্ত ব্রাহ্মণ।

কোয়রে প্রভু ব্রাহ্মণনা থোগল তৌদুনা ব্রজ চৌরাশ কোশ। ঘাট কুনগামবি স্নান তৌই, বন তরাগানীথোই কোয়, খুভম অশেংবা পূজা যৌই, মন্দির লোইনা দর্শন তৌই। শ্রীকুণ্ড অনীমক মুৎলম্লে। মতম্না কুইমনগ্রবনা মফমদ নক্তুনা মমিংফাও লোইনা কাউনরম্লে। প্রভুনা লৌফম অনীদগী ঈশিং থর থরনা স্নান তৌদুনা মাওগ্রবা কুণ্ড অনীগী মফম তাকখি।

প্রভুগী বৃন্দাবনদর্শন কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্নি। মথুরাগী দর্শন হেক ফংবদগী প্রেমাবেশকী থাক য়োনা অহুম কারবনি। অমকপা লৈতনা কজবা অন্নাৎপা লৈতনা নীংথিবা প্রভুগী শক্তমনি। প্রেমাবেশতা ভাববিকারগা লোয়ননা সোনবনি তৎপা লৈত—

বৃন্দাবন বিলাসিনী
শ্যামকণ্ঠের হেমমণি
জয় রাধে!

চৎলু চৎলুবা মায়গৈ, তারু-তারুবা মফমদা দর্শনগী মরাঙ হেক্ত হৌবনি। নিপা, হুপী অঙাং, অহল লোইনা হেক্ত হাদোক্লে—চীৎলু-চায়রু চরদে। প্রভুগী দর্শন হেক ফংবদা, অমনা হেক্ত, মথম্মোইনা তাকপরা থওদে, লাউই

"জৈ রাধারাণীগী জৈ"। চৎলি—চথৈ, চীঙ্খাং য়ৈনা মথং মথং "জৈ নন্দলাল" কী জৈ," "জৈ নন্দ বাপুকী জৈ," "জৈ জশোদা মৈয়াকী জৈ"……। লোইবা লৈতে—পুম্নমক নোংথক নোংখা। অদুকপা প্রেম প্রচারনি, অদুকপা নাম প্রচারনি, মশা মশানা নামদীক্ষা পীজবনি অদুম।

অসিগুম অসিনি, লৈরি অমা থোইনা ডকপা, থোইনা হুডাইবা কুম্মৈ। বন-পরিক্রমা, গোবর্দ্ধন-পরিক্রমাগীনি। প্রভুগী হুঁকার তাবদা যগবী যল্লাউ লোইনা চেঙ্খিল্লকই, প্রভুবু পুমকোয় কোয়না য়েংডি। হকথেংনবদি মবৈনা শৎ শৎ লেকই। প্রভুনা প্রেমাবেশগা লোয়ননা নাম সোন্না সোন্না চৎলি--মথোয় লোইনা ইল্লি। রথরালশিংনা য়াম্না রানা রানা থৎলি। থার্সা, শবেংশু অদুমডায়। চেঙ্খোরকই, অকিবা লৈতে; প্রভুগী নাক-য়েং, মাও তু ইকোয় কোয়না পৈরৈ; প্রভুগী খোঙদোই মতুং ইন রাংনা রাংনা চোং মশা খুপ্পা লৈনা হুংশিত্রা খাও মিৎকী কুম্মৈ হুডাইবা উত্তুনা অদুম ইল্লি। রাহোংনা উবদা জগোই সাই, চোঁঙা তেনরানা হুংশিনা খোংডি। লৈনা লৈরোল শাৎলি, হৈনা হৈরোল পাল্লি। ব্রজভূম কৃষ্ণগী ভাবতা লুপখি, মঙাগা লৈখি। কালিদহদা কৈবর্তনা অহিং মৈরা থাম্নুনা ঙা থোনবকাও কৃষ্ণগী দর্শন ওইনা থোকখি। প্রভুগী থোগল বলভদ্র ভট্টাচার্য্যনা পঙথবগী রারক নম্বোনখি। অদুকপা প্রভুগী লীলানি। প্রভুনা ঙাওই বৃন্দাবন্দা বৃন্দাবন্না প্রভুদা।

দর্শনগী ঈরাংনা নাম সোনবা য়াদে প্রভু, সোল্লি অদুনোং অচিক-অচিকপা মফম থি-থিহুনা মধ্যাহ্ন মধ্যাহ্নফাও, পী দর্শন অমমম্বা প্রহরদা হেক হেক। মতাং অসি কৃষ্ণদাসনা অয়াম্বা থোগল তৌই। ভক্তসি নৌনা লাকপনি, রাজ পুত্রনি। মপদা প্রভুগী দর্শন ফংবদগী লাকপনি, ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা প্রভুগী চরণ কোম্নুনা অদুম লৈরবনি।

নোংমা অক্রুরঘাটতনি; প্রভুনা নাম সোল্লি, কৃষ্ণদাসনা থোগল তৌরি। অপাইবা রাথম্না নোংথাংগুম ফাওখি প্রভুগী থম্মোইদা "ঘাটসিদনি নোংমা অক্রুরনা ব্রজবাসীশিংনা বৈকুণ্ঠ উখিবা"। লুপখি প্রভু ভাবাবেশদা যমুনাগী গর্ভদা—ফাওগৎখিদে। কৃষ্ণদাসনা পাখত্তুনা কপ্পকপদা তারে। ভট্টাচার্য্য

নক্কা নৈরমদুনা চেল্লকখি তন্না, লৌখৎখি প্রভুবু। পতন অসিদগী পোক্‌খি ভট্টাচার্য্যগী মবুক্তা অকিব'মা। লেপখি পুথোক্লগে প্রভুবু বৃন্দাবনদগী খুনমক।

লাইনা তন্বগুম মকর স্নান য়াম্না নক্লম্লে। স্নান্দা থোংদুনা প্রভুবু পুথোক্লে প্রয়াগতা ভট্টাচার্য্যা। লম্বীকাও যমুনা খোঙবাল চৎপা কিদুনা গঙ্গা স্নানগী গুইনা সোরোক্ষেত্র চৎলগা গঙ্গাগী তুখন ইন্না চৎলি।

সোরোক্ষেত্র-লম্বীদা পীর অমা—বিজলী খান কৌই, প্রভুগী কৃপাদগী মহাভাগবত অমা ওইখি।

প্রভুগী বৃন্দাবন ভ্রমণনা ব্রজমণ্ডলদা রাধাকৃষ্ণ উপাসনা নৌহৌনখি। লোকনাথ, ভূগর্ভ, রূপ, সনাতন, গোপাল ভট্ট রঘুনাথ ভট্টনচিংবা খুমাবা গোস্বামীশিংগী লম্বী নীংথিনা সেমখি। লাকখি তুংইন লৌহৌনা প্রেমভক্তিগী ঈহৌ, ঈন্নায়খি নৈকোয় খুংনা ব্রজভূম।

সোরোক্ষেত্রদগী গঙ্গাগী তোরৈ মতুংইন্না হুমিৎ কয়ানি লান্নবা তুং য়োরে প্রয়াগ। প্রভুগী রূপ, গুণ, প্রেমাবেশ উবদা মী পুন্নমক স্নানক্রিয়া, তর্পণ লোইনা কাউনৈ। অৱেবনা লেঙদে, অবাকপদি অসুম অসুম থোমজিল্লকই—চীৎলু চায়রা চন্নখ্রে। হান্না থঙবা মারাঠী ব্রাহ্মণ'মনা রানা হোৎনদুনা স্নান অমসুং দর্শন পরশন লোইরবা তুং ময়ুমদা ভিক্ষাগী পুরে প্রভুবু অদুম।

সন্তোষ, তুংলমচৎকী রূপ গোস্বামী, মহাক্কী চরশিংদগী প্রভু বৃন্দাবনদর্শন লেঙল্লে হায়বা পাউ অদুম তারে। তাবগা নবাবকী থবক থাদোক্লম লোন্না মনাও অনুপম পুন্না অদুম চেল্লক্লে। প্রভুনা প্রয়াগতা থুংলবা হুমিৎ'সিমক্তা থুংলরে মথোয়স্ত অদুম। মারাঠী ব্রাহ্মণগীদা তোররে দর্শন। মথোয়গী দৈন্য উবদা লেঙথৎখি প্রভু প্রেমাবেশদা, কোনথৎ'পখি নৈদগী, কোনখি চেজেৎ মথাদা। ভট্টাচার্য্যনা কৌশিন্দুনা পীনখি ভিক্ষা, ফংজখি ভক্ত মচীম্মনাও প্রভুগী প্রসাদ-পাত্র।

প্রভুনা মচীম্মনাও অনীগা প্রেমাবেশদা কৃষ্ণগী গুণ কীর্তন তৌদুনা হুভাই-মিন্নরিভৈ লাকখি কুলীন ব্রাহ্মণ অমা, বল্লভ ভট্ট কৌই। লাকপনি মহাক প্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎপা, উকখি উবদা প্রভুগী রূপা শকথঙদবা অনীদুদা। তমখি

ব্রাহ্মণচুদা অনীগী মপাউ। মখোয় অনীনস্ত খুরমথি মকোক লৈদ্ৰ। তা।
ব্রাহ্মণনা মখোয় অনী কোনখৎকে তৌবদা চীঙ্গোইরকই প্রভু "শোক্লু ব্রাহ্মণ, নংদি কুলীগ্নি, বৈদিক্লি, যাজ্ঞিক্লি, মখোয়দি নীচনি নীচকর্ম্মানি—মাংগনি"। অদুবু নামগী মাহাত্ম্য খঙলবা ব্রাহ্মণ কোনখৎপিথি অনীবু তন্না অদুম—মচীন্দদি শ্লোক,

অহোবত! স্বপচোঽতো গরীয়ান্
যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নাম তুভ্যম্॥
তেপুস্তপস্তে জুহুবুঃ স স্নুরার্য্যা।
ব্রহ্মানুচুর্নাম গৃণন্তি যে তে॥

ভাগবত

মচীন্দা নঙ্গী নাম পক্লবা মীদো
মানি খঙদে চণ্ডাল লাৎনঙাই কৌ'দো।
নাম সোল্লবা লীচৎ–চুন্নবশিংদো
তপঃ হোম স্নান বেদজ্ঞান হায় লৈরেদো॥

পেনখি প্রভু ব্রাহ্মণগী লীচত্তা, লোথি মহাক্কী নিমন্ত্রণ হয়াউ হয়াউ, পুক্কীং মকা থোইনা লাম। শকখি ব্রাহ্মণবু খাগৎপা ওইনা ভক্তিগী গুন—

শুচিঃ সদ্ভক্তিদীপ্তাগ্নিদগ্ধদুর্জাতিকল্মষঃ।
স্বপাকোঽপি বুধৈঃ শ্লাঘ্যো ন বেদাঢ্যোঽপি নাস্তিকঃ॥

হরিভক্তি সুধোদয়

লুনৈ জ্ঞানীশিংদা চণ্ডালফাও, কোক্লো পাপ ভক্তি–মৈদা।
লুদে'দুবু নাস্তিক্তি বেদ চৎলে চৎনা মখোয়দা॥

ভগবদ্ভক্তিহীনস্য জাতিঃ শাস্ত্রং জপস্তপঃ।
অপ্রাণস্যেব দেহস্য মণ্ডনং লোকরঞ্জনম্॥

হরিভক্তি সুধোদয়

ভক্তি–লৈতবগী জাতি স্বাধ্যায় জপঃ তপঃ পুম্বা॥
অশিবই লৈতেংগুম্বনি মিৎকী কুইমদ মওইবা॥

আউলী গ্রামদনি ভট্টগী য়ুম। লেঙলে প্রভু মনাইশিংগা লোইনা নিমন্ত্রণ মতুংইন। লৌয়ে ভিক্ষা। থুংবদগী লেপ্তে মী দর্শনগী লাকপা। পীনৈ প্রভুগী দর্শন। অরাকপা পূম্বা সোল্লি হেক্ত "হরি হরি", পীজৈ মশা মশানা নামদীক্ষা অতুম। মথোয়গী মরক্তা ব্রাহ্মণ অমা য়াওরকই, তিহু'ৎকৌনি, রঘুপ'তি উপাধ্যায় কৌই। মশা বৈষ্ণব কবিনি। মহাক্কী কৃষ্ণলীলাগী পদ্যাবলীদা প্রভুগী পেনবা থেংথি, শ্রীমুখনা মহাক্কী শ্লোক'মা থীনা থীনা প্রেমাবেশদা সাথি জগোই—

শ্যামেব পরং রূপং পুরী মধুপুরী বরা।
বয়ঃ কৈশোরকং ধ্যেয়মাদ্য এব পরো রসঃ॥

রূপ্তা শ্যাম্নি পুরীদনা মধুপুরীনি অথোইবা।
তৌগনি ধ্যান কিশোরগী আদিনা রস অথোইবা॥

উপাধ্যায়গী শ্লোক্তা হাপথি মথরায় প্রভু। অরাকপা পূম্নমক্তা থোকথি জাগ্রৎ মঙ্গল, সোন্নথি কৃষ্ণনাম। অঙকপা নামপ্রচারনি প্রভুগীদি।

পনথি প্রভু প্রয়াগ না হুমিৎ তবানি। মকর স্নানগীগা রূপকা শিক্ষাগীগা অনী পাননি তঙ্গিথি তরা'নি'সিদা চৌক্কা রূপ্তা ভাগবতকী সিদ্ধান্ত—কৃষ্ণতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্ব লোইনবা। তাকপিথি রামানন্দগী সিদ্ধান্ত থিবিকয় লোইনবা অতুম।

থল্লি ব্রহ্মাণ্ড জীবনা ওমদে থাবা মশীং।
লক্কা মবিফুমরিনি জীবই চঙ্গম মশীং॥
থোক্লো চাম্মা শৈন্ধ অমা থোক্লো 'মুক্কা চাম্মা
কুপ্পবা জীব থল্লি 'দুগা অক্লানি অক্কা॥

চৎলি জীব অনী থোক্লা অচৎপা চকুবা।
অচৎপদা থায়'মুক লৈ-তিয়া-ঈশিংদা তাবা॥
জীবশিংগী লক্তা য়ামদে মীনা থ্বায়দই মশীং।
থায়'দুদা ম্লেচ্ছ যবন কয়াম, য়াদ্দিবনি শীং॥

বেদ-চৎপশিংদা চৎলি থরদনা বেদ।
তৌই পাপ তৌদে পুণ্য য়েংলুদে থোইনা বেদ॥
ধর্ম্মচৎপশিংদা য়াম্মি কর্ম্মচৎপা মীনা।
কর্ম্মচৎপা কোটিদা নাইদো মশক জ্ঞানীনা॥
জ্ঞানচৎপা কোটিদা য়াওই 'মত্ত জগন্মুক্ত।
জগন্মুক্ত কোটিলক তাঙবনি কৃষ্ণভক্ত॥
চৎলি নিকাম থংঙু শান্তনি কৃষ্ণভক্তদি।
অশান্তনি ভুক্তি-মুক্তি-সিদ্ধি পাম্বশিংদি॥

ফংনৈ মীনা ভক্তি বীজ লাইবক ফনা পোক্পল।
গুরুকৃপা কৃষ্ণকৃপা তুংইন তন্না ফংমল॥
সাই মালী তাই মুংদা বীজ তৌই সুনা থোগাই।
শ্রবণ-কীর্ত্তন্না ঈশিংনি—পী তত্তনা ঈচাই॥
চোংঙি ময়োন চৎলি মরী ব্রহ্মাণ্ড য়াংমদা।
লাল্লি বিরজা ব্রহ্মলোক, কায় মহাশূন্যদা॥
তম্মিদো অতুদগীদি গোলোক-বৃন্দাবন।
য়েৎলুই ভক্তি কৃষ্ণই চরণ-কল্পবৃক্ষদা॥
লাম্মুই নৈকা তলাতুদা তন্নুই প্রেমগী হৈয়াং।
য়োকচৈ মালী শ্রবণ-কীর্ত্তন লাইজ ঈথিক থাঙ॥
লংঙু য়বা করিমুং বৈষ্ণবতা লোইয়ে অতুম।
অপরাধ-শামুনা নৈহৎলে মাঙলে অতুম॥

য়েংনি 'তুনা অপরাধ-শামু চঙদনবা।
য়েংনি ভক্তি লতাগীসু মশা লোঙদনবা॥
লোঙথোক্লো মশা ভুক্তি-মুক্তিনা চিং মশাদ।
ঈমরোই মশা ফল্লনি মাঙলনি মরক্তা॥
সেম্মু'দুনা ভক্তিলতা মথোঙ সোম মশা কক।
কাহল্লু মরী গোলোক বৃন্দাবন য়োনমক॥

ফংজনি মালী উরীগী লীরম ইন শ্রীচরণ।
চাজনি তৎপা নৈত কল্পবৃক্ষই প্রেমফল ॥
অথোইবনি 'সিনা মীগী তান্নডায় পুন্দা।
কদৌরুনি চতুর্ব্বর্গ 'সিবু ফংলবদা ॥

শুদ্ধভক্তিদগী, হায় পঞ্চরাত্র, পোকই প্রেম।
ভুক্তি-মুক্তি-আশা লৈরবা ফংদে কদৌ প্রেম ॥

সাধনভক্তিদগী পোকই রতি, রতিদই প্রেম।
প্রেমগী শক্লোন য়াম্মি পুই 'তুনা মিংথৈ য়াম্মা প্রেম ॥
স্নেহ মান প্রণয় রাগ হায়নম্ব চৎলি 'তুম্মা প্রেম।
অনুরাগ ভাব মহাভাব হায়নম্ব থঙনৈ 'তুম প্রেম ॥
স্থায়ী ভাবনিদোসে মথোয় লোইনা কৃষ্ণপ্রেমগী।
তিলো'সিদা পরেং লোইনমক অপাইবা ভাবকা ॥
থরুবর্ন থরুবা কৃষ্ণপ্রেমরসামৃত।
চারনি পূর্ণানন্দ থোইথোইবা আনন্দ ॥

থেনৈ মীগী রতি, চৎলি 'তুনা রতি মঙা।
চৎনি তুংইন ভক্তিস্ব রসম্ব মঙা মঙা ॥
শান্ত দাস্য সখ্য বাৎসল্য মধুর কৌই।
ভক্তিরসদদি মথোয়সিনা থোইথোইবনি ॥

শোন্লি মতু থীনা প্রেম অহং নৈবা মকমদা।
কাঁডি অহং শান্তদাস্যদদি করিক্লংদা ॥
সখ্য-বাৎসল্য-মধুরদনা তাইদো মশা।
শুদ্ধপ্রেমকাদদি চঙদে অহং কদৌক্লংদা ॥

শান্তইদি স্বরূপজ্ঞান্দনি চৎলি মাদি নিষ্কাম।
কৃষ্ণদ নীংবনি'তুনা মাদি থমদে অপাম ॥
তৌই দাস্য থরাগ হকচাং কৎনা কৃষ্ণই সেবা।
ঈশ্বরনি পীনবিনি লেঙদন্না চুঙাইবা ॥

সখ্যগীদি সখানি তৌই কৃষ্ণগী সেবা।
তৌহল্লি কৃষ্ণবুস্ত অতুম মশাগী সেবা॥
বাৎসল্যনা পুই কৃষ্ণবু মহাক মশাগীনি।
শেল্লি ঙাকই পীজে পীথকই ফুই চৈ য়াবকই॥
কোল্লি থঙ্ দাস্যনা শান্ত সখ্যনা দাস্য।
বাৎসল্যনা অহম্মক—থোইথোই'হনা বাৎসল্য॥

মধুররসনা তৌই মশা কৎনা সেবা।
শক্লে'হনা সেবাদা থোইথোই মধুরসেবা॥
পঞ্চতত্বনা পূনবগুম পৃথ্বীদা সুনমক।
পূল্লবনি মধুরদস্থ রস মঙামক॥

কোনবিরে হৌজিক্কি ভক্তবু প্রভু, তৌবিরে মশাগী শক্তিসঞ্চার, পীনবে বিদায় বৃন্দাবনগী; হল্লে থোঙদোই মশানা বারাণসী তম।

তরাহুমদোই

# বৃন্দাবন দর্শন চৎপা

( অনীশুবা শরুক )

হিরণ্যশ্মশ্রুঃ হিরণ্যকেশঃ আপ্রনখাৎ সর্ব্বা এব সুবর্ণঃ।

ছান্দ্যোগোপনিষদ্

কোই হায়বে ওাঙবা শম হায়রে ওাঙবা খুজিল খুয়াদই হৌনা
লোইনা ওাঙবা।

প্রভুনা বারাণসী হেক য়ৌবদা লাক্লে অদুম অমর সাকরমল্লিক্—তুংলমচৎকী সনাতন গোস্বামী। মনাও সন্তোষ দবিরখাসগা অনুপম ( বল্লভ ) গা অনী প্রভুগী বৃন্দাবন-খোঙ্গুল লৌখ্রে তাবদা মহাক্ন নবাবকী কারাগারদগী অদুম চেল্লকবনি। প্রভু লেঙথোরক্লনা বারাণসীসিদা পল্লি তাদুনা মায়কপনি অদুম খোঙ্গূল।

খুরম্লে অমর প্রভুগী চরণ। হুওাইরে প্রভুস্থ কল্লনি খুৎ বৈষ্ণব সমাজ, তাহৌরনি মরা চৎনা বৈষ্ণবধর্ম্ম জগত্তা মখোয় মচীমনাওগী প্রেমভক্তিগী মশুং; তাকপিরে মতোন্দস্থ মনাওদা তাকপিথিবগুম তত্ত্বপুম্বা হুমিৎ শাংবুম কয়'—

জীব কৃষ্ণই তটস্থশক্তিনি ভেদাভেদ।
মানি নিত্যদাস পোক্লবনি সেবাগীদ ॥
কৃষ্ণই শক্তি অহুম্নি কৌই চিৎ জীব মায়া।
কাউরো জীব কৃষ্ণসেবা লাক্লে মাবু মায়া ॥

বেদশাস্ত্র গুরু আত্মা পীনৈ জীবদা জ্ঞান।
ফংজৈ মখোই কৃপানা জীবনা কৃষ্ণগী জ্ঞান।
কৃষ্ণগী সম্বন্ধ প্রেম্নি চৎলি মিংনা ভক্তি।
ফংবনি কৃষ্ণ প্রেমভক্তিদনা—চৎলু ভক্তি ॥
জ্ঞান কর্ম্ম যোগ ভক্তি মরিদা থোই কায় ভক্তি।
পী পূর্ণানন্দ মাদনা গুমদে অতৈনদি ॥

খৈ শ্লোক্‌—

ন সাধয়তি তাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥
ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম্।
ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ॥
ভাগবত

ভক্তিগী মতম যোগনা ঐবু উদ্ধব পুনবা ঙমদে।
সাংখ্য ধর্ম্ম স্বাধ্যায় তপঃ ত্যাগনস্থ'তুমঙায় ঙম্মদে॥
তুংশি ঐবু সংশিং পুন্নি মথোই শ্রদ্ধাভক্তিদনা।
কোকচৈ চণ্ডালশিং মপোক্কী দোষ ঐগী প্রেমভক্তিনা॥

চথৈ—

ভগবান্নক্তি কৃষ্ণ ব্রজনিংথৌ মপারি।
মত্তে মাদি অবতার মানি অবতারী॥
সচ্চিদানন্দ স্বরূপ্নি কৌবনি গোবিন্দ।
মানি মহাক্তি থঁঙু অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব॥
থঙদে মাইদি শক্তি মশীং চাউই মতীক কয়াম।
শান্নে ক্ষেত্রনি বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ডশিং ময়াম॥
শকই জ্ঞান্না মাগী ইহ ব্রহ্ম চিৎ স্বরূপ্নি।
শকই যোগনস্থ পরমাত্মা চিৎস্বরূপ্নি॥
শকই ভক্তিনদি কৃষ্ণ পূর্ণ ভগবান্নি।
মানি'দুনা অংশ অনীমক কৃষ্ণনা অংশী॥
কৃষ্ণগী স্বয়ং রূপ্তা স্বয়ং প্রকাশ অনীনি।
গোপরূপ্নি অমদি হেল্লি ব্রজ—শান্নরি॥
মথল মথেন্নি কৃষ্ণগী অবতার।
পুরুষ 'হুন্নি অহানবা অবতার॥
য়াম্মি থাঙমদে মশীং কৃষ্ণগী শক্তি।
খোইথোইদো 'দুদা ইচ্ছা-জ্ঞান-ক্রিয়া শক্তি॥
পুই কৃষ্ণনা ইচ্ছাশক্তি শ্যাই মরুনি।
বাসুদেবনা জ্ঞান—চিন্নগী মপুনি॥

সংকর্ষণনা ক্রিয়া—তৌই মানা সৃষ্টি
পুই কৃষ্ণ'মুম্না শক্লোল শক্তিগী শক্তি ।।

সেম্মি গোলোক সংকর্ষণনা চিচ্ছক্তি তোং।
অতৈ অথুপ অফোং থিবিল্লা মায়া তোং।।

লৈ লোইনা শক্তিশিং অসে পরব্যোমদা।
চঙদে য়োদে মায়া মখোই খুডম সিদা॥
পোকই মখোয় খোঙদাই লৈ যুগ যুগদা।
চৎলি অবতারনি মখোয় জগত্তা॥

কুম্মি হান্না সংকর্ষণ পুরুষরূপ্তা।
য়াতাই কাবণসমুদ্র বিরজাদা।।
উমৈ'ত্তদা মায়া কায় হেদো প্রকৃতি।
পীনৈ থোইথোইবা মঙান্না জীবশক্তি।।

চোংথোক্লে হৌজিক্তি ফোংনা মহত্তত্ত্ব।
মহত্তত্ত্বদগী থোক্লে অহংতত্ত্ব॥
তত্ত্বশিংনা সেম্নে, শীংনাইদে, ব্রহ্মাণ্ড।
পুরে মহাবিষ্ণুনা লোইনা ব্রহ্মাণ্ড॥

মানি মায়া সৃষ্টিগী নিমিত্তকারণ।
প্রকৃতিনা মাতুগী উপাদান কারণ।।
শম্নে মায়া পক্তে থক মহাবিষ্ণুদা।
মায়াদা লৈনা লৈ লৈ অতুম রাংমদা।

লোইরে'সিদা পুরুষাবতারগী বা।
চথরসি মচান্দ কাঙ অতৈগী বা॥
মানি মৎস্যনচিংবা লীলাবতার।
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ গুণাবতার॥

যজ্ঞনচিংবা মথোয় তরাগা মরি।
শুক্ল রক্ত কৃষ্ণ পীত মচু মরি॥
কৌই যুগ মন্বন্তর অবতার।
সনকহোয়না শক্ত্যাবেশ অবতার॥

মা'নি কৃষ্ণ অসিনোং শক্তিদ শক্তি।
মপুং মকায় অপূনবা আদিদ আদি॥

তাই চৈ থৈ শ্লোকা 'মুক—

ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥

ব্রহ্মসংহিতা

মানি কৃষ্ণ থোইদ থোইবা লাই সচ্চিদানন্দই মশক।
অনাদি আদি জগৎ-স্রষ্টা কারণ পুম্নই কারণমক॥

লৌথৈ মথং —

মানি সত্যযুগগী ধর্ম্মনা মনন।
হেক মথংগী যুগ ত্রেতাগীনা যজন।
দ্বাপুরযুগগীনা কৃষ্ণগী সেবন।
হৌজিক কলিসিগীনা নামসংকীর্ত্তন॥

তৌ তৎপা লৈত, কাউদ্র, নাম সংকীর্ত্তন।
মানি কৃষ্ণ-ভক্তিগী নীংথিবা সাধন॥

থেৎলি শ্লোক-

কলের্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যেকো মহান্ গুণঃ।
কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তবন্ধঃ পরং ব্রজেৎ॥

ভাগবত

দোষনা ললওইবা কলিগী লৈ রাজন গুণ'মা নীংথিবা
কোক্লৈ হেক্ত বন্ধন কৃষ্ণ নামনা ফংনৈ ধাম অথোইবা॥

চথৈ তন্না 'মুক-

থঙ কৃষ্ণগী স্বয়ং তদেকাত্মরূপ।
মানি ব্রজগীনা পূর্ণতম স্বয়ং রূপ॥

মথুরাগীনা পূর্ণতর তদেকাত্ম।
দ্বারকাগীনা 'মুক পূর্ণ তদেকাত্ম॥

চঙজৌ ব্রজনিংথৌ মপারিদা।
তৌজৌ বাস ব্রজবৃন্দাবন্দা॥
চচ্চৌ সেবা ব্রজগোপী ভাবতা।
ফংজনি চাজনি পূর্ণানন্দ॥

লীলাগী মশক্তি ভগবান শ্রীকৃষ্ণ।
শান্নে কোয লোইনা থুংনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড॥
শান্নে ব্রজদগুম অদ্বৈদস্ম লীলা॥
নিত্যনি 'তুনা মাগী অঙকপা লীলা॥

অঙকপনি অঙকপা কৃষ্ণগী লীলা।
খঙবা ঙমদে ব্রহ্মামক্তা মাগী লীলা॥

থী শ্লোক ভাবতা তাউ—

জানন্ত এব জানন্তু কিং বহুক্ত্যা ন মে প্রভো।
মনসো বপুষো বাচো বৈভবং তব গোচরম্॥

ভাগবত

অথঙবা মথোইদি খঙলো, ঐদদি মথঙদ্রে প্রভু।
নঙী তীক-ঙল-ঙাল ঐই পুক-হক-ব্রানা হায়নি'মুক কনিবু॥

খীধৈ অতুম ভাবতা তাউ—

কো বেত্তি ভূমন্ ভগবন্ পরাত্মন্।
যোগেশ্বরোতীর্ভবতস্ত্রিলোক্যাম্॥
ক্বাহো কথং বা কতি বা কাদতি।
বিস্তারয়ন্ ক্রীড়সি যোগমায়াম্॥

ভাগবত

হে ভূমন্ পবাত্মন্ ভগবন যোগেশ্বর খঙনি কনা কৈদা।
করম কদোইঙ শান্নে নং মাযা শীন লীলা কযা ত্রিলোক্তা॥

চথৈ তন্না মথা—

বিরজা য়াংমই য়ানি পরব্যোমদনি।
হেল্লি বৈকুণ্ঠ পরেং—কোটি কোটিনি॥
ভাল্লি য়ায়দা গোলোক বৈকুণ্ঠ পরেংলক।
নীংথিরি লৈয়োন মতম থম্বাল লৈকালক॥

মানি মী জীবশক্তিগী পূর্ণবিকাশ।
পোক্লীংলুই মীদা কৃষ্ণ উঠৈ মাই বিকাশ॥
তৌই তুংইন স্বয়ং রূপা স্বয়ং প্রকাশ।
থায় গোলোক কুম্মি ব্রজভূম তৌই প্রকাশ॥

শকই অহনোং কৃষ্ণদ্বৈপায়ন—

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বযম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥

ভাগবত

মানি কৃষ্ণ ভগবাম্নক অতৈনা মশেক মঙাল ভাক।
কল্লে জগৎ হিংচা-মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাব॥

তাথৈ মথা তন্না অমুক—

চৎলি ঈশ্বরগী রূপ রৌদ্র মধুর।
কৃষ্ণেদি মানি মধুরদ মধুর॥
অহাৎপা কোবা লৈতনা ফজবনি।
অমকপা কোবা লৈতনা নীংথিবনি॥

থী ভাবতা ফাউ—

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো-
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্।
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো,
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্॥

কৃষ্ণকর্ণামৃত

মধুরনি মধুর কৃষ্ণগী শকওং
মধুরনি মধুর কৃষ্ণগী মায়থোং।

নোঙ্গে কাওই মাধুর্যো মনম মধুর
মধুরনি মধুর মানি মধুর ॥

চথৈ মথা তম্না অমুক—

তারে তত্ত্ব কয়া ওাল্লে লম্বী খিত্তং।
তারো হৌজিক্তি 'মুক ভক্তি তত্ত্ব খিত্তং ॥
ভক্তি কৃষ্ণপ্রেম্নি প্রেম্না মথরায়নি।
ফংনৈ মাদনা কৃষ্ণ ফংনবমক্লি ॥
চৎলি ভক্তি মথল অহুম—শ্রদ্ধাভক্তি।
জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি কর্ম্মমিশ্রা ভক্তি ॥
চৎলি মশক অনৌ অমুক শ্রদ্ধা ভক্তি।
কৌই বৈধী ভক্তি রাগাত্মিকা ভক্তি ॥
ফংঙি বৈধী ভক্তিনা থঙ্‌, ভগবান।
রাগাত্মিকা ভক্তিনা কৃষ্ণ ভগবান ॥
চৎলি ভক্তিগী অঙ্গ চন্দুগা মরি।
মপূংনা অদুদা মাপলথরা চৎলি ॥
শ্রবণ কীর্ত্তন স্মরণ সেবন অর্চ্চন বন্দন।
কৌইদো দাস্য সখ্য আত্মনিবেদন ॥
থোইখোইবদি মাপল্নিদা 'মুক কীর্ত্তন্নি।
তৌ কীর্ত্তন কলিগীদি যুগধর্ম্মনি ॥

ঈশ্বরদি নামগী মশক্লি—নাম্মক্লি।
নত্তে নাম অমত্ত নিরর্থক—সার্থক্লি ॥
তৌ তৎপা নৈত, কাউগ্ন, নাম-সঙ্কীর্ত্তন।
মানি প্রেমভক্তিগী থোইখোইবা সাধন ॥

শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমগী মশক্লি—প্রেমক্লি।
ফংনৈ মাবু প্রেম্না, থঙ্‌, প্রেমতননি ॥
চুপকে, স্নেনগে জগত্তস্ম, প্রেমামৃত।
পোক্লবনি মীগী মশক লৌ ব্রজদা ॥

শান্ত দাস্য সখ্য বাৎসল্য মধুর
মঙানি প্রেম, থোইথোইদো শিদা মধুর।
পঞ্চতত্ত্বনা তিনবগুম পৃথিবীদা
তিল্লিদো প্রেম মঙা লোইনা মধুরদা।।

মধুর প্রেমগী মওং'মা কৌই বৈধী।
অমুক অমনা বৈধী নত্তে অবৈধী।।
বৈধী প্রেমদদি স্থদেদো প্রেমগী শক্লোন।
অবৈধী প্রেমদদি স্থইদো লোইনা শক্লোন

বৈধী প্রেমগী ভাব-না কৌইদো স্বকীয়া।
অবৈধী প্রেমগী অহুনা পরকীয়া॥
চৎলি 'হুনা পরকীয়া সম্ভোগ মরি।
স্থনা স্থনা শক্লোন বিপ্রলম্ভ মরি॥

শান্নে ভগবান হেক হেক প্রকট লীলা।
ব্রজগী লীলা মানি প্রকট লীলা॥

ব্রজবৃন্দাবন বৃন্দাবন্নি অফোংবা।
সেম্বনি যোগনা লৈরীক্লা অশেংবা।
কুম্মি ভগবান শান্নে অফোংবা লীলা।
'থুপ্লা লীলাতুমক্কি শান্নবা লীলা॥
গোপগী শক্তা অঙ্গোপাঙ্গ পার্ষদ।
য়াই শরুক দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য-শান্ত॥
কুম্মি হ্লাদিনীমক রাসেশ্বরী রূপ্তা।
শ্রুতিশিংনা ব্রজগোপীশিংগী রূপ্তা।।
শান্নৈ লীলা ভগবান বাল্য পৌগণ্ড।
রাস কৈশোর লীলা পরকীয়াদা॥
চুপ্লি চুপহল্লি প্রেমরস ব্রজদা।
পীনৈ অথুপ্লা প্রেমগী তত্ত্ব জগত্তা।।

পুণ্যধাম্নি ব্রজভূম লৈরীক খুদিংমক
ফংলবম্নি ভগবানগী শ্রীচরণমক।
কচ্চো 'মুক্তং গডাগডি রজঃ থক্তা
কোকচগনি নপাপ পুম্বা মিকুপ'মদা ॥

প্রেমগী সেবা চৎলি, খঁড়ু, মগুং অনী
কৌই 'মনা মোদন ইশাগী সেবানি।
ইবুক পেন্নবা তৌবা সেবানি—কাম্নি ॥
কৌই 'মনা মাদন প্রেম-সেবানি—প্রেম্নি।
য়েংদে ইশা পেহ্লনবদনি—প্রেমম্নি ॥
কৃষ্ণগীদ য়েংভি গোপী প্রেম—মাদন্নি।
পুল্লি, লেঙদে, 'তুনা গোপী প্রেম্না কৃষ্ণ।
চৎলু গোপী প্রেম ফংগনি শোয়রোই কৃষ্ণ ॥

মী মীনি মীমান্নদে—থাজৈ 'মনা লাই।
থাজবা কৌবা 'মত্ত পক্তে 'মদা লাই ॥
থাজবা মীতুদা চঙদে থোইনা মায়া।
থাজদবতুদা চঁঙি থীনা মাযা ॥
লাক্লে থীনা মাবু পী য়াবদ হেক হেক।
ফংলো সাধুসঙ্গ মকোকই 'তুবু হেক ॥
তৌ সাধুসঙ্গ কোক্কনি নোংমনোং পাপ।
ঈংলক্কনি অস্মমস্মম সংসারগী তাপ ॥

চিন্ময় ভগবানগী চিৎকী মশেক্তি মী।
সেবাগী সেম্বনি সেবানা ধর্ম্মনি ॥
হৈয়্ নিত্যলীলাদা সেবা ফংগনি।
পোক্লমল কান্ননি পূর্ণানন্দ ফংনি ॥

লৈতে নিপা তুপী থায়দে ঈশ্বরদা
ব্রাহ্মণ ক্ষত্র বৈশ্য শূদ্র করিমত্ত।

ঙুংশিয়ু জীব ঙুংশিনৌ নখোয় নশেল।
কৎলূ ভক্তি ঈশ্বরদা তাক্লৌ নশেল॥
কৎলু. কাউস্থ তৎপা লৈত নামসংকীর্ত্তন।
মানি খঁঙ্, ভক্তিগী নীংখিবা সাধন॥
পাঠ তৌ কৃষ্ণমক্লি শ্রীমদ্‌ভাগবত।
পীনি জ্ঞান থঙনি তত্ত্বখিবিক যৌনা তৎ॥

"খোপ্নসিদো ফিবাল তারো বৈষ্ণবগী রীতি নীতি"।
পীনখি প্রভু অস্থম্না ভক্তদা ঙুংশিনা বাণী—

তৃণাদপি সুনীচেন তরোবিব সহিষ্ণুনা
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥

শিক্ষাষ্টক

নাপীদগী থোইনা তুনা উপাল মতম থোইনা ঈংনা
লুনা মীবু নোম্না ইশা সোনগনি তক্তুনা হরি॥

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং।
শ্রেয়ঃকৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূজীবনং॥
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী ঙংশেল শেংনভাই সংসারগী লমজাউ-লমৈ মুৎনভাই।
যাইফ-থারিকথা ভান্নভাই ঈংজবী মৌগুবী বিদ্যাগী থরায়।
ঙভাই-ঈপাক ঈকানভাই থোঙথাং থূদিং অমৃৎ থৌবুম থম্নভায়।
ওইরি থোইনা জয় শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন থরায়-হকচাং শান্দেংনভাই॥

তুখি ভক্ত প্রভুগী চরণদা, কৎখি স্তুতি—মিৎলুদদি অঙ্গংবা পি:

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

মহাভারত

ব্রহ্মণ্যগী মবুঙো যণ-ব্রাহ্মণগী মঙ্গল-পীরিবা।
খুরমজৈ হে গোবিন্দ কৃষ্ণ জগৎকল্যাণ-পুরিবা॥

তৌবিখি প্রভু ভক্তদা শক্তি-সঞ্চার, তাকপিখি ভক্তগী মবুক্লীং মতুংইন ভাগবতকী প্রসিদ্ধ শ্লোক—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ঃ নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিথম্ভুতগুণো হরিঃ॥

অপাম-চঙদ্রবা আত্মাদা লুপ্লবা মুনিশিং ফাওবা।
নীঁঙি হরিবু অতম্বা চেল্লি মাদি গুন 'সিগুম্বা॥

অসিগী অর্থ হন্দ্ৰ্মাথোই অমগা অমুক।

পল্লে প্রভু বারাণসীদা থা অনী। ভক্ত সনাতনগী শিক্ষা-দীক্ষাগীনি। লোইরে হৌজিক্তি, য়ারে নীলাচলগী খোঙশানবা। থোকখি মতাং অসিদা হ্মঙাইবা থৌও' অমা।

কাশী জ্ঞানগী ক্ষেত্রনি, ভক্তিগী মনম চঙদে। প্রভুগী অহানবা খোঙফমদা চঙলকখিবসি মারাঠী ব্রাহ্মণ অমত্তনি। মহাক্তি প্রভুগী রূপ গুণ প্রেমাবেশ উবদা মশাগী আত্মানা তাকপগুম মায়ামাক্তষনি হায়বা খঙ্খি, চঙ্খি—নপখি, প্রভুগী চরণদা অতুম। খ্বায় অতৈ পূম্নমক্তি প্রভুবু হম্বনা য়েংঙি, থোইনা খোওইনবা তৌদে। প্রভুস্থ বৃন্দাবনগী ঈথৌনা হান্নগী মশাগী ভক্ত তপনমিশ্রগা চন্দ্রশেখর বৈদ্যগা অনীগী পোইরৈ য়েং তরানিমুক্তগী হেন্না পল্লমদে, তমশিনখি অতুম মথুরা। হন্দোরকপগীদি উবে কুইনা পল্লি হায়বা।

প্রকাশানন্দ বিপ্রর্ষিনি, সরস্বতীনি। সন্ন্যাসী লিশীং তরাগী মণ্ডলীগী মণ্ডলেশ্বরনি। প্রভুগী ভক্ত মারাঠী ব্রাহ্মণসি মণ্ডলেশ্বরসিগী শিষ্যনি। শিষ্যদি ওইরগা জ্ঞান্দা প্রবীণ য়াম্না ওইরবা থাক রাংলবা মীশক্লি। মহাক্না নোংমা মাগী শিক্ষাগুরুসিদা প্রভুগী রূপ গুণ প্রেমাবেশ, তত্বজ্ঞান পুথোক্ত্না রারী তৌকবদা ইথৌ থৌওইদবা মনাদা ইহাপ হাপ্তবা উবদগী প্রভুগা অমুক্তং খেংননবা শীনখি, তৌখি গুরুবু নিমন্ত্রণ। প্রভুদস্থ কৎলে নিমন্ত্রণ। তপন, শেখর-হোয়নস্থ লৌহন্নীঁঙি উবদগী লৌয়ে প্রভুস্থ নিমন্ত্রণ।

উন্নরে। প্রভুগী মুখবাণীদা মুন্নে অদুম, শোন্নরে হরিনাম অতিনবা পুন্নমক শন্নরে প্রভুগী জৈ। হাজিন্নরক্নে অদুদগীদি নোংমনোং পণ্ডিত কয়া কয়া শাস্ত্রার্থগী, তুরে লোইনা মথং মথং। পোক্নে বৈষ্ণব গোষ্ঠী মচা মচা, শোন্নরে হরিনাম, তৌনরে কীর্ত্তন। প্রকাশানন্দগী শিষ্যশিংমক মরোল লোন্নরক্নে "আচার্য্যগী সূত্রব্যাখ্যান্দি ঐখোয়না হোয় হোয় অদুক মতাখদনি, চৈতন্যগীদি খশ্মোইদা থক থক পাল্লি—পেল্লি"।

নোংমগী রানি। পঞ্চনদস্নান তৌরগা বিন্দুমাধবদর্শন লেঁ ঙি প্রভু, সাই প্রেমাবেশদা জগোই; কীর্ত্তনে পরমানন্দ, তপন, শেখর, সনাতন শকই কীর্ত্তন—

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদনঃ॥

ঈন্নৈ মীনা কুক কুক। নিল্লি হরিধ্বনিনা পুন্নিল। তায় প্রকাশানন্দ, থোরকই শিষ্যশিংগা—

ওক্না হুংশিবা ইশৈ, ইশৈগী হুংঙাইবা থেংবা।
হিরণ্যশ্মশ্রুঃ হিরণ্যকেশঃ
আপ্রনখাৎ সর্ব্ব এব সুবর্ণঃ
ওইবা
চৈতন্যদেবগী দিব্যমূর্ত্তি
মাহুদা
প্রেমাবেশ—স্বেদ কম্প পুলক অশ্রু—সাত্ত্বিক ভাব।

তুখি চরণদা বিপ্রর্ষি—

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণহিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥

শান্নখি অসুম প্রভু বারাণসীদা লীলা, চৎখি কীর্ত্তন, য়েনখি নাম—হুমিৎ মঙানি। বিদায়রম তপন মিশ্রনচিংবা ভক্তশিংবু কাশীগী, য়াথংলম সনাতনবুনা বৃন্দাবন যাত্রাগী হনখি থোঙদোই তুমিন মঙানিসুবগী অহিং নোংঙাল্লমদাই নীলাচলগী কিরু মীগী ঈহৌ।

# নীলাচলদা বাস তৌবা

কলেঃ প্রথম-সন্ধ্যায়াং লক্ষ্মীকান্তো ভবিষ্যতি।
দারু-ব্রহ্ম-সমীপস্থঃ সন্ন্যাসী গৌর-বিগ্রহঃ॥

ব্রহ্মপুরাণ

হেল্লরনি লক্ষ্মীগী মবুঙো দারুব্রহ্মই নাক্তা।
কলিগী তাঙ্জৌন্দদি অহৌবা সন্ন্যাসীগী শক্তা॥

হন্নক্রে প্রভু বৃন্দাবন্দগী, লৈরে লেঙদনা নীলাচলদা। চহী তরুক থোঙনা চৎনা তৌরুরে নাম প্রচার। হৌজিক্না অমুক চহী তরুক অমা ফম্না ফম্ন লৌরে অতুম।

প্রভু লাক্লে নীলাচলদা, লেঙদনা। লৈবে—লেঙলরোই পাউজেল্ল্বা মতানি কোয়না ফংশিংনা, লাল্ল'থ দর্শনগী নোংম। নোংমগী মীয়াম পুল্লপ পুল্লপ পরেং পরেং। মীশাং থীঙমদে, মশীং থাঙমদে লাকপা—লৈতে অতৎ অথম। কুমগী ঈহৌরকপনি, ঈকারকপনি, ঈঈল্লকপগী লোইবা নাইদবনি। অঙ্কানি রথ হুমিং খুদিংগী থোকপগা। মথোযগী হন্দিন্ননিনা নীংনহনি অতুম সমুদ্রগী ঈওল-ঈরাউথোল। তৌজবনি দর্শনগী লাল্লিহ। নিপা হুপী খুদিং মশা মশানা নামদীক্ষা অতুম। অহুকপনি, অহুকপমরি প্রভুগী নামপ্রচারগী মওং। অরাৎপা লৈতনা ফজবা, অমকপা লৈতনা নীংথিবা, সংনা পৃঙ্খনবা, ওাইগীদ ওইবা শকফম্না পুবনি মপুং অতুম।

অসিনা মপালগী লীলানি। মতুংগীনা 'অমনি। মতুংগীদি ধর্ম' লৈনা-হৌনবনি, তুংগোইনা পাহেলনবনি। চৎনি প্রভু মতুংগী ভক্তশিংগী ধর্ম কন্ন মুন্না য়েং, তাকপি খ্বায পৃথদা খ্বাইগী নইদা য়্যা তুম্ব কমা দী নৈ অরনব মশক শিংদনা মী মীতুগী যোগ্যতা মতুং ইনা থোগাই বোম্ব শিক্ষাদীক্ষা কয়া, শান্নি মতাং মতাংদা ঐশ্বর্য্য কয়া। শান্নি অতম লীলা—মথল মহেনা কয়াগীনি।

কৃষ্মে অমা—

জীব—মানি মাদি চিৎকী মশেক, মঙালগী মরীক। অহুকপনি, অতুপ,

মাগী মপুনসি খোঙকমদি। পুই, চেল্লি মাদি মশাগী কর্ম্মনা অতুম। ফরো কর্ম্ম, কায় মপোক। ফৎলম্নু, কুম্মি। শকই অতুনা মনশিঙ্কা—

নিজ কর্ম্মফল জন্তু অগ্রে অগ্রে ধায়।
ফল অনুগত জীব পীছে পীছে যায়॥

( চেল্লি মশাই কর্ম্মফলনা মাঙদা থানা থানা।
ইল্লি জীবনা ফলতুগী মতুং কোয়না কোয়না )

উৎনীংল্লুবরা থঙদে ভক্তশিংদা জীবগী তত্ত্বসে তরং, তৌখি প্রভু নোংমা হুঙাইবা অঙকপা কুম্মে অমা।

রথযাত্রাগী মতম্নি। লাক্লরে গৌড়গী ভক্তশিং। কুলীনগ্রামগী শিবানন্দাচার্য্য শ্রীখণ্ডগী ভক্তশিং পুতুনা লাকখি। হুই অমা লোয়নরকই। লম্বীদা মাখিতুনা হুঙাইত-হুঙাইতনা লাকই। নীলাচল থুংলরবা মতুংদা নোংমদি প্রভুগী নাক্তা উরে।

অঙকপনি প্রভুগী লীলা। শ্রীহস্তনা বালভোগ য়ুবি লৌ-লৌহুনা হুইতুদা হন-হন্দুনা পীজে। হায় "সোল্লু কৃষ্ণনাম"। চায় হুইতু প্রভুনা হল্লকপা য়ুবি, সোল্লি মমায় লোংথত্তুনা মখোল রাংনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ"। কোল্লে তাউবা সংসারগী বন্ধন, কারে গোলোক। উৎখি অসুম প্রভু ভক্তশিংদা সঙ্গ, কর্ম্ম, নাম, ভগবদ্-কৃপাগী মাহাত্ম্য।

ঐশ্বর্য্যগী খেল—

গৌড় মুশলমান্না পানবা নৈবাক্লি। বামাচারগী লম্নি। বৈষ্ণবধর্ম্ম মতু শোন্না চৎলি। মতুনোং নিত্যানন্দবু ছান্নদগী থাঙ্গবনি। মতুতনা পেল্লদরবরা থঙদে, শান্নখি প্রভু ঐশ্বর্য্য, তৌখি আবেশ আম্বুয়া নগরগী নকুল ব্রহ্মচারীদা। হাপখি ধর্ম্মগী ঈনোৎ নৌহৌনা ব্রহ্মচারী। শখি ভক্তশিংগী মথৌ। লাকখি তুংইন ঈহৌ নৌহৌনা অমুক।

লোইবা নত্তে অসিদনা প্রভুগী ঐশ্বর্য্যগী খেল। হুমিৎ থুদিং হুমিদাং কীর্ত্তন মফম অহুমদা শরুক য়াই। নিত্যানন্দগীদা অমনি শ্রীবাসগীদা অমনি, অমনা রাঘবাচার্য্যগীদনি।

শীনথি অমুম প্রভু গৌড়দেশদা বৈষ্ণবধর্ম্ম চেৎনা মন্না তাহোনবা। তাসু তাহৌথি, তারিবসিনি হৌজিকফাও।

ছোট হরিদাস—

প্রভুগী অন্তরঙ্গ ভক্তনি। মানি মাদি ইশৈগী মশক। মাগী ইশৈনা মী শা মণ উচেক ৱায়া খোজেং কোয়া লোইনা শুষনি। প্রভুগী কীর্ত্তনগী থোই-খোইবা কীর্ত্তনেনি।

অঙকপনি মীওইবগী মপোক। কৈ, কৈ হায়বা ঙমদে, ফত্তে, ফত্তে হায়বা য়াদে। শচী মপোক কয়াগী পুণ্যনা পোক্লরে গৌরাঙ্গবু গর্ভদা। পুণ্যতুমক্লা ঙৌথি মশা থাংদা মপুনশি চুহ্র। শি ফাও ঈংনা শিখিদে, শিথি থুক্লা থুক্লা মবুক "ইচানা মুথাগ্নি তৌগ্রেদো"। বিষ্ণুপ্রিয়া মপোক কয়াগী প্রেম্না ফংলরে গৌরগী চরণসেবা। প্রেমতুমন্না চাকথেকথি মশা মৈরি তরা কাংনা, লোইথি মপুনশি চীক্সাঙননা লমজাউ লৈগী মতম। গৌরজগত্তা মরায়বক থীবা অনীদনি পুরম্বনি, অদুবু স্মরয়ে অহমতুম।

হবিদাস মশাগী পুণ্যনা অঙকপা কলাকার ওইনা লাক্লে, চৈতন্যগী অন্তরঙ্গ ভক্ত ওইরে। পুণ্যতুমন্না হাপথি, মশাদা অৱাবা হুণ্ডাইতবা কোঙ্গায়, পীথি অৱাবা অথীবা ইকাইবা মীশি। গৌরজগৎকী মরাযবক থীবা মীশীং কাথি মাগা থানা অহুম, থোংবু থোংথি চৈগোক্লম্ল, মহাক্লা অহমগী।

শিবানন্দাচার্য্য প্রভুগী থোইথোইবা ভক্তনি, মরক মরক্তা প্রভুগী ভিক্ষা সেবা তৌই। অমুক্তি ফোরেলগী চেঙ কৎনীংবদগী শিখী মাহিতীগী মচেম মাধবীদগী ছোট হরিদাস থাদুনা চেঙ ৱায়ুই। প্রকৃতিগী মনাক চঙলুই হায়দুনা প্রভুনা হরিদাসবু থোঙ ককই। ভক্ত হুণ্ডাইথিদবদগী হুমিৎ হুম্নি চাদ-থক্কনা তাদুনা লৈ। ময়াম্না "চাদ-থক্কবা তৌম্নু, অঙম তানবগুম থোকনি, নোংমা শোয়দনা প্রভুগী কৃপা ফংগনি, ঐখোয় থ্বায় লৈদনা" হায়বিবদগী চহী অমা তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ ডাইজথি প্রভুগী কৃপা। কান্নদ্রে, কান্নররোই উরবদা থাথি ভক্ত ত্রিবেণীদা মথৱাই। নীঁঙমদনা মথৱাই পাইরকথি নীলাচলগী অতিয়াদা, তৌথি প্রভুগী কীর্ত্তন থৌগল অতিয়াদা কোয়না পাই।

কৌনসন্থু বৈষ্ণবশিং দগুসিবু প্রভুগী অর্থ তরা থোক্না চৎপা লোকশিক্ষাগী অকনবা চৈরাক। শকচসন্থু কবি কৃষ্ণদাস--

ত্রিবেণী প্রবেশ করি প্রাণ ছাড়িল।
সেইক্ষণে প্রভু-স্থানে দিব্যদেহে আইলা॥
প্রভু-কৃপা পাঞা অন্তর্ধানে রহিলা।
রাত্র্যে প্রভুরে শুনায় অন্যে নাহি জানে॥

(চঙলে ত্রিবেণী লোইশিনে মপুনশি ঈবোন্নুং।
লাক্লে লাইগী হক্তা প্রভুই নাক মিৎনা কৃপ্পা-ঙু॥
যংলে তন্না প্রভুই রপা চৈরে নাক্তা থুপ্পা।
তোই ইশৈ থোগল অহিং অহিং থঙদে কনা॥

পেন্দে অপঙবা থম্মোইনদি প্রভু, রাকৎনীঁঙি--
হকমন্দরা নঙ্গী চৈরাক!

ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, নঙ্গী থোইথোইবা ভক্ত শিবানন্দগী থবক্নি। [illegible] নঙ্গী ভিক্ষা-সেবাদা অথবা চেঙনা কৎনীংবগীনি। নঙ্গী সেবাগা [illegible] মশা শংজদবনা হরিদাসগী মতেং নিবনি। হরিদাস মশাগীনা মশক্না লেংলে, চৎপা তাবনি, থবক্কী হায়রে, তোবা তাবনি। তাক্লাগীনা, মতেংদু পীবা তাবনি। অমরোমদনা, মতেং নিরিবা মীস্থ, পীদোরিবা মীস্থ চঙকম প্রকৃতিনি হায়বা থঁঙি; গুরুবর্গগীনি, চঙবা যাবা মফম্নি হাযবস্থ থঁঙি। প্রভুমক্কী মথৱাইনা লুপ্পা মীশক্নুনি। শকই কবি কৃষ্ণদাস--

মাহিতীর ভগিনীর নাম মাধবী দেবী।
বৃদ্ধা তপস্বিনী আর পরম বৈষ্ণবী॥
প্রভু লেখা করে যারে রাধিকার গণ।
জগতের মধ্যে পাত্র সাড়ে তিনজন॥
স্বরূপ গোসাঞি আর রায় রামানন্দ।
শিখী মাহিতী তিন তার ভগিনী অর্দ্ধজন॥

( মাহিত্তীগী মচেমদি কৌই মাধবী দেবী।
অহল্লি মানি লাইনিংবী থোইখোইবী বৈষ্ণবী ॥
চল্লি মাবু লাদা প্রভু রাধিকাগী খুত্তা।
মীকোক অহুম মথায়দং থাই প্রভু জগৎসিদা ॥
স্বরূপ গোসাঞি রায় রামানন্দ মাহিত্তী ।
মানি মথোয়না অহুমত্ত তংথায়না মাধবী ॥

প্রভুগী সেবাগী য়াবা য়াবা, য়াফম থোকপা শরক্কী মাধবী দেবীগুম্বী প্রকৃতি দর্শন তৌরুবগী দণ্ডনা প্রাণদণ্ডমক ওইবসিদি অপণবা থম্মোই পেল্ল দববা, সোল্লি হন্দা মদোম তুমিন—

লঘু দোষে গুরু দণ্ড
( দোষদি খিৎ চৈদি ঘিন ঘিন )
করিগী অতুক শাথিরুই !

চৎলু প্রভু, লাইনি নংদি, লাইগী মচৎ নোকউ ভক্তশিংগী মপাউদ'

বৎসরপূর্ণ দিনে।
রাত্র্যে উঠি কাঁহা গেলা কেহ নাহি জানে ॥
( চৎখিবনি লোন্না চহী ফাবা অহিংত্তুদা খণ্ডদে মক্ষম কনা ॥ )

নোকউ হায়উ শ্রীবাসগী মপাউদা

প্রকৃতি দর্শন কৈলে এই প্রায়শ্চিত্ত
( প্রকৃতি দর্শনগী মানি'ত্তুনা প্রায়শ্চিত্ত )

ঐদি মীনি, চৎকে মী ঐগী ইচৎ। কপকে মরায়বক থীনা থীরবা ভক্ত হরিদাসগী।

মী ঐখোয়দি হুণ্ডাইতবা নত্তে থক কল্পা।
কপ্লে ইশাগী, মঙ্গংবনি খিৎ অরা মৈশা ॥
কপ্লে মীগী, ঈংঙি থম্মোই খিকই শান্তি-ঈরা।
কপ্ল মীগী, নত্তে প্রেমগী পি তরাই হেক তাবা ॥
পীনৌ প্রভু কল্পা হৈবা পণলবা পুনশিসিদা।
তুজরি নথোঙ খুয়াথাগী উৎফুল-লৈরীক থাদা ॥
জৈ প্রেমাবতার নঙ্গী জৈ !

রূপ—

যোগসিদ্ধিগী লাকপনি। সিদ্ধ ওইৱো তম্নবা মীশক্তি। মশা কুলীন ব্রাহ্মণনি, পণ্ডিতনি মহাক্কী মতিক মগুণ তাবদা নবাব হুঁসেন শাহনা মহাকপু কৌহূনা খাস মুন্সী হাপ্লি। মশামক্তদি য়াম্না হংগোইনা থোকই। অদুবু, মাই হান্নবদা অমাওবা থোকপা য়াবা, চুম্নগীদ নত্তনা, থৱায়ফাও চেন্নবা য়াবা লৈবদগী মহাক্ন হয়াউ হয়াউ তৌশিন্নদুনা লৌদি অতুম লৌই। মশানদি ঈশ্বরগী লম্বী পাম্না লাকপনিনা নিংথোগী মঙান্দা সনাৱূপাগী মথক্তা পান্নবস্থ মথৱায়দা ইঙুংদ হুঙাইজদে। য়োহ্লিং ফলাং থাংবগুম রাইদ ইচিন চিল্লি। প্রভুদা নিজৈ পত্রীনা উপদেশ। ফংজৈ শ্লোক্কী মশক ওইবা নীংথিবা উপদেশ অমা—

পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু।
তদেবাস্বাদয়ত্যন্তর্নবসঙ্গরসায়নম্॥

হুংশিনব-লৈবী হুপী নোম্না নোম্না ইমুং-থবক।
চুপ্নি হুংদা নৌনা হুংশিনরুবই রস কাউদে থক॥

উপদেশ অসিগী মঙান্দা চৎলকপনি মশাগী কর্ম্মজীবন। য়ামকেলীদা প্রভুগী দর্শন ফংবদগীদি সংসারদা হৈনিংদবা পুম্নোক অতুম পোকথরে। নবাবকী থবক থাদোক্লম মনাও বল্লভকা লীরকথি প্রভুগী বৃন্দাবন থোঙ্গ্‌ল, থেংনৈ প্রয়াগতা।

ওকপিথি প্রভু মচীমনাওবু হুংশিনা তরাম তরাম হরাউ হরাউ—লৈহৌরনি ধর্ম্ম তুং কোইনা মতা। পেঙ্কখি ভক্ত, তুজখি চরণদা, তৌজখি আত্মসমর্পণ—

নমো মহাবদান্যায় কৃষ্ণপ্রেমপ্রদায় তে।
কৃষ্ণায় কৃষ্ণচৈতন্যনাম্নে গৌরত্বিষে নমঃ॥

থুরমজৈ নঙোন্দা পীনহৈবা কৃষ্ণপ্রেম-পীনবা।
কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা হে কৃষ্ণ নঙান্না ঙৌরিবা॥

মঙফাওনথি—ফুদোরকথি কবিত্ব ঈরোক।

মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।
যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্॥

রামায়ণ

য়াইফরবু শাদান নংদি মতমগী হুংদা কদৌউঙে।
হাৎলুনভায় থংগোং নামা ফুংশি-চীরোল্লুজুরিউঙে ॥

প্রসিদ্ধ শ্লোক অসিনা আদি কাব্য রামায়ণগী মমী তমথিবগুম তমথি রূপকী চৈতন্য বন্দনানা বৈষ্ণব রসকাব্যগী মমী।

তাকপি প্রভু তরানি চুপ্পা ফক্তদা কৃষ্ণতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্ব লোইনবা। থায় তন্না বৃন্দাবন্দা লীলাস্থলীশিং উদ্ধারগী।

লৈ থা অমা বৃন্দাবন্দা রূপ কোয় লোইনা চৌরাশ-কোশ। লীলাস্থলীশিং উবদা ইগে নীংথি কৃষ্ণলীলা-নাটক, হৌথি অফাওবা বৈষ্ণব রসকাব্য বিদগ্ধ মাধব, ললিতমাধব অনী পুন্না। তাঞ্জাসিমক্তা প্রভুগী দর্শন উথৌ লাংবগা "নীলাচলদা লাকউ" তাকপিরম্বা য়াথংগা অনী পাডুনা লাকথি তন্না নীলাচল। নংলৈ রথযাত্রা, লৈ দোল লোইফাও থা তরা।

চথরকথি রূপ লম্বীদা মহাক্কী বৃন্দাবন্দা হৌরকপা নাটক থর থর অম্নম-মুম। খেংনথি অঙকপা অনী—মঙদা অমা, তাইবংদা অমা। অহিং অমা সত্যভামাপুরদা লেকই, উড়িষ্যা মতুংদনি, লাকই ঙক্কো ফজবী রূপী অমা, হায়রে "ঐগী লীলা ভোঙাল্লু-লোইশিল্লু, ফাওগনি, শোয়রোই, জগন্ত্রা"। নীলাচলদা নো'মা নীনি লৈরবা মতুংদা তাকপি প্রভুনা অথুপ্পা তত্ত্ব'মা—

কৃষ্ণকে বাহির নাহি করিহ ব্রজ হৈতে।
ব্রজ ছারি কৃষ্ণ কভু না যায় কাঁহাতে ॥

পুথোক্কবু কৃষ্ণবু থক ব্রজগী মপান্দা।
চক্তবনি কৃষ্ণ ব্রজ থাদোক্কুনা কৈদা ॥

কৃষ্ণোঽন্যো যদুসম্ভূতো যস্তু গোপেন্দ্র নন্দনঃ।
বৃন্দাবনং পরিত্যজ্য স কচিন্নৈব গচ্ছতি ॥

যামল বচন

যদুগী কৃষ্ণনা 'মনি গোপনিংথৌ মচানা 'মা।
চত্তে মাদি থক বৃন্দাবন থাদোক্কুনা কৈদনিমা ॥

থোক্লে হৌজিক্তি নাটক্সনা নাটক অনী—বিদগ্ধ মাধব, ললিত মাধব—বৈষ্ণবজগত্তা ফাওরবা রসকাব্য ওাক। অমরোমদনা, মহাক্কী কাব্যগী গুণনা প্রভুগী থম্মোই লোইনা তুনা জয় ত্তৌখি॥ থাকখিদ্রে প্রভু থুপ্ত থুঙ্গা অথুঙ্গা কৃষ্ণ তত্বগী মূলতত্ব—

ভক্তকবি অসিগী শ্লোক অনী ফাওই বৈষ্ণব সমাজদা।

অমনা—

কৃষি ভূর্বাচকঃ শব্দো ণশ্চ নিবৃত্তি বাচকঃ।
তয়োরৈক্যং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥

শ্রীধরস্বামী

কৃষিনা লৈ তকই ণনা কোকই রাবা ফংঙি অপাম।
পূল্লে অনী থোকই কৃষ্ণ মানি পরং ব্রহ্মগী নাম॥

ভগবানগী মঙ্গলগী মশক ওইবা নামগী মাহাত্ম্য প্রেমরসগী চন্দন চাই কবিগীদ ওইবা অঙকপা শৈশক্তা শকপনি—কৃষ্ণপ্রেমগী মধুরিমা তাকপনি।

তুণ্ডে তাণ্ডবিনী রতিং বিতনুতে তুণ্ডাবলী লব্ধয়ে
কর্ণক্রোড় কড়ম্বিনী ঘটয়তে কর্ণার্ব্বুদেভ্যঃ স্পৃহাম্
চেতঃ প্রাঙ্গণসঙ্গিনী বিজয়তে সর্ব্বেন্দ্রিয়াণাং কৃতিং
ন জানে জনিতা কিয়দ্ভিরমৃতৈঃ কৃষ্ণেতি বর্ণদ্বয়ী॥

বিদগ্ধমাধব

খণ্ডদে কৃষ্ণ কৌবা ময়েক 'নীসে অমৃত থুম কয়ানা সেম্বা!
তোংলে চীন্দা সারৈ জগোই থৌরাংলুই লোইনাইদবা চীন পরেংমা।
তারে মক্ল নাকোং হুংদা পাম্লুই হেক্সক নাকোং অর্ব্বুদ অমা।
ওাল্লরো থম্মোই লায়ুমদা শুম্মিদো হেক্ত ইন্দ্রিয় খিবিক্সা॥

অমুক অমনা—

রথযাত্রাদা জগন্নাথগী রাজবেশ, স্বর্ণরথ, খৌগন শগোল শামু মীয়াম উবদা কুরুক্ষেত্র মিলন্দা ব্রজেশ্বরীগী থম্মোইদা পেল্লবগী মৈচাক অমা কল্লা পোকখিবদু ফাওখি প্রভুগী থম্মোইদা। ফোংখি তন্না কাব্য প্রকাশগী শ্লোক অমনা—

যঃ কৌমারহরঃ স এব হি বরস্তা এব চৈত্রক্ষপা
স্তে চোন্মীলিতমালতী সুরভয়ঃ প্রৌঢাঃ কদম্বানিলাঃ।
সা চৈবাস্মি তথাপি তত্র সুরতলীলাবিধৌ
রেবারোধসি বেতসী তরুতলে চেতঃ সমুৎকণ্ঠতে॥

লৈশাৎ তমডৈ লৈচিনখিবদুমক্লি বর মুজাদুনা ঐনি।
মতমসু চৈত্রহ অহিংচুনি শাৎলি লৈনম্না হা হা মালতী॥
ছাম্লি কাইদ কদমকোনগী মালং 'দুবু মুডোল চীলোক্লবকডৈ
খোরাংলুই থম্মোইন্‌না নর্মদা খোঙবাল্‌গী বেতসকোলগী লমথৈ॥

ভক্ত কবি কবিদ কবিনি। মানি অদুনা মহাক্তি ঋষি। ঋষিনিনা লৈ মহাক্কৗদি দর্শনগী শক্তি।

নানৃষিঃ কবিরিত্যুক্তং ঋষিচ্চ কিল দর্শনাৎ।
বিচিত্রভাবধর্মাংশতত্ত্বপ্রথ্যা চ দর্শনম্॥

ভট্টতৌত

কৌদে কবি নত্রে ঋষি, মানি ঋষি লৈরে দর্শন।
তাক্লে অথুপ্পা ভাব ধর্মই তত্ত্ব খিবিক কৌই দর্শন॥

খঙ্খি মহাক্ন, স্বরূপ দামোদরগী মতম প্রভুগী মৈচাক, তাকখি জগত্তা স্বরূপকুম প্রভুগী অথুপ্পা শক্তম মহাক্কী প্রসিদ্ধ ওইরবা শ্লোক অমনা—

প্রিয়ঃ সোঽয়ং কৃষ্ণঃ সহচরি কুরুক্ষেত্রমিলিত
স্তথাহং সা রাধা তদিদমুভয়োঃ সঙ্গমসুখম্।
তথাপ্যন্তঃ খেল-মধুরমুরলীপঞ্চমজুষে
মনো মে কালিন্দীবিপিনায় স্পৃহয়তি॥

কৃষ্ণচুনিদোসে ঐগী চান্নবা ঐসিনা রাধাদো।
উন্নররে ঐখোয় কুরুক্ষেত্র 'সিদা নুঙাইনরেদে॥
খোরাংলুইদো 'দুবু ইতা কালিন্দী খোঙবালগী কুঞ্জ'দো।
মুরলীগী পঞ্চমনা ঈংনা মিন, নুংশিনা নিনবদো॥

মশানা ভক্ত ওইনা থাক্লে, কবি ওইনা পোক্লে, প্রভুগী কৃপাগা ফংলে; অমুক্ত্নু নোহৌনা থাবুম তরা প্রভুগী থৌগল তৌরে; ভক্তকবি রামানন্দরায়, ভক্ত বিপ্রর্ষি বাসুদেব সার্ব্বভৌম, পরম বৈষ্ণব স্বরূপ দামোদর, পরম ভক্ত ব্রহ্ম হরিদাসনচিংবা মহৎশিংগী সঙ্গগা ফংলে; অদ্বৈত নিত্যানন্দনচিংবা গৌর-ভক্ত খোইখোইবশিংগী আশীর্ব্বাদগা ফংলে; লোইয়ে থেংলে ভক্তগী যাইফবা, লোক্লে মচু তশেং. থাম্লে সনাদা তম্ফা, নক্তে, থিল্লে মণিদা মুক্তা।

প্রভুগী য়াথং লুদা থোং হল্লে বৃন্দাবন্দা রূপ, য়েংলে লীলাস্থলীশিংগী উদ্ধারগী লম্বী, হৌথি লোয়ননা প্রভুগী উপদেশশিং লাচনবা কবিগী ওইবা নীংথিবা মথল মথেল মওং কয়াদা। থোকথি অস্তম মহাক্কী খোর্জ্জেদগী ভক্তি রসামৃত-সিন্ধু, লঘুভাগবতামৃতনচিংবা লাইরিক তরাগা তরুক—মশক নাইবা ঙাক। লৈরি অসিদা অমুক্ত্নু কয়া'মা মহাক্কী খোর্জ্জেমক্কীনি লৌনবা।

সনাতন—

রূপগোস্বামীগী ময়াম্বনি—হেক পোক্লিন্নবনি। মনাওনা ভক্ত ওইনা লাকপগুম লাকপনি মহাক্ত্নু ভক্ত ওইনা অতুম; মনাওনা কবি ওইনা পোক্লক-পগুম পোক্লকপনি মহাক্ত্নু পণ্ডিত ওইনা অতুম। মতিক মগুণ উবদা নবাব হুঁসেন শাহনা কৌথক্তুনা দেওয়ান থিন্দোকপনি। মশানা যোগসিদ্ধিগী লাকপনিনা দেওয়ানীদা খোয়দাদে, লাঁঙি মবুক, ই উপদেশগী প্রভুদা পত্রী। প্রভুগী উপদেশ তেন্না শ্লোক ওইনা লাকখি। রূপকী মতাংদা য়াওখিবত্নি। শ্লোক্তুগী মওান্দা চৎলকখি মহাক্কী কর্ম্মজীবন। রামকেলীদা প্রভুগী দর্শন ফংব-দগীদি মায়াগী য়োহ্লিং ফলাং তারে মতোমদা অতুম। অত্নু, থবক তোক্লগে হায়রুবদা নবাবকী ব্রাহ্মক-কৈণ্ডম চারে। চারে চানা কৈণ্ডমগী চৈনা হনবা কৌবদি লৈথিদে মথুক্লীং। লাইকু অমদগী নবাবনা লানগী কোন্নুং থাদোকখিঙৈ চেল্লকখি, লীরকখি মনাওনা পীরম্বা পাউ মতুং ইন প্রভুগী বৃন্দাবন খোঙ্গুল। থেংনৈ বারাণসীদা প্রভুনা বৃন্দাবন্দগী হন্দোরকঙৈ। তাকপিখি প্রভু মঙোন্দা থা অনী চুপ্না ধর্ম্মগী তত্ত্ব পুন্নমক, থাখি তন্না মহাকপু বৃন্দাবন্দা মনাওগী মনাক্তা মচীম্মনাও চণ্ডনুনা নোহো বৃন্দাবন সেমগৎনবা, ভক্তিগ্রন্থশিংসু ইথৎনবা।

সনাতন য়োরে বৃন্দাবন, মনাওশিংগদি থেংনম্রে। ঈ পাউ পুন্নমক গৌড়গী

নিংথৌ অমনবা জাত তাদুনা বৃন্দাবন বাস তৌদুনা লৈরবা স্ববুদ্ধি রায়দগী তারে। মথুরা মাহাত্ম্যগী লাইরিক লাইত থি খোত্নুনা লীলাস্থলীশিং পুথোক্লবা কন্না হোৎনরে। হোৎনা হোৎননা প্রভুগী দর্শন ঙম্থৌ কনশিল্লকপগাময়াথংগা লৈবনা নীলাচলগী তন্না খোঙশাল্লকখি। ঝারিখণ্ড ফাওদুনা লাকপদা কাঙ তুমিং থীনা চৌক্লকপা, চৌংঙুং মাম্নংগী মহুচেনবা ঙম্শিংগা থক চারকপা, হিপকম চাকম থঙলক্তবা—পূম্নমক পাদুনা মশা থীনা পাৎ পোম্লকখি, নীঙথায়দে হায়বদ ভায়খি। পুঙমখিদে মশা, খাঁঙমখিদে চৈনা, থনখি—

"পাপোহহং পাপাত্মা পাপকর্ম্মাহং"

"পাপ্নি ঐ পাপকী মপোক পাপ্ত লঙবা। তারে ঐগী ইপোক্নি অরেম্বা মীপোক। য়াররোই সাধন কৌব'মক্ত দেহ মতাসিনদি। অদুদি কৈদোবা!" লেপখি মবুক্তা "লোইশিল্লগে হন্দক্নিমদি কাংদা কাংগী কাংথোঙদা"।

য়োরে নীলাচল। ব্রহ্ম হরিদাসগী কুটীরদা চঙ্লে সনাতন। হরিদাসস্ত ওক্লে মাবু তরাম।

নোংমগী অমুক্তি য়োই প্রভু হরিদাসগীদা, কায়দে থক। ফংজরে সনাতন প্রভুগী দর্শন। প্রভুনা কোনগে চঁদি, মহাক্না থৈদোকই, হায় "তোল্লবা মীপোক্তগা পোক্লে ঈশানগা পুল্লে, কোনবিগন্থ—দোষ ওইরনি"। য়াদে অদুবু প্রভু, কোল্লি নমদুনা ভক্তবু—তৈ হকচাংদা ঙম্ নাই, তৌদে অদুবু করি নাচুংব'মক্ত।

নোংমগী রানি। জগন্নাথগী উপল ভোগ দর্শন লোইরবা তুং খোঙদোই-রকখি প্রভু হরিদাসগী কুটীর তম। কোনবি ভক্ত অনীবু ফন্ধল্লি নাকয়েত্তা। থোগল তৌরকপা ভক্ত ময়াম্না ফম্নি থা মচেৎ সানা মাঙদা। চীঙ্গোইরকই প্রভু সনাতন চিংনা য়েং—

ফংলোই কৃষ্ণ দেহ ত্যাগনা থঁঙু সনাতন।
ফংঙি মাবু ভক্তিদনা তৌ চেৎনা ভজন॥
চঙদবনি ঈশ্বরদা জাতি কুল থক।
প্রেম্নি মাদি চানবি অতোন অতা কিন্থ থক॥
থাদোকউ অমাংবা রাথল পুরিবা নংনা।
শিবা য়াত্রি লৈরি থবক পুদোবা নংনা।

তুথি সনাতন প্রভুগী চরণদা কপ্পি, থওদে কপ্পিগী কপ্লিবা। থঁড়ি মহাক মশা'মা থঁডি প্রভু'মা। অাই মপোল প্রভু—

লৈরে ঐদি সিদা থওলে ইমাই য়াথংনা।
পুবা তারি বৃন্দাবনগী থবক্তি নংনা॥
কংথরবা নত্তবরা নশা ঐঙোন্দা।
চল্লবা নত্তবরা নং ঐগী লনশীংদা॥
করি মাঙহনগে থোরাংলি নং ঐগী ইরল।
ধরম নস্তে থঁঙ্ মাঙহনবা মীগী লল।

সনাতন মশা কুলীন ব্রাহ্মণনি, পণ্ডিতনি। অদুবু, নবাবকী থবক তৌরুবা, মচেঙ চারুবদুনা মশাবু থীনা হম্বনা থনখি, ব্রাহ্মণনি লৌবা ঙমজখিদে। অদুদা অমুকম্থু মশা পৃম্বা নীঙথায়গদোঙ্গম পাৎলে, অত্তনা মশাসি থীনা মাংনা লৌজখি। অচ্ছুত্ত অচ্ছুত্তৌনা মহাক অচুম্বা লম্বী চত্তে, থৈ থৈদুনা মী চত্তবা য়েংদুনা চৎলি। নোংমা ঙ্গমিৎ য়ুংবা ঙ্গংশানা যক লাউবা মতমদা যমেশ্বর টোটা চৎলি, প্রভুনা ভিক্ষা মফমদা কৌবনি। মহাক্তি সডক অচুম্বা চত্তবর্নিনা সমুদ্র মপাল থোঙথাবদা পোক্লবা লৈঙোইদা চৎলি। কুটীরদা হল্লক্লবা মতমদদি মথোঙ লোইনবা থীনা ঙ্গশিং হাল্লে, থাদুনা চৎপফাও ৱারে। থঙ্খি মবম প্রভু, পেনখি ভক্তগী অচেৎপা দৈন্যদা, পীনথি প্রেমগী আলিঙ্গন।

প্রভুনা করি হঙ্গোইবা লৈতনা প্রেম আলিঙ্গন হেক হেক পীনবা, মহাকী পৎ-পুম্নবা মশাগী ঙ্গ-নাইনা শ্রীঅঙ্গদা হেক হেক তৈবসি ভক্তগী থম্মোইদা থীনা শোকই। নীলাচল লাকঙ্গেগী মথম্মোই নোংমত্ত লৈতাদে। প্রভুগী লেঙলকপা মতম হেক য়োরকপদা মশা লৈফম থওদে, শৌবিংবা হৌই, থল্লি "পূণ্যগী লাকপনি, পাপ্ত মরওলে—কয়া কুইনা লখিবা"। রথ লোইবগা চেল্লগে লেপ্লে।

প্রভু থওলে ভক্তগী মবুক, পেল্লে লোইনা, উরে পীনবা য়ারে অয়োইবা কৃপা, চীনগোইরকই—

সন্ন্যাসীনি ঐদি সমদৃষ্টিনা ধর্মনি।
চন্দনগা লৈনাঙ্গা ঐঙোন্দদি অমত্তনি॥

নখোয়না য়োয়নি ঐগী ঐনা নখোয়গী য়োয়হে।
করি হঙোইগদৌরিবা নখোই নপ্তে তিন্দে॥
তৈদরা মমাই মশাদা মচাগী অমাংবা।
উবরা করিগুম্বা নোং মমানা তিজুম্বা॥
নংনা পৎনা পুন্না লাকপা কৃষ্ণই ইচ্ছাননি।
য়েংগে ঐগী ধরমগী চাং মানা তৌবনি॥

দীক্ষাদা কৎলিদনা ভক্ত কৃষ্ণদা মশা।
লৌরবনি অতুম 'মতুনি কৃষ্ণনা মশা॥
ওইরবনি তুংইন্না চিদানন্দগী মশক।
পুই'তুনা চরণসেবা ভক্তনা—অথুপ্পা শক॥

হায়না হায়না প্রভু কোনথি সনাতনবু মথাদা চেৎজেৎ। অদুকপা প্রভুগী লীলানি, সনাতনগী অপোম অতং মাঙখরে লোইনা মিৎনা কুপ্পা-ঙং, নীংথিথি মশক কুমারগী মতম। শকথি ভক্তশিং ভক্তগী ধনা। পেনখি ভগবান ভক্তগী গুণ কীর্ত্তন্দুদা। পোল্লি ভগবান ফনা নীংথনা ভক্তগী মথা।

লৈরে সনাতন দোলযাত্রা ফাও প্রভুগী নাক্তা। দোল হেক লোইবদা শিন্নরে ভক্তদা নৌহৌনা প্রভু ব্রজ ভ্রমগী ভার, পীনরে বিদায় তন্নমক।

খোঙশাল্লে সনাতন বৃন্দাবনগী প্রভুগী য়াথং লুদা থোং চৎলি ঝারিখণ্ড ফাওতুনা প্রভুনা লেপ্পিবা লম্বী। হুমিৎ থা কয়াগী মতুং য়োরে বৃন্দাবন। মনাওদি য়োরমন্ত্রি, মহাক্লচুগ ফনা কুইনা হাল্লে।

রূপ নীলাচলদগী বৃন্দাবন চুমদ্রিং চত্তে. ফৈ গোড়দা। মথোয় মচৌন্নমনাও অহমদা মনাও অনুপম লৈখিদ্রে, ময়াম্বা সনাতনগী লৈংহোঁংলু মুংদাগী অম্বা ওইনা তৌরে। মহাক্না মখোয় অহমগী স্থাবর জঙ্গম সম্পত্তি পুম্নমক দেবোত্তর, ব্রহ্মোত্তর, স্বত্বাধিকারীশিংগী অতো অতাবা শরুক কায়দনা য়েংশোকপা হোৎনবদা চহী অমা থর কন্না ফাই। অদুনা ময়াম্বনা বৃন্দাবন য়োবা হানখিবনি। অতুবু, থবক্না হেক লোইবগা অতুম হেক্লমক খোঙশানবনিনা. থর কানরবস্তু, উন্নবদি অতুম মউন্নরে।

মচীন্নাউ অনী চঙ লাইরিক লাইশু লোইনা থি মতম্না লুপথরবা লীলা স্থলীশিং তৌরে লোইনা উদ্ধার। লিংলে দেবালয়, চৎলে নীংথিনা ঠাকুর সেবা। থোইথোইবদি, মথোয়গী যোগশক্তিনা প্রেমাবতার গৌরাঙ্গগী শিক্ষা দীক্ষা লোইনবা কৃপা লোইনা শেংনা লাচন্দুনা ধর্ম মশাগী লেঙদবা ফৈরা থিল্লম্বদ নত্তনা জগত্তা প্রেমগী মঙাল চাউনা পীরম্লিবসিনি।

শ্রীমদ্‌সনাতন গোস্বামীগী প্রেমভক্তিগী মশক্মক ওইরবা থোর্ক্লেংগী অবদান—মমম্লাইদ্রবা লাইরিক মরি, ফাওই বৈষ্ণব জগত্তা, মানি মথোয়গী নীংথিবা মিংথোন্দি বৃহদ্‌ভাগবতামৃত, হরিভক্তিবিলাস, লীলাস্তব, বৃহদ্‌বৈষ্ণবতোষণী।

তরামণ্ডা

# অরোইবা চহী তরানীথোই

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবা
স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভাৎ
তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ।

স্বরূপগোস্বামী-করচা

শ্রীরাধাগী প্রেমগী থাক্লা কৈদা, প্রেমদুমক্লা মানা চুপ্পা
ঐহাক ইশাগী অঙকপা মাধুর্য্যগী থাক্লা কৈদা।
মানা ঐগী প্রেমদই হুণ্ডাইবনা কয়াম থণ্ডনীংলু হন্নিনা থাজ
ওংলবনি মাই ভাব লৌ শচীই পীবুক-ঈথেন্দা।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা জগত্তা ঙাল্লম্বা চহী নীফুগা নীপান্নি। চহী কুনগা মরি মপুংদা সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌবা; আইগী য়াথং মতুং ইন নীলাচল থোঙদাবা; চহী তরুক দাক্ষিণাত্য, গৌড় অমসুং বৃন্দাবন কোয়বা; অমুক চহী তরক অমা, গুরুগী আসন লৌবা, ধর্ম্মনা তুং কোইহৌনবা মস্তিকচাবা ভক্তশিংদা ঈশ্বরতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্বনচিংবা অথুপ্পা তত্ত্ব শুম্নমক্কী শিক্ষা দীক্ষা পীনবা—অসি থিবিক্মি লোইনা মথক্তা তেন্না শাংনা লীপ্রে। লীবা য়ারে হৌজিক্তি অরোইবা চহী তরাগা নীথোইগী থোঙফম।

লাকখি অদ্বৈতাচার্য্যগী পাউ অমা—জগদানন্দনা পুরকপনি। তরজা ওইনা চেন্নকপনি। তরজা হায়বসি কবিশিংনা চন্নবা পাথোঙ মওং অমনি। চন্নকই—

বাউলকে কহিয় লোক হইল আউল।
বাউলকে কহিয় হাটে না বিকায় চাউল॥
বাউলকে কহিয় কাজে নাহিক আউল।
বাউলকে কহিয় ইহা কহিয়াছে বাউল॥

আউল ওইরে লোইনা মী হায়ুকো বাউলদা।
তাইবা নৈত্রে চেঙ কৈথেন্দা হায়ুকো বাউলদা॥
আউলদি পায়দে থবক হায়ুকো বাউলদা।
সিনি বাউলনা চেল্লকপা তম্মু বাউলদা॥

পাখোঙ অসি চৈতন্যদেব নগুনা স্বরূপনচিংবা পার্ষদ অমত্ত থঙবা ঙমখিদে। প্রভুনস্ম থৌগনশিংনা থঙনীংলে থঙনীংনা থোইনা ময়েক শেংদোকপিখিদে। আচার্য্যদি মহাযোগেশ্বরনি, বেদ শাস্ত্রগী মতুংইন পূজাগী বিধি বাযদনা চৎপ। অঙকপা ভক্তনি—ৱাহৈ অমনীসিদং শোম্বাংননা মবুন্নীংদি অমপোমদা হুন্না ঙাঙলগা মচীল অতুম থুপচিনখি, তন্না অতুম লোইশিনখি। মতাদুদা স্বরূপ মবুক্লীং ঙহাক লম্মাঙনৈ। মাঙলুনি' তুবু কয়া কুই স্বরূপকুম্বা ভক্তগী মবুন্নীংনা। খঙ্খি তন্না হোগদোরে প্রভুগী পুনশি-লীলাদা অনৌবা অঙ্ক অমা, শকপনি অতুনোং জল-তুলসী কৎ হুঁকার তৌ কৌথবা অদ্বৈত আচার্য্যনা বিষ্কম্ভক।

অদ্বৈতগী পাউ হেক ফংবা হুমিৎ, নৎপু নত্তে, মিকুপ অতুমক্তগী প্রভুগী ফিভম অমা অতুম হোংথরে—মগুং অমা অতুম চৎথবে। অয়ুক-ঙ্গংথিন্দি ফিবম অমা হোংলে হোংনা, মগুং অমা চৎলে চৎনা থরদুম ফনা থোকই। সমুদ্রস্নান কায়দে, জগন্নাথদর্শন শোয়দে, ভক্তশিংদা দর্শন অতুম মপীনৈ। অতুবু দৈন্যগী মমিনা খিত্তংগাদ লাংবা নত্তনা পূমকুপ কুপশিনখিবগুমমা তৌবনা ভক্তশিংগী থম্মোই খুদিং ৱাদবর্দি ঙমখিদে। অহিংদদি অৱাবনি মীয়োল চত্তে। কপ্পি—শিম্বে তত্তে মিত্তা পি, তৌই ভগবান্দা মশাগী দৈন্য-প্রার্থনা।

নাম্নামকারি বহুধা নিজসর্ব্বশক্তি
স্তত্রার্পিতা নিয়মিতঃ স্মরণে ন কালঃ॥
এতাদৃশী তব কৃপা ভগবন্মমাপি
দুর্দ্দৈবমীদৃশমিহাজনি নানুরাগঃ॥

নাম কোঙ্গায়নিদো ভগবন নংনা পীনরিবা
শক্তি লোইনা চেনবা সোনবা তান অকরুদবা

থৌজাল 'ঙক লৈন-লৈনমক পোক্ন্ নোংদম খীনা
পান্নু দেদো অন্নাবনি 'মত্তবু পুন্মিনা ॥

ন ধনং জনং ন সুন্দরীং
কবিতাং বা জগদীশ কাময়ে।
মম জন্মনি জন্মনীশ্বরে
ভবতাদ্ভক্তিরহৈতুকী ত্বয়ি ॥

পামজদে জগৎকী মবুঙো
মী লন থওদে নীংথিজবী কবিতা।
পামজৈ নংবুদদি পোক্নুবা
থৃদিং মন্থিদনা মুংশিজরুবা ॥

অয়ি নন্দতনুজ কিঙ্করং পতিতং মাং বিষমে
ভবাম্বুধৌ।
কৃপয়া তব পাদপঙ্কজস্থিতধূলিসদৃশং বিচিন্তয় ॥

হে নন্দই মপাবী অমম-তাইবং-ঈপাক্তা ঈরারুবা
নদাই ঐবু।
নঙী নংথোঙ-থম্বাল খাদা পকপা লৈরীক মতম
লৌবিয়ুগবা মপু ॥

নয়নং গলদশ্রুধারয়া বদনং গদ্গদরুদ্ধয়া গিরা।
পুলকৈর্নিচিতং বপুঃ কদা তব নামগ্রহণে ভবিষ্যতি ॥

সোক্নগবা কদোম্বং নঙী নাম
তৎপা লৈত পিনা মিৎকু অনীদা।
খোল্না তহিক তহিক মতৎ মতৎ
তুবূম থৃদিংমা লোইনা হৌ ইশাদা ॥

তৌরিবন্সি পূং অমত্তংগী অনীদংগীদ নত্তে, অয়াম্বা মতমদা অহিং নো শোয় নোংশোয়বগীনি। তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ, কপ্পা লাউবা—পুম্নমক অসিনা

হকচাংদা শোক্রক্তবা তৌখিদে, শোক্রকখি অস্তমস্তম নোংমনোং। শুল্লকখি কচু—তাইরকখি মায়থোং; উরকখি হকচাং তরোই তরোই—ফাওগুম তৌথি হকচাংদা তুকথবা, শোম্বুবা। ৱানখি স্বরূপ, রামানন্দনচিংবা পার্ষদশিং। ৱানরে ৱাননা অসিনবু লোইবিরবদি মথোয়দা পোথানিঙাইতুম থরবু ৈ ৱমগনি। অদুবু নৈয়ু তমখিদে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব রাধাভাব চৎকে, প্রেমভক্তি পীনগে, কলিনা চাহৎলবা জীবশিংবু প্রেমভক্তিনা কনবিগে লাকপনি। হৌজিক্তি য়েল্লে নাম পীনরে প্রেমভক্তি, ত্থিরে সঙ্কীর্তন—ভক্তিগী সাধন, পোক্লে শিযাস্ত কোঙ্গায়মা গুরুগী আসন লৌবদা, লৌথোবদা মতিক্কক চাবা। অদ্বৈত আচার্যনা নীংসিংলকপা মতুংইন সাধক অমনা চৎকদবা শাজৎস্ত মশামক্কা চত্তুনা উৎলে। ৱাংলবা হায়ববু মহাক্কা থঙ্গে তন্নকপা—

রাধাগী প্রেমগী থাক,
মহাক মশাগী মাধুর্যগী থাক,
মহাক্কী মাধুর্য চুপ্পদা রাধাদা
ফাওবা সুখগী থাক

অসিদা মঙায়রে, মসিদং থঙলগা থুপ্লগে খল্লুবরা থঙদে শান্নখি উৎখি অহিং অহিং রাধাভাবতা ব্রজগী প্রেমলীলা।

রাধা কৃষ্ণপ্রেমগী মশক্তি। শক্তিবতুনি অদুনোং ঠাকুর মহাশয়না মহাক্কী প্রার্থনাদা—

কৃষ্ণপ্রেমময়ী রাধা
রাধাপ্রেমময় হরি।

রাধাগী কৃষ্ণপ্রেম অয়োৌবা থাক্কীনি। প্রেমগী অয়োৌৱা থাক্তি মহাভাবনি। মহাভাবকী মশক্তি মফম মতম মওং পূম্নমক্তা কায়ন-মৈশা ইলাংদ লাংবনি। মিলন্দা ফাও কায়ননিকো থল্লবদা কায়নমৈথু লাং মিৎলু তরং হৌরিবনি। শক্তিবতুনি অদুনোং প্রেমগী কবি চণ্ডীদাস—

দুহুঁ কোলে দুহুঁ কাঁদে
বিচ্ছেদ ভবিয়া।

( কপ্পরি থাগা থাগা কোল
কায়ন-মৈথু তন লাং। )

ফাওখি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবদা শ্রীমতী রাধিকাগী কৃষ্ণপ্রেমগী মৈচাক। শকখি, কপখি—অঙাওবা মতম্রি।

যুগায়িতং নিমেষেণ চক্ষুষা প্রাবৃষায়িতম্।
শূন্যায়িতং জগৎ সর্ব্বং গোবিন্দবিরহেণ মে॥

হাঙলে লোইনা জগৎ পুম্বা গোবিন্দ কাযনবন্দিদা।
চৎলে মিকুপ যুগ অমা হৌরি তক্তে নোং মিংলুদা॥

'বিপ্রলম্ভগী মৈশা কল্লা লাং রারবী রাধিকাগা মতৌ য়েংঙমদ্রবী সখীশিংনা কৃষ্ণগা ময়িং যাম্বা মচৎ পুথোক্তুনা থাদোক্লো হায়রকপদা শ্রীমতীনা "ঐদি মিংয়াম্বতুদা ইমল কৌবা খিদনা পূল্লেম লেম্না ঐগী থরায়, হকচাং, পুন্নীং লোইনা কৎপ্তরবনি, চানবিবে মনাই, চানবিদ্রে মনাই, কদৌনি, লাইবক্কীনি" হায়খিবা রাকম নীংসিংজ্লবরা খঙদে প্রভু শকখি—

আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু মাম্
অদর্শনান্মর্মহতাং করোতু বা।
যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো
মৎপ্রাণনাথস্তু স এব নাপরঃ।

কোনবি হায মথোঙ পাঁনৈ হায চাংবিসন্তু।
নত্রে লোৎখিদ্রনা থম্মোই মৈ চুসন্তু।
তৌনিংবদ তৌবসন্ত মিৎয়াম্বদো।
মানি 'তুবু মাদনা থরায়গী মবুঙো॥

লেনখি অসুম অহিং মুংখিন ব্রজভাবতা লুপ, ব্রজলীলাগী মতাং মতাং লোইনা নীংসিং, মহাভাবতা তাউ অঙাওবগী মতম। মতম্ নত্তে, চপ চারবনি।

সমুদ্র ঈশিং মচুদা নীংসিংঙি যমুনা, নীংসিংলকই ব্রজলীলা মথং মথং। কুইনা কাউকরবা তুংশিখিবা রাকম, তুংশিখিবা চেংলৌ, তুংশিখিবা ইশৈ থংনীং নীংসিংলকপদা থম্মোইনা অরা-চঙাই অনীগী অপুনবা ঈযৈ চাবদি শোয়দবিনি, প্রকৃতিগী নিয়মনি। চায় অতুনা চৈতন্যদেব, ওহাক মঙদাই। গোপীগীত আবৃত্তি তৌই—কপ্পি, তুই, মঁাঙি থোংগুন। উই মাঙদা চটক চীং, নীংসিংঙি গোবর্দ্ধন —চেল্লি চীখোঙ তুম, তুই, তাই কুইনা মূর্চ্ছা লাং। হৈকোল অমা, লৈকোল অমা উরে কৃষ্ণগী ভাব তৌই—কপ্পি, নোকই, ভাওই তুই—লাই কুইনা অশিবগা পাংথক॥ জগন্নাথ দর্শন তৌরে শ্রীকৃষ্ণ ওইনা উই—কপ্পি। থোংগুল তারক, অমুক বলদেবগা ভদ্রাগা পানা উরে মথুরা-বিরহ নীংসিংঙি, পুঙমদে থরায, রাম্বে—লীক্লাং হৈক্র তৎপনি, লোইনা চোইনা তাবনি। পার্ষদশিংগী রাবা লেংথি, শেন্নবগী নত্তে, শেন্নবদি জন্ম কোটিগী পূণ্যননি লৌই—চঙাইনৈ রাবা কৌবা চঙদে, পোক্তে। রারিবদি প্রভুগী প্রকট লীলাদা অন্তিমগী মমি তাবগুম্বা অমা কিবদগীনি।

নোংমগী রানি। উদ্যান্দা ভক্তশিংগা থাবল লাংতুনা শান্নরম্বদগী প্রভু খঙহৌদনা মাখি। স্বরূপ, রঘুনাথ, জগদানন্দ—মখোয় অসিদি প্রভুবু স্তকথা থাদবনি। প্রভুনা করি থোইনা খঙহৌবা লৈতনা চীক্নাঙনখিবদুদা অঙকপা অকিবা অরাবগা লোয়ননা কন্না মাংগৈ চাইথোরদুনা থিনখি। অহিং চুপ্পনি। ফংনফম থোক্তবা মঙ অমা চংথিবনা অহিং চুপ্পদু ফংথিদে। লীলা লোইশিন্নগে থুপপ্রবনি প্রভু তন্না খল নোং খোংবগুম কপ সমুদ্র মপান্দা তা-তাতনা লৈনখি ভক্তশিং।

নোংঙাল্লে। সমুদ্রদা ঈল হুল্লবা নীপা অমনা ঈন্দা থুবদগী লোক্তুনা পুরকখি প্রভুবু অশিবা মতম লেংদা থোং—মমিক্তদি তৎপা লৈত্ত প্রেমগী ধারা। সমুদ্রগী ঈপোম্নবা ঈথক্লবা অমুবা ঈশিংদা থানা মশেক্কা মঙালগা শান্নবা উবদা ব্রজগী জলকেলি ওইনা উরু শরুক য়াগে চোংথরুবদা মঙদনিনা ঈথক্কা অতুম চেনখিবনি শকই কবিরাজ। নোংথাংনা খনবা অমুবা নোং ঙমজবা কৃষ্ণগী কুচুনি নীংথিবা। থাবন্না ঈরায়বা অমুবা সমুদ্রদা ফংলম্বা য়াই কৃষ্ণগী দর্শন। মখোঙ-খম্বাল তমশিন্নবা য়াই প্রভু য়েফ-তুফাং মতম। সাত্ত্বিকবিকায় কন্না ফাও

মূর্চ্ছা ফংঙৈ ঈথক্লা কোযনা চেল শাস্ত্ররম্বা য়াই। থগুলুনি অরেপ্পা কনানবু প্রভুগী লীলা।

জনম অবধি হাম্ রূপ নেহারিনু
নয়ন তিরোপিত না ভেল।

পোকপদগী মিৎসিনা থক্লরবা মায়থোংনি
পেনবা কৌবদি মরৈঙরবা।

মানিসে 'সিনা রাধাগী কৃষ্ণপ্রেমগী থাক। ফাওথিবনি চৈতন্যদেবদা প্রেমসিগী মৈচাক্মক, শবথিবনি অহুনোং—

যুগায়িতং নিমেষেণ চক্ষুষা প্রাবৃষায়িতম্।
শূন্যায়িতং জগৎ সর্ব্বং গোবিন্দবিরহেণ মে॥

মহাভাবতা তাউখিবা, ডাওখিবদগী সমুদ্রদা চোংথরুবনি—লুপ্ল বনি। মহাভাবতা তাউখিবা, ডাওখিবদগী তকথি শ্রীমুখ লৈমায়দা অহিং নোংশোয়বা —অরাবগী মশক্লি প্রভুগী অন্তিম লীলা। থোঙ লোম্নে লোন্ন', অঙকপনি, চেনথি অহিং কযা মন্দির তম, তুরই কয়া মফম খঙদ তুদা খোংদা। কোপ্পা নক্তে পার্ষদশিং প্রভুগী থৌগন্দা। চঙদবনি—লৈনবনি, মথোয়দা বোমথোকপা কৌবা খিক্তফাও। অহুবু থোকই নোংমনোং অঙকপা ঙাক, ন'ঙি—নংবদ থংডি মথোয় পুঙমদবা অরাবা ঙাক। চৎলি, চৎলে অসুম অরোইবা চহী তম্বাগানীথোইগী লীলা।

শাস্ত্রে হৌজিক্তি লীলা ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব চহী নীফুগা নীপাল। ওক্লবয়া থগুদে থুংলবয়া মনীং তিনথি মতাংসিদা জগন্নাথদা অহুম। তাখি অসুম প্রভুগী প্রকট লীলাদা যবনিকা।

তন্নাতরুক

# গৌড়ীয় বৈষ্ণবমত

## অচিন্ত্য ভেদাভেদবাদ

সম্প্রদায়গী মশক দর্শন্না লেপ্পি। লৈনৈ অহুনোং বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মপুংনি চৎলিবা শ্রী, ব্রহ্ম, রৌদ্র, চতুঃসন—মরিমক মশা মশাগী দর্শন অমমম। লৈ অহুম গৌড়ীয়গীস্থ অমা। গৌড়ীয় বৈষ্ণবমত হায়নস্থ চৎলি, অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ হায়নস্থ খঙনৈ। বেদ অমসুং সাত্ত্বিক পুরাণশিংনা দর্শন অসিগী ভূমিনি। সাত্ত্বিক পুরাণদা শ্রীমদ্ভাগবতনা মপুংনি। লৌনৈ শ্রীগ্রন্থসি ব্রহ্মসূত্র ভাব তানবা ব্যাসদেবনা ইরম্বনি, সূত্র'সিগী লেঙদবা ভাষ্যমক্নি।

রূপ, সনাতন, সার্ব্বভৌম, রামানন্দ, স্বরূপ দামোদর, দাস রঘুনাথ, ভট্ট রঘুনাথ—মখোয়শিং অসিদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী অন্তরঙ্গ ভক্ত ওক্নি। মখোয়দি শ্রীমুখমক্তগী কৃষ্ণতত্ত্ব, জীবতত্ত্ব, ভক্তিতত্ত্ব, রসতত্ত্ব লোইনা তাহৌ-খঙহৌরবনি। মখোয়গী লূরবা জ্ঞানগী স্বত্বাধিকারীনা শ্রীজীবগোস্বামীনি। পূণাগী মশক ওইরবা মহাক্কী থোর্ক্কৈজনা তমথি খুদোল বৈষ্ণব জগত্তা নীংথিবা রত্ন ভাগবত-সন্দর্ভ। তাথি মতোল, লাকথি তন্না সর্ব্বসম্বাদিনী কৌবা অনুব্যাখ্যা, পোকখি অচিন্ত্যভেদাভেদবাদ। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী, বলদেব বিদ্যাভূষণ অনীনা মখোঙ শোগ মপূং ময়ৈ নীংথিনা ফা কহিবসিনি ওসি দর্শনগী জগত্তা অরাংবা খুভম অমা।

ভগবান আনন্দগী মশক্নি, পরম রসনি। শকই অহুনা শ্রুতি—

আনন্দো ব্রহ্মেতি ব্যজানাৎ।

আনন্দ পরমো রসঃ।

রসো বৈ সঃ। রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি।

কো হ্যেবান্যাৎ কঃ প্রাণাৎ যদেষ আকাশ ন আনন্দো স্যাৎ।

এষ হ্যেবানন্দয়তি।

আনন্দনি থঙ্ ব্রহ্মদি।

রসনি থোইথোইবা আনন্দ॥

রসনি মাদি। রসই মশক্কি ফং হৌড়াইনরিবনি। কোল্লিবা মানা নৎলগ্ন আনন্দ হিংনি কনা থরায় হক। হৌড়াইহল্লি লোইনা মাদি।

চুপকে মশাগী রস, চুপহনগে জগৎপুস্ত, শান্নগে লীলা সেম্বনি বিশ্বজগৎ মহাক্কী শান্নপুং। শকই অদুনা শ্রুতিনা অদুম—

একাকী ন রমতে। সোঽকাময়ৎ। একোঽহং বহু স্যাম।

আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে।

আনন্দেন জাতানি জীবন্তি।

আনন্দং প্রয়ন্ত্যভিসংবিশন্তীতি।

ইথন্নদি ওইদ্রে, থোক্লগে ঐ ময়াম লেপথি হৌংদা মা।

আনন্দমক্তগীনি পোক্লিবা লেঙ-পাল অপূম্বা।

আনন্দনা হিংলিবনি লোইনা।

তান্নৈ আনন্দ শিল্লুই 'ডুম আনন্দদা।

ভগবানগী শক্তি অহুম—চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি, জীবশক্তি হায়না থঙনৈ। চিচ্ছক্তিনা অন্তরঙ্গানি, মায়াশক্তিনা বহিরঙ্গানি। জীবশক্তি জ্ঞাঞ্চেনবা শক্তি ওইবনা চিচ্ছক্তিগা অমত্ত ওইনা থোক্লবস্থ ঈশ্বরদা তুংলুদবনা বহিরঙ্গা ওইনা চৎলি অদুম। বহিরঙ্গা ওইনা চৎলবস্থ মায়াশক্তিগী থাক্তাদি কুমদে। কারনা! মানি মানা জ্ঞাঞ্চেনবা, মায়াশক্তিনা জ্ঞাঞ্চেন্দবা। লৈ অদুনা মাদি চিচ্ছক্তিগা মায়াশক্তিগা অনাগী মরক্তা। কৌনৈ অদুনোং মাবু তটস্থা শক্তি। ভগবান্দি মায়াগী রাংমদানি। ঙমদে মায়া মাবু শোকপা, শোক্তে থক। মাগী ওইবা পূম্নমক চিচ্ছক্তিনা তৌই লোইনা অদুম, চঙদে মায়াশক্তিগী খূৎ কদোক্নংদা করিসুং। মায়াশক্তিগী হায়ববু, মঙোন্দা চিচ্ছক্তিনা তোংলগদ সেম্মি জগৎ। অদুগুম জীবশক্তিস্থ মঙোন্দা চিচ্ছক্তিনা তোংলগদ পোকই জীব। সেম্মি অসুম ভগবান জগৎ অমসুং জীব, শান্নৈ পেম্না লীলা।

জগৎকী মূলতত্ত্বদি চিংস্বরূপনি, মানি মাদি অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব—অনীসুদবা, অমত্ত ডায়বা জ্ঞানগী মশক। বেদান্তশূবশিংনা কৌই মাবু ব্রহ্ম, যোগনা লম্বী ওইবশিংনা পরমাত্মা, ভক্তিনা লম্বী ওইবশিংনা ভগবান। মসিমক্তি থঙজিল

উশিনবগী থাক থেন্নবদগী থোকপনি। শক্তিবিকাসগী মতুং ইন পরব্রহ্মগী স্বরূপ কয়ানি। ব্রহ্ম অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মরক্তা তাবা স্বরূপ পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগুম মানি লোইনা সাকার—রূপমক্তি অপ্রাকৃত ঙাক। ব্রহ্মদা ভগবচ্ছক্তি থ্‌ায়দগী চিনা ফাওই, পরমাত্মাদনা হয়াউ-তয়ামগী শক্তি থুপচিল্লি, ভগবান্দদি ভগবচ্ছক্তি লোইনা স্থনা ফাওই। ভগবচ্ছক্তি লোইনা সনা ফাওরিবা ভগবানগী পংথৈদা তারিবা স্বরূপশিংদি ভগবান স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণগী স্বাংশকলা ঙাক্নি।

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্।
ইন্দ্রারি ব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে॥

ভাগবত

মানি কৃষ্ণ ভগবান্মক অতৈনা মশেক মঙাল ঙাক।
কৈন্না জগৎ হিংচা মৈশা যুগ যুগদা হেক হেক লাক॥

কৃষ্ণমেনমবেহি ত্বমাত্মানমখিলাত্মনাম্।
জগদ্ধিতায় সোঽপ্যত্র দেহীবাভাতি মায়য়া॥

ভাগবত

থঙ্‌ লেপ্না কৃষ্ণসে মানি লেঙপাল পূম্বগী থবায়।
জগৎমঙ্গলগী 'তুক পুশিন্নবদনি মীগুম কায়॥

মানি অতুনা শ্রীকৃষ্ণ জগৎকী মূলতত্ত্ব। মানি মাদি পরতত্ত্ব, অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব। নত্তে মাদি অবতার, মানি অবতারী—অবতার পুম্নমকী কারণ।

ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্॥

ব্রহ্ম সংহিতা

মানি কৃষ্ণ থোইদ থোইবা লাই সচ্চিদানন্দই মশক।
অনাদি আদি জগৎ-সৃষ্টা কারণ পুম্বই কারণমক॥

ভগবানগী রূপ চৎলি অনী—অকিবা অমা, নুংশিবা অমা। অনিদা নুংশিবা রূপ্তু নি শ্রীকৃষ্ণগীদি। অমকপা লৈত্তনা ফজবা, অম্রাৎপা লৈত্তনা নীংথিবা, ভগবান স্বয়ং ওইবা মদোমগীদ ওইবা মফজ, মনুংশিগী মশক্নি। নুংশিবা,

ফজবগী মশক কাম কৌবা 'লাইমল্লা মিহৌদব', মিত্তাদবা ভমদব। শকফগি মাগীদি। কৌনৈ অতুনা মাবু মদনমোহন—কান্না লুংা শকফম। শক্তা মপা লৈত্তবদ নত্তে, গুনদসু অতুমঙাই। মশা অমত্ত ওইবা নাবায়ণমক্তগী গুন মরিনি থোইরিবা।

(১) সর্ব্বাদ্ভুত-চমৎকারলীলা-সমুদ্র-বিশিষ্টতা,
(২) অতুল্য-মধুর প্রেমপরিশোভিত-প্রিয়মণ্ডলযুক্ততা,
(৩) ত্রিজগন্মানসাকর্ষিগীতপপায়ণতা,
(৪) চরাচর-বিস্ময়কারী স মাধুর্য্য-বহিত-রূপ শ্রী-যুক্ততা,

মানি মাদি জগৎ পুম্নমক্তা ভক্লবা শীংনাইদবা অমম্বা লীলা ভাক শাল্লবা হৈবা, চুংশিজবা থেংলবা থেংলবী কোঙ্গায় কোঙ্গাযনা ইশঙদ শঙতুনা লৈবা, মরোল-অহুম গুবা ইশৈ শকপা হৈবা, অচচ্চত্ত লোইনা ভকপা অথোই পাংথক লৈত্তনা ফজবা, নীংথিবা। মতুমক্তা মহালক্ষ্মীমক মাগীদমক থোইরাংদবা ভমদ্রতুনা মহাকপং যমুনা মপান্দা বেলবন্দা অকনবা তপস্যা তৌরম্বিবনি। অঙকপমক্তি শ্রীকৃষ্ণ, মধুরনি মধুর মহাক্কী শক্তম।

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভোঃ।
মধুরং মধুরং বদনং মধুরম্॥
মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদহো।
মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম॥

কৃষ্ণকর্ণামৃত

অঙ্গ য়েংলে ইবুংঙোগী মধুরনি।
মায়থোং য়েংলে অতুমঙায মধুরনি।
অমৃত-চেনবা মোমোন্দি 'মুক করি হায়নি।
মধুরনি মধুর মধুরমক্তি।

থোইথোইবা গুন অমনা মহাক্কী অমুক—সমুদ্রনা জগৎকী নোং পূম্বা হুক্লে হুল্লা মযেং থক তাদবগুম, মণিনা সনা মপৈ মপৈ গোক্লে থোক্কা মশা থক কায়দবগুম, অচচ্চত্ত লেঙ-পাম্বিদা পুম্নমক মঙোন্দগী তোইনা থোকই হাযতুনা

করি তাবা, কায়বা হোংবা লৈতবা মহাক্কি পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ। শকই অদুনা শ্রুতি।

ওঁ পূর্ণমদঃ, পূর্ণমিদং, পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে॥

অথুপ্পা থঙদে অফোংবা মানি লোইনা ব্রহ্মই মশক।
পুথোকই লোইনা 'সিপুম্বা তাদে মাগী ময়েংদি থক॥

জীব চিৎকী মশক ওইবা ভগবানগী অংশনি—চিদংশনি। ফাওই মীদা মপুং ফানা জীবশক্তি, ফায় মপুং প্রাণ। কুম্মি অতুনোং মতাং মতাংদা ভগবান মীগী জগত্তা, মীগী মশক্তা, শান্নে লীলা হেক হেক। লোইবা থম্বা নাইদবা মতমগী তৎপা লৈতবা মাগী অথুপ্পা লীলাদা অহোংবা অমা ওইনা থোকপগা, অফোংবা লীলাসিদনা মথল মথেল থোইনা হেন্না স্নবগা থোইনা হেন্ন পেন্না শান্নবদ নত্তে, তাকই—তাকপনি মশক, উৎলি—উৎপনি মাগী নম্বী।

ব্রজভূমগী লীলা থোইথোইবনি মহাক্কী অফোংবা লীলাদা। উৎলম্বনি অথুপ্পা লেঙদবা লীলা, তাক্লম্বনি লেঙদবা মুঙাইবগী লম্বী—থিরকউ ঐবু জগৎ, তম্লকউ ঐগী লম্বা, ফংগনি থোইথোইবা মুঙাইবা—পূর্ণানন্দ, ব্রহ্মানন্দনা শোকঙমদবা।

মী চৎলি মথল অনী। অমনা ঈশ্বর থাজনা পোকই; অমনা থাজদনা পোকই। থাজনা পোকপা মীদা মায়া পঙচঙ চঙদে, থাজদনা পোকপা মীদা মায়া থীনা চঙি—চেক্লি, লাক্লে, থীনা তৌই। অদুদি, পুম্মাঙমক মাঙলবরা! মাঙদে। অৱাবদগী মতোমদনা ঈশ্বর নীংসংজরকই হায়, থোজালহৈবা মীশক অমগী পাউত্তাক ফংঙি হায়, খুদোং অমদগী শ্রবণ কীর্ত্তন তৌরুই হায়, মায়াগী লাংদগী অতুম মনাম্বোকই।

মী ভগবানগী নিত্যদাসনি, সেবাগীদমক লেম্বনি। ভগবদ্ সেবা তৌদবা পুনশি অরেম্বনি।

জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগ ভক্তি—ঈশ্বরগী লম্বী ভাক্লি। থোইথোইবদি ভক্তিনি। ফংঙি ভক্তিদি অতৈ থিবিক্কী ফল, চুমদে মংবা অতৈ থিবিক্লদি ভক্তিগী ফল।

ভক্তিগী অর্থ অয়োবা প্রেম হায়বনি। কনাগুম্বা অমবু নত্রে ঈশ্বরবু থেংনা হুংশবা থঙনৈ।

সা কস্মৈচিৎ পরম-প্রেমরূপা।
সা তু কর্ম্মজ্ঞানযোগেভ্যোঽপ্যধিকতরা॥

নারদ ভক্তি সূত্র

মানি মাদি ( ভক্তি ) হেক্ক য়ুংবা কনাইকা।
মানি 'মুক্ত' জ্ঞানকর্ম্মযোগ খিবিক্কই থোইবা॥

সা পরানুরক্তিরীশ্বরে।

শাণ্ডিল্য ভক্তিসূত্র

মানি মাদি ঈশ্বর থেংনা হুংশিবা।

অহৈতুক্যব্যবহিতা যা ভক্তি পুরুষোত্তমে।
সালোক্য-সার্ষ্টি-সারূপ্য-সামীপ্যৈকমপ্যুত॥
দীয়মানং ন গৃহ্নন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ।
স এব ভক্তি যোগাখ্য আত্যন্তিক উদাহৃতঃ॥

ভাগবত

চুম্রদ ভগবানবু পঙক্লংদ হুংশিজবশিংদা।
সালোক্য সার্ষ্টি সারূপ্য সামীপ্য অমা পীবদা।
ঐগী সেবাদং নত্তনা লৌরোই মথোয় কনামত্ত
তাকই 'সিনা ভক্তিযোগই থাক লৈ মথোয় খ্বায়গী থক্কা॥

ভক্তি চৎলি অহুম—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি, কর্ম্মমিশ্রা ভক্তি, শুদ্ধাভক্তি। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা ফংগনি মোক্ষ—অরানবা থুডম; কর্ম্মমিশ্রা ভক্তিনা সুখ—য়াইফবা মপোক; শুদ্ধা-ভক্তিনা ঈশ্বর—ঐশ্বর্য্যগী মশক।

শুদ্ধাভক্তি চৎলি অনী—কৌই অমনা বৈধী ভক্তি, অমনা রাগাত্মিকা। বৈধী ভক্তিনা ফংগনি ভগবান, রাগাত্মিকানা শ্রীকৃষ্ণ—পূর্ণ ভগবান।

ভক্তিগী অঙ্গ হুমদ্রিনি। শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, সেবন, অর্চ্চন, বন্দন দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন—মাপল্লিনা মপুংনি। থোইথোইবদি মাপল্লিদা মানি কীর্ত্তন।

নামরূপগুণাদিনামুচ্চৈর্ভাষত্তু কীর্ত্তনম্ ।
বহুভি র্মিলিত্বা কীর্ত্তনং সঙ্কীর্ত্তনমুচ্যতে ॥

ভক্তিরসামৃতসিন্ধু

নাম রূপ গুণ চিংবা খোল খোল্ল সোনবনু কৌই কীর্ত্তন ।
সঙ্কীর্ত্তন হায়না খঙনৈদো তৌরো ময়াম পুন্না কীর্ত্তন ॥

নীংথি, চাউই ওক্পা কীর্ত্তনগী ফল । শকই শ্রীমদ্ভাগবত—

কলিং সভাজয়ন্ত্যার্য্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিনঃ ।
যত্র সঙ্কীর্ত্তনেনৈব সর্ব্বস্বার্থোঽপি লভ্যতে ॥
( ১১ । ৬ । ৩৬ )

কলিদদি সঙ্কীর্ত্তনদমক থুংনৈ লোইনা অনীংবা ।
ওক্লে চুনা মাবু হরাউ হবাউ অংচাং লোইনবা ।

কলে র্দোষনিধে রাজন্নস্তি হ্যেকো মহান গুণঃ ।
কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তবন্ধঃ পরং ব্রজেৎ ॥
( ১২ । ৩ । ৫১ )

দোষ-পায়বা কলিগী লৈদো পাক্কন গুণমা চাউরবা ।
কৃষ্ণনামদ সোনবদা কোকই হেক্ত না কাম্ন ধাম থোইবা ॥

কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরিসঙ্কীর্ত্তনাৎ ॥
( ১২ । ৩ । ৫২ )

সত্যদা ফংনৈ ধ্যান্না বিষ্ণু ত্রেতাদনা যজ্ঞনা ।
দ্বাপরদা সেবানা কলিদনা নামসঙ্কীর্ত্তন্না ॥

বৃহদ্বিষ্ণুপুরাণনন্ত শকই অদুম সঙ্কীর্ত্তনগী মাহাত্ম্য—

সর্ব্বরোগনাশনং সর্ব্বোপদ্রবনাশনম্ ।
শান্তিদং সর্ব্বারিষ্টানাং হরের্নামকীর্ত্তনম্ ॥

কোকই লোইনা অনা অয়েক চেল্লি লোইনা তিমুলাইমু ।
লোল্লবদা হরিনাম শেনফে লোইনা গ্রহই রিষ্টিম্ম ॥

কৈতন্যাস্তি কর্ম্মজং লোকে বাগজং মানসমেব চ।
যন্ন ক্ষাপয়তে পাপং কলৌ গোবিন্দ কীর্ত্তনম্॥

গোবিন্দ সোনবদা কোক্লোই কলৌ পাপ' খল্লু—হায়রুবা।
নৈরবনি থুং লৈসিংগা পাপ্পা মাসিমুক চাউবা॥

শরুম্মি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা অতুম—

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনম্।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূজীবনম্।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনম্।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনম্॥

শিক্ষাষ্টক

থম্মোইগী ভুংশেল শেংনহনই সংসারগী জমজাউ লমৈ মুৎনবাই।
য়াইফ থাবিকথা ডান্নবাই ইংজবী মোংগুম্বী বিদ্যাগী থবায়।
ঙুবাই ঈপাক ঈকানবাই খোংথাং খুদিং অমৃৎ খোবুম থন্নবাই।
ওইরি থোইনা জয় শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন থবায় হকচাং শান্দেংনবাই॥

ঈশ্বরদি নামগী মশক্তি—নামশক্তি। সার্থক মাগী নাম খিবিক, নত্তে অমত্ত নিরর্থক। তৌ নাম কীর্ত্তন, পোক্কনি প্রেম। কাউন্থ সম্বন্ধ শ্রীকৃষ্ণ, অভিধেয় ভক্তি, প্রযোজন প্রেম। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মশক্তি—প্রেমশক্তি, ফংগনি প্রেমনা—প্রেমনা। প্রেম ফংগনি নাম কীর্ত্তন্না, তৌ তৎপা নৈত কীর্ত্তন।

বিনা প্রেমসে না মিলে নন্দলালা।
প্রেমনা নত্তনদি ফংদে নন্দলালা।

মীরাবাই

প্রেম ভগবানগী স্বরূপশক্তিগী মহুংচুনবা হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি অমনি। ভগবানদ নৈ। মহাক্তি থোজালগী মশক্তি, তত্তে চাই মাদি জগৎ থুংনা প্রেমামৃত হেক হেক। ভগবান থাজদনা পোকপা মীওইদদি মশা মায়ানা থীনা কুপ মথম্মোই মচু থীনা শং অরুবা পক্কবনা চঙদে পঙচঙ, য়োদে পঙয়ো। থাজনা পোকপশিংদদি তত্তে, য়োই। কমিনা! মী লেবাগী, সেম্বনি ভগবান্না

লীলাগী, মানি অদুনা মাদি ভগবানগী নিত্যদাস—লেঙদবা মনাই। চেন্নকই অদুনোং মশাদা সেবাগী থাসনা—সেবা পাঙ্বা ঙংগী ওইবা লীচৎ অমা। ভগবদ্‌-কৃপানা মায়ানা খিত্তুং শেনকবদা মথম্মোইদা প্রেমগী মঙ্গ তাই—চোংঙি ময়োল। সাধন্না মথোঙ শোম ঈচাই পী প্রেম্না নোংমনোং ঈনথৎলকপা মত্তুং ইন ভগবানগী শুদ্ধসত্ত্বাগা নকশিন্নবকই মথম্মোই। হেক তিনখিবদগীদি জগত্তা লৈনা লৈনা জগৎ রাংমগী অদুম ওইগ্রে। চলে ভগবান মখুৎ অদুম। মীগী জগৎসিদা চৎলিবা ঙংশিনবা মরীশিংনা স্নকশোক শোকপা য়াত্রবা ভক্ত ভগবান অনীগী মরীনি—মথা পুন্সোন পোন্নবা।

প্রেম্না হৌবা রতিদনি। কায় থাক মথং মথং। কৌই স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব, মহাভাব। রতিস্নু প্রেম্নি, অদুবু, প্রেম্না মশক্সক নাইবা হৌবদি স্নেহদগীনি। প্রেম্না মশক নাইরক্ত্না থম্মোইবু ঈক্কী চেংলনবা ঙম্নকপদা স্নেহ কৌই। স্নেহ পোক্নবদা থাননীংদ্রে। স্নেহনা মপাল ফগৎলক মরো ভৌরক, রাক্নো-পুক্নো চাউরক্লগা মান কৌই। মান্না অমুক থাক কাথল্লক ঙংশিক্কবা মীশকপু ইশামক্লি, থরায় অমত্তনা হকচাং অনী থোকচবনি থন্নকপদা কৌরে প্রণয়, প্রণয়না কারগা রাগ। রাগনা মরমতরানা ঙংশিবা মীশক পেন্নবা হোৎনরকউ কৌরে অনুরাগ। অনুরাগদগীদি লাক্নে ঙংশিবগী মফমদা হায়জবা, চঙজবা থরায় হকচাং পুক্নীং কচ্চবদ থংবা মত্তৌমা। কৌরে স্নেহ মতাংদুদা ভাব,.ভাবকী অয়োবা মতাংদনা মহাভাব।

শ্রীমতী রাধিকা হ্লাদিনী শক্তিনি। ব্রজগোপীশিং মহাক্কী কায়ব্যূহ ঙাক্নি। বহুকান্তা নত্তনদি ভগবান্না প্রকট লীলাদা উজ্জ্বলরসগী স্নঙাইবা ফংলরোই কিদুনা মথোয় সেম্বনি। ফাওই অদুনা ব্রজগোপীদদা মপূং ফানা প্রেম। ভাবময়ী ঙাক্নি মথোয় লোইনবা। মানি শ্রীমতীনা মহাভাবময়ী। মথোয়গী প্রেম মোদন নত্তে, মানি মাদন। শক্নিবদুমি কৃষ্ণগণোদ্দেশদীপিকা—

রম্যা কাশ্চিদুপাসনা ব্রজবধূবর্গেণ যা কল্পিতা।
মানি লম্বী নীংথিবা ব্রজই চম্নরাশিংনা পুন্সিবা রাথল॥

তরাতরেৎ

# গৌড়ীয় বৈষ্ণব উপাসনা

আরাধ্যো ভগবান ব্রজেশতনয়স্তদ্ধাম বৃন্দাবনম্ ।
রম্যা কাশ্চিদুপাসনা ব্রজবধূবর্গেণ যা কল্পিতা ॥

গণোদ্দেশদীপিকা

নীংগনি ভগবান ব্রজনিংথৌ মপারি মাগী ধাম বৃন্দাবন ।
মানি লম্বী নীংথিবা ব্রজই চনুরাশিংনা পুথিবা থাথল ॥

শ্রীকৃষ্ণ জগৎকী মূলতত্ত্বনি । অবতার নত্তে, অবতারীনি । পূর্ণ ভগবান্নি । ভগবানগী অকিবা হুংশিবা—রূপ অমা হুংশিবা রূপতুনি শ্রীকৃষ্ণদি । অমকপা লৈতনা ফজবা, অরাংপা লৈতনা নীংথিবা, ভগবান মদোমগীদ ওইবা মফজ, মতুংশিগী মশক্নি । হুংশিবা ফজবগী মশক কান্না মিহৌবা শকফম্নি মহাক্নীদি । কৌনৈ অতুনা মাবু মদনমোহন—কান্না লুপ্পা শকফম । তিনবনি মঙোল্দা ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য, যশ, শ্রী, জ্ঞান, বৈরাগ্য—ভগ তরুক্নক ।

ভগবান আনন্দগী মশক্নি । অতুনা পরমরসনি । চুপচগে মশাগী রস, শান্নগে লীলা সেম্বনি জগৎ । বিশ্ব-জগৎ রঙ্গভূমিনি—লীলাপুংনি লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী । ভগবানগী লীলা চৎলি অনী—অথুপ্পা অমা, অফোংবা অমা । ভগবানগী সৃষ্টিদা অয়োবনি মী । ফাওই মঙোল্দদা মপুং ফানা প্রাণ । কুম্নি অতুনা মরক মরক মীগী জগত্তা, শান্নে লীলা ফোংনা হেক হেক মীগী শক্তমদা । শান্নবদ নত্তে চুম্নদ, তাকপনি মশক, উৎপনি মাগী লম্বী । ব্রজভূমগী লীলা থোইথোইবনি ভগবানগী অফোংবা লীলাদা । উৎলম্বনি অথুপ্পা কায়দবা লীলা, তাক্নম্বনি লেঙদবা হুডাইবগী লম্বী, "থিরকউ ঐবু জগৎ, তম্নকউ ঐগী লম্বী, হংগনি হুডাইবা থোইথোইবা ভগবানগী নিত্যলীলাদা সেবনগী অধিকার, লোয়ননা পূর্ণানন্দ, ব্রহ্মানন্দনা শোকডমদ্রবা মহুডাই ।

গোপালকৃষ্ণ প্রেমগী মশক্নি । কুম্নকপনি ব্রজভূম চুপকে মশাগী প্রেমরস । শান্নথি প্রেমগী লীলা, চুপথি পেন্না প্রেমরস মরি—নন্দ যশোদা অমসুং মথোয়গী পরেংদা বাৎসল্য রস । দ্বাদশ গোপালনচিংবা গোপ পরেংদা সখ্যদাস্তরস,

রাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংদা মধুর রস। উৎথি ভক্তশিংদা সাধনগী লম্বী— সম্বন্ধনা ঈশ্বর, অভিধেয়না ভক্তি, প্রয়োজননা প্রেমনি। তাকথি ভক্তিদা শুদ্ধাভক্তিনা থোইথোইবনি, শুদ্ধাভক্তিগী অয়োবা শক্তম্বু কৌই রাগানুগা ভক্তি। পুল্লি ভগবান প্রেম্না—প্রেমদনা পোল্লি মাদি ভক্তগী মথা।

জ্ঞান, কর্ম, যোগ, ভক্তি—ঈশ্বরগী লম্বী তাক্নি। থোইথোইবদি ভক্তিনি। ফংঙি ভক্তিদি অতৈথিবিরুবী ফল, ওমদে ফংবা অতৈ থিবিরুদি ভক্তিগী ফল।

ভক্তি চৎলি অহুম—জ্ঞানমিশ্রা ভক্তি, কর্মমিশ্রা ভক্তি, শুদ্ধাভক্তি। জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিনা ফংঙি মোক্ষ—অরানবা থুভম, কর্মমিশ্রা ভক্তিনা সুখ— য়াইকবা মপোক, শুদ্ধাভক্তিনা ঈশ্বর—ঐশ্বর্যাগী মশক।

শুদ্ধাভক্তিগী মশক চৎলি অনী। কৌই অমনা বৈধী ভক্তি, অমনা রাগানুগা। বৈধী ভক্তিনা ফংঙি ভগবান, রাগানুগা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণ—পূর্ণ ভগবান।

ভক্তিগী অঙ্গ হুম্ফু মরিনি। শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, সেবন, অর্চ্চন, বন্দন, দাস্য, সখ্য, আত্মনিবেদন—মাপন্সিনা মপুংনি। থোইথোইবনি কীর্ত্তন্না মাপন্সিদা।

ঈশ্বরদি নামগী মশক্নি, নাম্মক্নি। সার্থক্নি মাগী নাম থিবিক, নত্রে অমত্ত নিরর্থক। তৌ নাম কীর্ত্তন, পোকনি প্রেম। কাউন্ত সম্বন্ধ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র, অভিধেয় ভক্তি, প্রয়োজন প্রেম। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মশাক্নি, প্রেমমক্নি; ফংগনি প্রেম্না, প্রেমত্তনা। প্রেম ফংগনি নামকীর্ত্তন্না, তৌ তৎপা লৈত কীর্ত্তন।

প্রেমগী মশক মরিনি—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুরপ্রেম। মধুরপ্রেম্না থোইথোইবনি মরিদা। দাস্যনা মনাই ওইবনা চঙজবা মওংদা ভগবান্দা চঙজবা থঙনৈ। অহুম্শুম, সখ্যনা মরুপ ওইবনা চঙ্চবা মওংদা চঙজবা, বাৎসল্যনা মমা মপা ওইবনা মচাবু লুংশিজবা মওংদা চঙজবা, মধুরপ্রেম্না লুংশিনবী চান্নবী অমনা চঙ্চবা মওংদা চঙজবা থঙনৈ অহুম।

মধুরপ্রেমগী মশক চৎলি অনী—বৈধী প্রেম। অবৈধী প্রেম। বৈধী প্রেম পুই স্বকীয়া ভাবনা, পরকীয়া ভাবনা অবৈধী। বৈধী প্রেমদা সুদে প্রেমগী শক্তোল, সুই অবৈধীদদি। পূর্ব্বরাগ, রাগ, অনুরাগ, অভিসার, উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা, মান, মিলন লোইনা চৎলি। চৎলি তুংইন সুনা ভাব।

কায় মপূং প্রেমলীলা। ফংই চুপ্পা স্থনা প্রেমরস। চুপথি অতুনা ভগবান্না ব্রজগী প্রেমলীলা—পরকীয়া রস—সুপ্তি অতুনা স্বকীয়াদগী পরকীয়ানা মধুর-প্রেমগী ক্ষেত্রদদি। চঙবনি অতুনা পরকীয়া ভাবতা ভগবানগী প্রেমসেবা।

লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী অফোংবা প্রেমলীলাগী যোগমায়ানা সেম্বা অফোংবা বৃন্দাবন্নি বৃন্দাবন। পুথোকপনি পূণ্য ভূমিসিদা লীলাগী ভগবানগী সাঙ্গ পাঙ্গ লোইনবা। সেম্বনি বাৎসল্যনা খোঙদাফম দাস্থসখ্যনা খোঙলোয়। আনন্দগী মশক ওইবা ভগবানগী হ্লাদিনী শক্তিনা রাসেশ্বরীগী শক্তম লৌ মশাগী শক্তিনা গোপী ময়াম সেম পুরবনি পরকীয়া ভাবনা প্রেমলীলা। ভগবানগীদমক্ত অশেংবা রজঃ—লৈরীক চাইতনা সেন্নবা, মাগী রজঃ খুদিংমক ভগবানগী চরণ সেবা ফংলবা পূণ্যভূমি বৃন্দাবন। বৃন্দাবনগী দর্শন, মাগী রজঃ থক্তা গডাগডি অমুক্তং কচ্চবা মহাপূণ্যনি। জন্ম কোটিগী পাপ কোক্লবনি অতুম।

প্রেমগী সেবা চৎলি মওং অনী। অমনা মোদন্নি, অমনা মাদন্নি। মোদন্না ইশাগী চৎপা সেবানি—কাম্নি, কামগী সেবানি। মাদন্না নত্তে ইশাগী পেন্নবা চৎপা সেবা, প্রেমগীদমক্ত পেনবিনবা চৎলুবা সেবান্নি—প্রেম্নি, প্রেমগী সেবানি, নত্তে কামগী সেবা। ব্রজগোপীশিংগী কৃষ্ণপ্রেম মোদন নত্তে মাদন্নি, আত্মলুপ্তনি মখোয়গী কৃষ্ণপ্রেম। কৃষ্ণগীনি মখোয়গী মথয়ায়, মহকচাং, মরক্লীং। চঙদে মখোয়দা জাতিগী লাজ, কুল, মান, ধর্ম। মখোয়গীদি কৃষ্ণদনা পেনবিরগা লোইরে। মখোয়গী কৃষ্ণপ্রেম প্রেম্নি, নত্তে কাম। পুনবনি অতনা প্রেমগী মশক ওইবা পূর্ণভগবান শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংনা তরাই। গোপীভাবতা চঙ, ভগবানগী প্রেমসেবা, ফংগনি শোয়রোই প্রেম মাগী প্রেম।

মী মীনি মীমান্নরা নত্তে, থেন্নৈ মপোক। কনানা পোকই ঈশ্বর নীংনা, কনানা পোকই নীংদনা। নীংনা পোকপা কাঙবুদা চঙদে মায পঙ্গম্মক কন্না, নীংদনা পোকপা কাঙবুদনা থৌই মাযা, চঁঙি খীনা। অম্মম অতম পুনশিন্নি নোংমনোং, চন্নি মখুৎ পূমজল, শান্নৈ শাম্মনীংবা মওংদা মনীং তম। লৈতে নাম্থোকপা কোবা মায়াগী খুবাংদগী চেৎলবা। মশানা হৈজরবা অমা নত্রে করিগুম্বা খুদোং অমা মতাম্মা চাক্ক ফংলুরবা মনাম্থোক্তবস্ম নত্তে, অতুম

মনাম্বোকই। হৈবা হায়বনা নাম সোনবনি, খুদোং হায়বনা নাম তাবনি, কীর্ত্তন্দা শরুক য়াবনি।

লীলাগী মশক ওইবা ভগবান্না সেম্বনি মী লীলাগী। হৈতত্না মঙোন্দগী তাম্বদনি। মায়াদা লুপ্ত্না ৱাবদনি। হৈরবদি মীপুম খুদিংমক শরুক অতুম ময়াই লোইবা নাইদবা কালগী প্রেমগী লীলাদা ফজবা হুংশিবা মহাক্কী লেঙদবা।

নামকীর্ত্তন্না শেংদোকই পুক্নীং, পীনৈ থম্মোইদা ঈশ্বরগী প্রেম। লাকই তুংইন সেবাগী পুকচেল। থৌজালগী মশক্তি ভগবান, পীনৈ মহাক্কী হ্লাদিনীগী মঙাল। চিংশিনখি অসুম অসুম নোংমনোং, শুদ্ধসত্ত্বাসিদা থম্মোই। কাউরকই মশা, পুরকই মবুক্তা মহাক মশামক্কীনি ভগবান। পোক্লকই দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুরপ্রেম মথং মথং অধিকারগী মতুংইন। তিল্লুই ভগবানগী অথুপ্পা লীলাদা, পুরুই সেবা, য়ারুই শরুক অনন্ত কালগী অনন্ত লীলাদা লীলাগী মশক ওইবা ভগবানগী। পুই, চঁডি সেবা অসুম সেবাগী সেম্না জীবশক্তি, তাউজে আনন্দদা ব্রহ্মানন্দদগী থোইরবা।

লৈতে ঈশ্বরদা নিপা হুপী। থায়দে মঙোন্দদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শুদ্র। নাইদে জাতি, বিজাতি; ঈশ্বরগী চিদংশনি জীব। হুংশিন্নু জীবনি, হুংশিবা তম্মু। কল্লু মথোয়বু মায়াদা লম্ভ্রুরিবা।

পাউ শ্রীমদ্‌ভাগবত সাত্তিক পুরাণ অথোইবা। থঙনি মশক ঈশ্বর, জীব, জগৎ। শ্রীকৃষ্ণগী মশক্ষক্তি। কৎলু ভক্তি, থজনি শ্রীকৃষ্ণ, মহাক্কী অঙকপা লীলাগী পরেং।

জীব ভগবানগী অংশনি, মাঙদে। মায়াগী ৱাংমদা ভগবানগী নিত্যলীলাদা শরুক য়াবা ফংনবা হোৎনবনা ধর্মনি জীব মশাগী অথোইবা।

নূনং বৃন্দাবনে যম্যো শৃগালত্বং মত্যে।

বৃন্দাবনদদি নীংখিবা কৈ লমহুই ওইরফাও।

ভরানীপাল

# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী মাহাত্ম্য

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা মালেম খোঙদাগ্রিংদ খোঙদাপ্রবনি ভারতা ধর্ম্মগুরু কয়া। বুদ্ধদেব, নম্মাডবার, ভগবান শঙ্করাচার্য্য, যতিরাজ রামানুজ, মধ্বাচার্য্য, বিষ্ণুস্বামী, নিম্বার্কাচার্য্য—মখোয়শিং অসিনা খোইখোইবনি। খোইখোইবনি ছায়বদ নত্তে, চৈতন্যদেবগুম অবতারনি চৎপা ওাক্লি। বুদ্ধদেবগীদি গীত-গোবিন্দনা 'দশাবতার'দা শক্লিবদুনি।

নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতং
সদয় হৃদয়দর্শিত পশুঘাতং
কেশব ধৃতবুদ্ধশরীর
জয় জগদীশ হরে।
বেদবিধিনা যজ্ঞদা জীববলি তৌবা
পেল্লুদ মথম্মোই থুংশিরু জীব তোল্লবা
বুদ্ধ কৌ তাইবং হকচাং পুরিবা হে কেশব
জৈ শ্রীহরি জগৎকী মবুঙো জৈ নঙী জৈ।

অতৈ থিবিক্কীস্ম অসি মওায়। ভগবান শঙ্করবু শিবগী, যতিরাজ রামানুজবু লক্ষ্মণ (অনন্ত) গী, নিম্বার্কাচার্য্যবু সুদর্শনগী, নম্মাড়বারনচিংবা অহুম্না বিষ্ণুগী অবতারনি মাগী মাগী যুগনা শরুখিবা, লাৎনখিবা ওাক্লি। ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাসনা লেঙদবা প্রমাণনি।

মখোয় ধর্ম্মগুরু পুম্নমক জগৎকল্যাণগী লাকপা ওাক্লি, মাগী মাগী থোকপা কল্যাণগী লম্বী উৎলম্বা, তাক্লম্বা ওাক্লি। অদুদা নৈ অমত্তং। চৈতন্যদেবগী মঁাঙোইনখিবা গুরুশিংদি চুমদ্রিং নাপাক অমত্ত হুম অদুম চৎখিবগুম তৌই, চৎখি। চৈতন্যদেবদি নাকয়েৎ হাইনা য়েং চৎপগুম তৌই, চৎলি। খোঙথাং খেন্নবিবসিগী মরম নৈতবা নত্তে, চাউনা অদুম মরৈ। মখোয় মঁাঙোইনখিবা গুরুশিংদদি মানি সংসারসি অন্নাবগী মশক্নক—অন্নাবমক। মানি অদুনা মখোয়দা সংসারগী মরী ককপদনা লেঙদবা হুডাইবগী লম্বী।

সংসারো দুঃখমেব।
দুঃখস্যাত্যন্তশেষোঽপবর্গঃ॥
মানি সংসার অৱাবমক।
মুক্তিনা অৱাবা পুমকোক কোকপা॥

চৈতন্যদেবদদি নত্তে সংসার অৱাবগী মশক, মানি মাধুর্য্যগী মশক, মধুর॥

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্তি—মধুরনি। অমুক্তা, আনন্দগী মশক্তি—পরম রসনি। মশাগী রস মশানস্থ চুপকে, খ্যায় অতৈদস্থ য়েনগে, সেম্বনি জগৎ অমস্তুং জীব। জীবদা মীনা থোইখোইবনি। ফাওই মঙোন্দদ মপুং ফানা জীবশক্তি, ফায় মপুং প্রাণ।

ঈশ্বর মাধুর্য্যগী মশক্তি, পাম্মি—শান্নৈ লীলা। কোই অদুনা মাবু 'লীলা লাবণ্য বিগ্রহ' লীলাগী নীংথিবা শক্তম। লীলাগী মীথিৎ জীব, মাগী অংশ ভাক্তি—মানি অদুম মাধুর্য্যগী মশক, মধুর। লীলাগী ক্ষেত্র জগৎ মহাক্কী মায়াগী মশক্তি—মশানি। মানি অদুনা, মাধুর্য্যগী মশক, মধুর।

মাধুর্য্যগী জগত্তা অৱাবা চঙদবা নত্তে, চঁঙি হেক হেক মতাং মতাংদা, লাংঙি জগৎ থীনা অৱা মৈথু। জগৎ মশাগী দোষনদি নত্তে, মীগীননি পুই চৈতন্যদেব। মী চিদংশ ওইরে ওইনা পোল্লি মায়াগী মথা। মীগী অপায়নচিংবা কয়াগী খুদোংলো মায়ানা মাবু মচু হেক হেক শঁঙি। মচু থীনা শঙলক্লবদা মীদা মী য়াওরক্তে। চৎলকই তুংইন অকায়বা, অমম্বা লম্বী ভাক। লাংঙি জগৎ অৱামৈথু।

মিৎয়েংগী মতুংইন খেন্নৈ চৈতন্যদেবগা মাগী মমাঙ থাখিবা গুরুশিংগা কর্ম্মগী খোঙকমদা অদুম। মঁাঙোইনখিবশিংনা য়েংঙি, থল্লি জগৎ-ব্রাংমগীদ, পী শিক্ষাদীক্ষা মীওইবা জীবদা করুনি করম জগৎকা মরী, চৎকনি কৈদা, চারুনি করম ব্রহ্মানন্দ। খন্দে য়েংদে থোইনা মথোয়দি জগৎকী। করিনা। জগত্তি মথোয়দা অৱাবগী মশক্কি শংশংবা—সেম্বা থোক্তবা। চৈতন্যদেবদদি জগৎ ভগবান্‌গী লীলাক্ষেত্রনি—হরাউ তয়াম্পুং; মী মানি লীলাগী মীথিৎ—ব্রহ্মামক্কা ফংঙমদবা য়াইফ-মপোক; জগৎকী অৱাবা মানি চুম্নগী মায়ামোহগী খেল—মীনা ফরগা হেক মকোকপা। চৎলি অদুনা মাগী কর্ম্মগী খোঙথাং

নাক য়েৎ হাইনা য়েং, শীল্লি চপচানা মীনা হুপ্রাইনা পাঙনবা অ'সিদসু আদসু অনীমক্তা।

তাকপি জগপ্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব—

কৃস্মি ভগবান ভক্তগী মশক লৌ জগত্তা হেক হেক।

অহমেব দ্বিজশ্রেষ্ঠ লীলা প্রচ্ছন্ন বিগ্রহ।
ভগবদ্ ভক্তরূপেণ লোকং রক্ষা'মি সর্ব্বদা॥

নৃসিংহ পুরাণ

মানি ঐদি দ্বিজশ্রেষ্ঠ অথুপ্পা লীলাগী শক্তম।
শেল্লি জগৎ মতম থিবিক ভক্তগী শক্তম তন্না তম॥

প্রেম মানি হ্লাদিনীগী বৃত্তি'মা। মানি অদুনা ভগবান প্রেমগী মশক। য়েল্লি অদুনোং তৎপা লৈত প্রেম জগত্তা ভগবান।

অমবোমদনা ভক্তদি ভক্তিমান্নি—চেল্লি ভক্তি।
ভক্তিনা মানি পরম প্রেমরূপা—থোইথোইবা প্রেমগী মশক।
সা কস্মৈচিৎ পরমপ্রেমরূপা।

নারদ ভক্তিসূত্র

মানি মাদি ( ভক্তি ) থোইথোইবা প্রেম কনাই কা।

মানি মী জীবদা থোইথোইবা। ফাওবনি মঙোন্দদা মপূং ফানা জীবশক্তি, ফাবনি মঙোন্দদা মপূং প্রাণ। সেম্বনি জীব ভগবানগী স্বরূপশক্তি চিচ্ছক্তিনা বহিরঙ্গা শক্তি জীবশক্তিদা তোং। মানি অদুনা জীব চিদংশ, মীনা চিদংশদা থোইথোইবা। সেম্বনা সেবাগীনি। মানি অদুনা মী ভগবানগী নিত্যদাস—লেঙদবা মদাই, সেবানা মাগী বৃত্তি মশিনফম।

ভক্তিদা থোইথোইবা মানি রাগাত্মিকা ভক্তি—ঈশ্বরবু ঐগীনি, ঐগীমক্তি হায়না নীংবা। চৎলি থঁঙ ভক্তি মওংসিদা ঈশ্বরনা সম্বন্ধ—সাধা, ভক্তিনা অভিধেয়-সাধন, প্রেম্না প্রয়োজন-ভূমি। অচম্বা লোন্দনা —চৎলু ঈশ্বরদা মরী মতা অমত্তম; থঁঙু থোক্লবা মরীনা কৌই ভক্তি চৎকদবনা প্রেম।

তৌ জীবদা দয়া,
ঈশ্বরদা ভক্তি
ভক্তিগী সাধন খঁঙ্ মানি কীর্ত্তন।
কলিযুগই ধর্ম মানি কৃষ্ণনাম সঙ্কীর্ত্তন।

তৌ নাম সঙ্কীর্ত্তন—শেংগনি থম্মোই, কোক্কনি সংসারগী মৈশা, ফংগনি য়াইফবা হুড়াইবা, ফংগনি বিদ্যা অঙৈংবা, চাগনি পেন্না পোক্লমল মহৈ, কোক্কনি লোইনা পাপ।

চেতোদর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপনং।
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রিকাবিতরণং বিদ্যাবধূ জীবনং।
আনন্দাম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং।
সর্ব্বাত্মস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তনং॥

শিক্ষাষ্টক

চঙদে ঈশ্বরদা জাতি বর্ণগী বিচার। থায়দে নিপা, নুপী; নাইদে ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র—মাখৈ চপ, অমত্তনি।

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎনি নোম্না নাপী মত্তম।
উপালনি, থাঙনি লোইনা অত্নাবা; অত্না-চৈনা থাঙনা
থাঙনা তৌনি অদুম মীগী সেবা। তৌফদে কদৌ বৈষ্ণবনা
নাপল, কাউনি লোইনা মশাগী মতিক মগুণ, চৎনি থঙনা
'দুবু মীগী মতিক মঙাল।

তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরি॥

গৌড়দেশনা মুস্লীমসী শেগা থারকপা চহী চনীয়াথোরোম হায়রকপা মতাংদনি চৈতন্যদেবনা মালেম থোঙদারবা। ধর্ম্মদা য়েংঙি মনসা পূজাগুম্বনা অয়োরা ওইনা চৎপা, নোংমা জগৎপু ঙৈংনা কোক্লবা বৌদ্ধধর্ম্মগুম্বা অচোবা ধর্ম্মনস্থু থীনা মাঙথরকপা; মীদা য়েংঙি কুইনা নাইফম ওংলকপনা মথক্লায় ইশিশিবা, মী পঙওই ওইদবগুম তৌবা; সমাজদা য়েংঙি নিপা নুপী থীনা নাইবা;

অমরোমদনা, ব্রাহ্মণনা মথা থাবা বর্ণ অদুম নৈবা, ক্ষত্রীযনা অনী নৈবা, থক্কী অনীগা বৈশ্যগা অহুমনা শূদ্র নৈবা ; অথঙ-অহৈ, য়াইতোং-খমদোঙশিংদা য়েংঙি কবিস্থ নক্তবা থাউ-য়াউবা খুম অমা উবদা 'থাউগী খুম'না চুম্বরা 'খুমগী থাউ'না চুম্বরা হায়বা অরেম্বা বিচারদা লুপ্তু না লৈবা ; অপুনবা লৈবাক্কা য়েংঙি জাৎ, ধর্ম্ম, লোল, য়াহিপ-চাকচা পুমতিল তিন্নদবা মীগী শেগা থানা পানবগী হৌনবা খোঙফম খুদিং করি ওইরগবা ইথুক্ত থুকপা মত্তাংনি।

মকুম লিন্নি, চক্তে থক চুমদ্রিং, চৎলি থেক্লা খোয়। চুমদে মরীক্স অদুম। মুখৎলি অরিবা কয়া, পেচ্চিলি অনৌবা কয়া। শান্নৈ কয়া অফ-ফত্ত হোংদোক-হো'জিল। ওরাং ফরম্বা ফক্তে ঙসি। ওরাং ফৎলমদবনা ফবৈ ঙসিদি অদুম। অফবা কয়া হাৎলি মচু, উৎলি শেরান। ফত্তবা কয়া শঁঙি মচু শান্নৈ মিত্রং, শুদ্ধি লোইনা ভাবুক। হোংঙি তুংইন মীওইবা জীবগী রাথল ফিদম, মিৎয়েং পান্দম. পুনশিগী অর্থ মরৌ। সত্ত্ব গুণনা মপুং চৎলে লাইগী লীচৎনা, রজঃ গুণনা চৎলে মীগী লীচৎনা, তমঃ গুণনা চৎলে শাগী লীচৎনা পুই অদুম জগৎ। ঈংঙি, হুন্তাই, শাউই তুংইন।

চৈতন্যদেব থেংনবৈ গৌড় থীনা শাউরবা মতম। উই হুংশিনদে মীনা মী। চৎনৈ মশা মশাগীদ য়েং। য়েংনদে মীগী কৌবা অমত্ত। সমাজদা হিংনা হিংনা উনদে, খঙনদে সমাজ কনামত। গৌড় লৈকংলানি, তাঁঙি-নংঙি থীনা প্রেমগী ঈরা। চৎলি অদুনা মহাক্কী শিক্ষাদীক্ষাশিংসিদি ইহ, পর লোক অনীগী কল্যাণগী তুনা অদুম।

অমরোমদনা, মানি জগৎ ভগবানগীনা অফোংবা লীলাগী ক্ষেত্র, মীওইবা জীবগীনা সাগনগী। রজ অমগী শরুক য়াবা তারবদা তালিম অমা চঙবগুম ভগবানগী নিত্যলীলাগী শরুক য়াবদা যোগ্যতা লৈনবা সাধন অমা চঁঙি। পীনবনি অদুনা ঐহিক, পারত্রিক কল্যাণগী তুনা অদুম। তাকই—

মানি জগৎ ভগবানগী অনীসুবা লীলা ক্ষেত্র—হরাউ তয়ামপুং। মীনা শোয়বগী লাংবদনি অরা-মৈথু। মহাক্কা মশাগী মশক, মশাগী মথৌ খঙনা জ্ঞান লৈনা চৎলবা লৈনি জগৎ অদুম হরাউপুংগী হরাউপুং—লাংলোই কদৌ অরামৈথু।

মী লাকপনি সেবাগী। মানি সেবা পুনশিগী বৃত্তি—থৌগাই। চৎনু সেবা ধর্ম। মুংশিমু জীব, তৌ সেবা। মানি মখোয় ভগবানগী মশেক মঙাল ডাক—মিৎনা উবা ভগবান। মানি মখোয়গী সেবা ভগবদ্ সেবা—ভগবানগী নিত্যলীলাদা সেবন অধিকারগী সাধন।

সেবাদা প্রেমসেবানা ইথোই থোই। কবিনা। ঐগীনি পুবনা থরায়-হকচাং পুক্নীং লোইনা চঙনা তৌই। তৌ প্রেমসেবা, চৎনু "জগৎ পুম্বা ঐগীনি।" হৈনরকনি, হৈনখিনি অদুম। চাগনি মহৈ তৌজমল, য়ানগনি মহৈ পোক্নমল।

নিপা মুপী হক অমত্তনা সৃষ্টিগী তংখায় তাবনি। শ্রুতিনা প্রমাণনি। অদুবু, মপাংগল নৌনা লাকখিমল তাংখি, থাখি নিপাগী শেগা। নিপানস্থ খুদোং ফং লাকশিনখি মাবু অমুম অমুম নোংমনোং, চনখি ইমুং, থমখি ইমুং-মনুং কোই। মাঙ্খি তুংইন মুপী থীনা মশাগী হক। অপাল অপিল ফুংগাদদি ইমুং চনবদ নত্তনা ফিজঙ মকুম চনখি। অসূর্য্যম্পশ্যা, মুমিৎ-মশক-উদবী, গায়বা মিংথোন্না লেমজখি। মতুনা তারকপনা সমাজ মশা-তংখায়-শিবা মীগা অন্ধা ওইররে। অমরোমদনা, মথোঙ-নামত-পানবা গন্ধর্ব্ব—মীমরামগী মতম, চৎলে চোং চোং মচৎপা, তুরে হৌগৎপা থীনা ব্রানা মথোকপা ফিভমদা অদুম তাররবনি সমাজ।

অমুক অমনা বর্ণভেদগী দোষ অমনি। ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী থাক্না থেংনা কাবা বর্ণ খায়বদগীনি। অদুবু, মতম্না জাত্যভিমান পোক্নকপা, থাক্কী অমসুং থৌগাইগী খুদোং লৌনরকপা, তুংইন, অচৌ-পিশক, অনেম-অরাং থীনা খায়রকপা—পুন্নমক অশিনা ওইরকখি অমুম অমুম নোংমনোং সমাজগী মাঙনবা, রানবা মরম অচৌবা অমা। পীনখি অদুনোং শিক্ষাদীক্ষা মতমগী পোইরৈ য়েং—

চঙদে ঈশ্বরদা নিপা মুপী থঙদে ব্রাহ্মণ-ক্ষত্র-বৈশ্য-শদ্র থঙদে অমত্তগী বিচার। মথোয় অমস্থ অমস্থ অমত্তনি-অন্ধানি।

পীখি তুংইন শূদ্রদা, ম্লেচ্ছফাওনি, গুরুগী আসন। রামানন্দ, হরিদাস, শ্রীবাসগী মচল লৌখি লোইনা গুরুগী আসন। গঙ্গা নারায়ণ চক্রবর্ত্তী ওইরৈ

ঠাকুর মহাশয়দা গুরু। জীব ভগবানগী নিত্যদাসনি, সেবানা পুনশিগী বৃত্তিনি নীংসিংনবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী পুম্নমক হৌরকফম অনেম-অরাংগী রাখল লোইনা তুংদা থম লৌখি দাস-দাসী উপাধি। হাপখি অস্তম মতম্না মল্লিক মণ্ডল শিরবা মুপীদা নোহোনা মল্লিক মণ্ডল, পীনখি বৈষম্যনা মতুং তারবা ওলাং ওনশাউরবা সমাজদা সাম্য অমসুং শান্তি।

সাম্যভাব চেৎনা মন্না তানবা মীগী অহঙ্কার য়াথিমথৈ লাকশিন্নবা পীখি শিক্ষাদীক্ষা—

বৈষ্ণবতি নাপীনি, চৎকনি নাপী মতম।
মানি মাদি উপাল, চৎকনি উপাল মতম॥

চুম্না শিক্ষাদীক্ষাদ পীবা নত্তে চৈতন্যদেব, মশাগী শাজৎ লৌচৎ কয়ানস্থ উৎলি অদুম কল্যাণগী লম্বী। কৌই চাঁদ কাজীবু গ্রাম সম্বন্ধনি, মুংশিনমক মামা; তৌই লুনাক হরিদাসবু, তৌবি সেবা পেন্না মাগী অন্তিমদা, তৌই মশামক্তা মাগী অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া। তাকই অস্তম জগন্ত্রা—

চণ্ডদে ঈশ্বরদা জাতি বিজাতিগী বিচার,
মীগী মী অন্ধানি—অমত্তনি। মুংশিনগদবনি।
প্রেম্না, প্রেমদনা পুনবনি জগৎ।

কাজীনা সঙ্কীর্ত্তন থিংডৈ পুই, চৎলি সঙ্কীর্ত্তন, থেংনৈ করি থুকপা লৈত কাজী। উৎলি জগত্রা—

অকবা অচুম্বগীদমক্তি পীগনি মী,
পীগদৌবমক্তি তরাই থরায়-হকচাং পোক্তা।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা ভগৎকল্যাণগী চেক্নম চোংলঙ্গা তরামন্থাউবা শতাব্দীগা তরাতংকস্তবগা অনীগী যুগসন্ধিদনি। অদুবু মাগী রাহল থিদম, মিৎয়েং পান্দম, পুনশিগী অর্থ মরৌদি মুক্তি, মুক্তি, মুথংপা কৌদে কাদৌ মুথংপদ থংবা মতম্না, চৎলি মতমগী মতুং ইন যুগ খুদিংদা অদুম, ওইস্থ ওইনরি যুগ খুদিংনা মথোয় মথোয়গীমক অদুম। চেনখি নোংমা অদুনোং মতুংগী যুগমদা স্বামী

বিবেকানন্দনা 'বিশ্বকুটুম্বকং', শকথি নোংমা অমুক সাধক মুকুন্দদাসনা চংলিবা শতাব্দীগা মাঙ্গীগা অনীগী। যুগসন্ধিদা—

গাইতে হবে
নাচতে হবে
লাগতে হবে
জগৎবীণা যে সুরেতে বাজে।

চেংশিং ভয়াংদস্ত বাপুজী সাম্যগী, উংথি থেংথাং কযা আজাদীগী লান্দা সত্যাগ্রহ।

শম্না, তাকপিরম্মি জগদ্গুরু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব—

ভগবান প্রেমগী মশক্নি। মী মা নি ভগবানগী নিত্যদাস—সেবানা বৃত্তি। জীব মা নি লোইনা চিদংশ ভাক—মিৎনা উবা ভগবান। মুংশিন্নু জীব—ভগবদপ্রেমি। তৌ জীবগী সেবা—ভগবদ্ সেবানি। জীবপুম্বা খল্লু নশানি, নহৌনি, নঙ্গৌনি, তৌ প্রেমগী সেবা, চাগনি মহৈ তৌজমল সিদস্ত আদম্ব অনীমক্তা। ছপী মীনি, পীয়ু লোইনা মীগী হক—যাইফনি সমাজ। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্র, বৈশ্য, শূদ্র—সেবাগীনি লোইনবা, থাদোকউ থাকী, থাকী শক্তি অমসুং মর্য্যাদাগী ভাব—অয়ানবনি, খল্লু লোইনা নখোগ দাস দাসী ভাক্তি—পানগনি ঈংনা সমাজ। নশা শনগঙ্গ রাংনা, খল্লু মীবু রাংনা। চৎলু নোন্না, তম্মু খাঙহৈবা। মুংশিন্নু বিজাতি বিধর্ম্মী—ঈংগনি জগৎ শান্তিদা মতম লৈবা থিবিক।

প্রেমাবতারগী প্রেমগী মশক্মক ওইরবা মুখবাণীনা হাপথি নোংহৌনা ভারতকী নীংথিবী সংস্কৃতিগী মথরায়। পোকথি নোংহৌনা প্রেম নংলবা জগতা জ বপ্রেম। নীংশিংনবগুম তৌথি ভারতকা পাবোল পুরোল মথং মথং চৎনরবপা নীংথিবা ধর্ম্মগী বিধান—

দরিদ্রান্ ভর কৌন্তেয় মা প্রযচ্ছ ঈশ্বরে ধনম্।
নীরুজস্য কিমৌষধৈঃ।

পীজো থম্না ঙাইর-অনং কৎলুম্ম লাইদা শেল।
চঙবা নাদবদা হিদাক।

পোকখি অস্থম নৌহৌনা অমুক লোকজনার্দ্দন সেবা, দরিদ্রনারায়ণ পূজা। লাকখি তুংইম ঙসি অর্থনীতিগী ক্ষেত্রদা "গরীবী হটাউ"গী নীতি। চৎলি অস্থম ঙসি কুনস্থবা শতাব্দীগী ভারত্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্রেমগী শিক্ষাদীক্ষা খিবিক্লকী মমল। কনানা শকপা ঙম্ লুগনি প্রেমাবতার মহাক্কী মাহাত্ম্য ! পুরক্নি ভারত জগৎ ঙসি চহী চাম্মঙা, পুখিগনি অমুক্ম্ নুমিৎনা থানা মুদ্রিকাও প্রেমাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী প্রেম অমস্তং প্রেমগী শিক্ষাদীক্ষা ।

নমো মহাবদান্যায কৃষ্ণপ্রেমপ্রদায় তে।
কৃষ্ণায কৃষ্ণচৈতন্য নাম্নে গৌরত্বিষে নমঃ ।।

খুবমজৈ নঙোন্দা পীনহৈবা কৃষ্ণপ্রেম পীনবা।
কৃষ্ণচৈতন্য কৌবা হে কৃষ্ণ নঙান্না ঙৌরিবা ।।

হরিঃ ওঁ শান্তিঃ

---